অকোঙবশিং —
বেদেশ্বর, তরুণকুমার
শশীকান্ত




অহানবা কোঙবা —
২৪ এপ্রিল, ১৯৮৬ ইং
শজিবুগী পুণিমা ( হনুমান জয়ন্তী নুমিৎ )

কোপী মশীং — ৭০০

ফংফম —
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
পাউনা রোদ, ইম্ফাল।

সত্ব প্‌.মমক অইবগীনি

মমল — লুপা তরা
মখুম অথাবা - লুপা তরানিথোই

নম্ফম —
দি ভোকচা প্রিন্টিং প্রেস
পাউনা রোদ, ইম্ফাল

পুন্সীগী অরা পোংলুম কয়া পুবদা
পুন্সী কেমগ্রবী ইমাগী খুয়াথাদা।

তোম্বা মচা

ৱাহৈ অমা অনিদং —

"ভংগ্রবা পুন্সী লৈপুল" কৌবা ৱারী মচাগী লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলগী লৈরাং লক্তা লৈচল অমতং ওইহজ্ঞ-নিংহ্ননা পুথোকচরি। লাইরিক অসিদা পূন্না ৱারী মচা তরানিথোই য়াওরি। ৱারীশিং অসি খরনা সাহিত্য, মিৎয়েং, মৈরিক অমসুং ধর্ম্মালয় পত্রিকানচিংবদা ফোঙদোকপ্রবনি। লাইরিক অসিগী মিংথোল ওইরিবা "ভংগ্রবা পুন্সী লৈপুল" কৌবা ৱারী মচা অসি আকাশবাণী ইম্ফালগী ৱারী মচাগী চয়োল কৌবা থৌরমদা ইতিহাসকী ওইবা ৱারী মচা অমা ওইনা পাথোকপ্রবনি। "রিক্সো নম্বর ৭৫০" কৌবা ৱারী মচা অসিসু আকাশবাণী ইম্ফালগী সাহিত্যগী থৌরমদা পাথোকপ্রবনি। ৱারী খরা অসি পূনশিল্লগা অহুগী 'খক্তা অনৌবা ৱারী খরা হাপচিল্লগা লাইরিক অসি ফোঙদো৹কচরি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা ঐবু নুংশিবিবা মরুপ খরনা য়াম্না ভোয়না ঐঙোন্দা থৌইনশিন পীবিখি। ঐনা মিং ঙজ্রবা পুকচেল চাউরবা মরুপ খরা অসিগী পাওতাক য়াওরম-কদি ময়ামগী মাঙদা লাইরিক অসি পুথোক্লবগী মঙ অহু ঙসিসু মঙকাওনরমদবা য়াই। হায়রিবা মরুপশিং অসিগী ঐহাক থম্মল ভোল্লবনি। মথংদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা শেলগী মতেং পীবিহনা লাইরিক অসি ফোঙবদা অচৌবা তেংবাং পীবিবগীদমক একাদমীগী থৌবুশিংবু থাগচ্চরি।

ইম্ফাল

নীলবীর শাস্ত্রী

# তংখ্রবা পুন্সী লৈপুল

মেয়া রাকুকপা মুমিংনি। পূর্ণিমাগী নিংথিরবা থাজনা অতিয়া মকোয়দা মোমোন নোক্লি। থরোনচিংবা অহিং শাংপী লৈরাং কয়ানা হরাও মথোই কাজরি। ফজবা ঋতুগী মতম ওইবনা হৈপাল-লৈপাল ফাওবনা হরাও মোমোন নোক্লি। তাইবঙ মীওইবশিংগী পুক্লিংদি করি অমুক হায়রকখিগনি। শ্রীগোবিন্দগী মাণ্ডপ মীনা চোম্না তিল্লে। জগোঈ রাসকী মুপা পালা হোৎত্রে। মতম অসি ফাওবদা রাস খুরুম্বা লাকপা মীশিংনা ঈহৌরকপগুম্না অতং অথম লৈতনা শ্রীগোবিন্দগী মন্দির তম্নরক্লি।

মতম অসিদা মৈত্রবাকী মপু শ্রীযুত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা শঙ্গাইগী সিরিদা কম্নহনা কনাগুম্বী লৈশাবী মচা অমদি অরাবা ঈপাক্তা লুপ্তনা লৈরি। মুপা পালা হৌখিবা কনা কুইরে। তাইহাক লৈরবদি মজাইবেম্মা রাস থুরম্বা লেঙথোকে তাকপীরক্লগনি। মহাক-সু মজাইবেম্মা থাদোইস্নাগী থৌগল ওইনা থোকদবনি। অরাবদি মজাইবেম্মনা মনাই মুপীগীনি হায়না থোনবীবা কনেক্তি নহাল মমা লাকলম্বা মুমিত্তা মচেগী শেংনিংঙাই লৈত্রে হায়হনা পীথোকপ্রে। ঙসি অমুক অঙনবদগীনি কবোকলৈ কনেক অমতং কোমুং মনুংদা

থোগল তৌদুনা লৈরিবী মমান্নবীশিংদগী রায়গে হায়না হোংনবা, অদুবু মুমিং অসিদদি মখোয়স্তু মজাইবেম্মশিং অমস্তুং মমাশিজশিংগী থোগল তৌবা থোক্কদবনি। থোগল নাইমক ওইরবস্তু মখোয়গী পীক্লবস্তু পীক্লা সংসার অমনি। অরা-মুঙাইগী আশা কয়াগা লোই-ননা মখোয়গী পুন্সী ঈচেলস্তু চেন্থরিবনি। মাগী মাগী লৈজবা লিক-কোল সিরহুনা ঐনা মহেল্লে মতাগুম থোক্কগদৌরিবনি।

খোঙচৎ য়াঙবা মতমগী ঈচেল মতিক চাউবা কনানা মীকুপ অমতং পলহনবা ঙস্বা য়াওবগে ? হায়না হায়না নুপা পালা লোইখ্রে। মহাক ঙসাইনা মজাইবেম্মগী নাক্তা চঙহুনা শম-নাহাংপা, ফি-রোল লাম্থোকপা মতম য়ৌরবনি, অদুবু মাদি মজাইবেম্মনা রাস খুরস্বা চং-লসি তাকপীরকপদা করি খুমসিগে খনবদা রাথল লংজা পূন্দুনা লৈরি। কবোকলৈ অতংপা লৈতনা কাখৎলকলিবা পূর্ণিমাগী থাজদা মিং কুপ্তুনা য়েংহুনা লৈরি। মমৈথংদা খঙহৌদনা মিংলু নাপা অনিদগী শিন্থরকপা পিরাংনা নিংথিরবা চাঈরুং অনি চোংখ্রে। শিন্থরক্লিবা পিরাংগী ঈচেলদা অরংবা থাজগী মঙাল্লা য়ৈবদা অঙৌবা খজাইদা স্নাগী মহী চেন্থরকপগুমখ্রে। মহাক খঙহৌদনা মরু লুকথখ্রে। রায় রায় লাউনা তারক্লিবা শাইনোল্লা রাহুনা উমশিল্লক্লিবা থাজগুম নিং-থিরবা মাইথোং অদু কুপশিনখ্রে।

তাঞ্জা অসিদা নৌরবা খোঞ্জেল অমনা কৌরকই – "কবোকলৈ ! কবোকলৈ ! কদায়দা চংখ্রবগেনহায়।" অরাবা ঈপাক্তা লুপতুনা লৈরম্মী লৈশাবী অদুনা ঈকিং ফিংনা খুম্মি – "ঐগ্যা ননাই ঐহাক লাকচরে।" অসি হায়না থুনা য়াঙনা মজাইবেম্মগী নাক্ত চঙশিনখ্রে।

"হায় অঙাউবী ! মুমিং অসি কয়া থেংজিনখ্রে। নুপা পালা লোইখ্রে। হৌজিক ফাওবা ঐগী ফিরোল লাম্থোক্লি। হায়মা ! নশম ননা ককা অমত্ত হাংখ্রিবা ? কৈদৌরে নংবু ঙসি রাসনি ককা হায়বা কাউরবরাও ?"

কবোকলৈনা য়াম্না কিনা হঙ্গচৈ -- "ঐগ্যা ননাই ঐ হকচাং

য়াম্না ঙমজদ্রে। ঙসিদদি থৌগলসি..........।"

মজাইবেম্মনা শমজেৎ হাৎনা হাৎনা হায়রকই অঙাউবীসিদি, অরাপ্পদা চৎকদৌবস্ সম্ভবা মাঙপ ফাউবদং থোকপদা নঙ শিরনি-হায় ? কুইরক্কুমসি ঙাইহাক্তং খুক্নম্নগা হেক্তা লাকসি ঙসিগী জগোঈদি ঈচেমশি য়াঈমনা মকোক চিংলিবনি। ঙাইহাক্তংদা ওই-বস্ থোক্লুব্রবদি ঈচেমশিনা বারৌখিরোইদ্রাও ? শে শমজিরৈ সিহুম অমুক্ত থেৎলুসে। "শেৎকদবা পুম্নমক লোইরহনা মজাইবেম্মা মোরাদা লেংশিনগ্রে। মনাই য়েৎহনা তাকপীরকই চৎলো চৎলো নং য়াওদ্রবদি ঐস্ ইথয়ত্তা চৎপা মুংঙাইতে। ঙাইহাক্তং য়ৌক্নরগা তম্না হেক হল্লকশি নফি শেৎচরুরো।"

কবোকলৈনা য়াম্না কিনা হঙ্গচ্চে—"ঐগ্যা ননাই ঐবু........।"

"করি অমুক ভোরবগে ?"

"ননাই ঐগী শেৎনবা ইফি ফনেক অসি কয়া য়াইয়োং চাদ্রে। নহান্দা ঐগ্যানা লৈবিবা ফনেক অহুস্ ঙরাং ইমা লাক্লম্বা অহুদা ননাই ঈচেমগী শেৎলিঙাই লৈত্রে হায়হনা পুবিগ্রে।" অসি হায়রগা মমিত্তা মপি ভরং ভরং শিন্থবা হৌরক্লে।

"থীদা অঙাওবীসিদি অহুগীদমকপু কপ্পা হৌনত্রা, হায়না হায়বদি করি ভোই, নচিন পান্দ্রাও ! সে শো অসি লো উপু হাং-দোক্লগা নহাল লৌহৌবা ফনেক অহনবদো, নংগীহুগা লৌমিন্নবদো পুজখো। থুরকউ—সে।" অসি হায়না শো অহু লংশিল্লকই।

কবোকলৈনা য়াম্না নোল্লুক্লা হঙ্গচ্চে—"ঐগ্যা ননাই ঐহাক চরৈ ফিমল ওইনা ফংজগে, অহনবা অসিদি তাকপীগনু।"

"ইহে ঐনা হায়রিমক্তদা মানা অহৈ-অপা অমুক শাব শাই।" অসি হায়না মজাইবেম্মাগী স্নাখুৎনা উপুদগী লৌথোক্তুনা ফনেক অহনবা অমা পীবিরে। মনাই মুপী অহু মপুন্সীদা ফংজদ্রিবা, মজাই-বেম্মনা থোমবা থম্বা ফনেক অহনবা অমা ফংবা অহুদা হরাও হরাওনা মাগী কাদা চৎগ্রে। মীওইবনা অরাবদস্ কপ্পি অহুম্না মুঙাইবদস্ মপি

শিন্নদবা নত্তে। কবোকলৈ মোমোন নোকই অমুবু মমিগুদি ঈরা চেন্নি। খল্লি কয়াদা মপুকচেল চাউগ্রবীনো মাগী মবেম্মদি। কবোকলৈ কেজবনা লোইরে, খল্লকই—গুসিদি মজাইবেম্মনা পীবিবা ফনেক অসি মমান্নবী পুম্নমক্কী মিংথমকম ওইরগনি। মশম-মনা হাংপা লোইরংমনা মিংশেল য়েংনা য়েংনা তখেল্লে নাচোম অমা নাপদা থেংনা থেংনা নোকফেং তৌবা শাই। মপুক্লিংনা হায়রি নহাল মেরা রায়ুংবগী জগোঈদা ঐগোন্দা মুনা মুনা য়েংবা পাবুং সনধ্যাগী থোগন্নাই পাখণ্ড অমুবু গুসিস্থু রাস খুরুম্বা থোক্লকদ্রনে। গুরাংস্থু ঐনা চেংহী লুজ-রিগৈদা চেংহীমুম নিরবা শাই।

কবোকলৈনা কেবা মথৈ কেরগা হরাও মথোই কানা তফিং তফিং লাকপদদি মজাইবেম্মাদি ফি-রোল হোংদোক্তুনা ফমুং খুদাদা হিপ্তুনা লৈরম্নে। কবোকলৈ চগুলকপদা মজাইবেম্মা ভাব তাদবগুম তৌই। মিংতা পি তত্তনা শিন্থরি। মুংশা মপী ফুইনা হোল্লি. করিগুম্বা অরাবা অমদা লুপ্পগুম তৌই। কবোকলৈনা গুসাই হায়রম্বা "ননাই ঐহাক চরৈ ফিমল ওইনা খুঙ্গগে।" রাহৈ খরা অসি মজাইবেম্মগী নাকোংদা তত্তনা নিন্দুনা লৈরি। পামেল উপালদা য়েংচত্তুনা হাই-হুম্না লৈজবী উরীনা অকনবা মালং ঈপোম লাংবদা মালেম লৈওম-বগুম হৌজিক্তা হরাও মথোই কানা পুক্লিং মকা লায়া লৈহৌবী মজাইবেম্মা থাদোই স্না অরা মৈশা লাংমুনা ফমুং খুদাদা ওন্না থোইনা লৈরম্বা উবদা কবোকলৈ রাখল লংজা পুনপ্রে। গুাইহাক্তি ফুম্বংননা রা অমতা গুাংদনা তুমিন্না লেপত্তুনা লৈপ্রে। খজবা শাই মাবু গুাইনবদা রারোরবী মবেম্মা রাস খুরুম্বা লেগুথোক্লরোই খল্লমাল্লে। গুাইহাক লৈরগা য়ায়া কিনা হঙ্গচে—ঐগ্যা ননাই ঐহাকপু হন্দক্কী-সিদদি গুাকপীয়ু। মতুংদদি থৌগলদা অপনবা থক থোকহজরোই। ননাই ইমা লাইরবীনা ঐগী ফনেক পুবিথিবদগী স্না পুক্লিং মুগুাই-তবসি থোকহল্লে। মতম অসি ফাওবদা মজাইবেম্মা রা অমতা গুাগুবা লৈতবী করিগুম্বা অরা চৈনাখোল অমা থাগুবগুম উরি। মনাই

মুপীনা চঙশিনখিহুনা খোঙ পায়হুনা নোইবা হৌবৈ। মজাইবেম্মানা য়াম্না তপ্না তাকপীরকই—"কবোকলৈ ঈশিং খরা পুরকউ ঐগী লরাইসি মৈ হেৌবগুম শারে। ওঃ ওম্মোকপনি নংনা ঙসি ঐবু ওম্মোক্না রাহল্লে মতুং মনাঙদি নং ঐঙোন্দগী চরৈ ফিমল খক নিমুকো।" রাহৈ অসি তাবদা কবোকলৈ লরাইদা বজ্র তাবগুম থোকখ্রে। হৌজিক্তা মহাক্কী নিংখিরবা ফনেক অতগী মপান্না পুম্নমক্কী মিংয়েং থমকম ওইরগনি খন্না হরাউজরম্বা ফি অহু হৌজিক্তি মহুনা মশাদা থোংবদা মৈরীগুম শাবা কাওরে। ইকাঈ নুংশি য়ান্নরবা পুক্লিংনা খল্লকই ফনেক অসি শেগাইহুনা লংথোকখ্রসিরা। য়াম্না কিনা মমিংতা ঈরা চেন্না হঙ্গচৈ—"ননাই ঐদি অঙাংনিনা মপুনা থোনবা চরৈ ফিমল মনাইনা খুনবা হৌনদে হায়বা খঙজকদ্রে। মতুং অমুক হন্না তৌজরোই,—ঙসিদংদি ঐগ্যানা ননাইনি খন্না ঙাকপীয়ু।"
মজাইবেম্মানা মখা অমুক তারকই—ঙসি জগোঈ নুমিং অসিমক্তদা নংনা চরৈ ফিমল নিবকো।"

কবোকলৈনা অঙাং ওইবগী বুদ্ধিনা খঙবা শাই—জগোঈ নুমিত্তা মনাইনা মপুগী চরৈ ফিমল নিনদবোঈরে। তপ্না হঙ্গচৈ—"ঐগ্যা ননাইবু অঙাংনি খন্না ঙাকপীয়ু" কবোকলৈ মপুনা চানবী মনাইনি। মাগী মতৌ অহু উবদা ওম্মোক্না নুংশিবা পোক্লে। মহোশানা থৌজাল হৈবা থম্মোইদি শোদোকনবা ঘী মথনগুম অরা মৈশা খজিক্তং ফংবগা মহী চেল্লি। তাকপীরকই অঙাওবীসিদি নংনবু করি অরানবা তৌখ্রবগে? কবোকলৈনা তপ্না হঙ্গংলকই—"ননাই ঐনা থৌগল্লোন খঙদবনা ওম্মোক্না লঙজখ্রে।"

মজাইবেম্মনা তাকপীরকই—"হায় অঙাওবী কনানা মপুনা শেংপা চরৈ ফিমল ননাইদা পীবা য়াদে হায়বগে? অহুগা য়েংঙোই নংনা ঙসিগী নুমিং অসিদা ঐঙোন্দগী চরৈ ফিমল নিবসে মসিনা ঐঙোন্দা ওম্মোক্না অরাবা থৌদোক অমা নিংশিংহল্লে। থৌদোক অহু অকাউবগী ফিজংনা মতম কুইনগী ঙইনা কুপশিন্দুনা থম্বা

পামগ্রবনি, অহুবু নংনা ঙসিদি অকাউ ফিজং শেগায়হনা নিংশিং মৈরৌনা থম্মোই কায়না চাকহল্লে। থৌদোক অসিবু নিংশিংলবদি ঐগী হকচাংদা থোংলিবা ফিশিং অসি থাম্বী মৈগুম মৈশা লাংলকই।"

বা অসি তাবদা কবোকলৈ ঙকপনা লোইখ্রে। ফায়া নোঙজুক্লা হঙ্গৎলকই—ঐগ্যা থৌদোক অহু ননাই ঐঙোন্দস্ম অমুক্তা লিবিয়ু নচা-ননাই ওইবনিনা পুক্লিং লৌশিং ওইজহোগে।

মনাক নুপীশি নোল্লুকপা থম্মোইগী মথা-পোল্লবী মজাইবেম্মা থাদোইস্নানা পুন্সীগী কাউঙমত্রবা থৌদোক অমগী বারী লীবা হৌরকই— "মতম অহু ঐ নোংমাইথেমদা লৈরি। নুমিৎ অদো ঙসি-ঙুম্না জগোই সুমিং থোক্লম্মী। মযুম পাল্লবী নুপীশিংনা মপামদা চংমিংবা মহেশানি। জগোই থোকপা নুমিৎ খুদিংদা ঐহাক শোয়-দনা রাস খুরুম্বা শ্রীগোবিন্দগী মাঙুপতা চংলম্মী। স্না কোন্নুং হায়বসি উপামগা ওইথনিনা ঈনিং-ঈশা তৌনা চা-থক্লুনা থরা থেঙবা কাওবম্ম মরৈথোকই। নুমিৎ অহু জগোই য়েংলগা হল্লকপদা থরা হেম্না থেংদোক্লক্প্রে।"

য়ুম পানবগী চংনরোল. মপুরোইবগী অচেৎপা বারক, মনেম-মকুগী ইকাই খুম্নবা, পুম্নমক অসিগী জ্ঞান লৈত্রিরী কবোকলৈনা ইপঙ পঙনা খুমজবা শাই "অহবু থেংদোকপ্রগা সনা কোন্নুংদা. মুঙাইনা হেক লৈথোকপা য়াবহুবু। ঐথোই ঐগ্যাদবু কনানা কৈদৌজরনি হায়বগে?"

মতম অসিদা জগোই রাসকী মোইবুঙ খোঙেলনা শ্রীগোবিন্দগী-মাঙুপতা নত্তনা স্না কোন্নুং পুম্নমক পুম্মিন নিল্লকই। মহু তাবদা মজাইবেম্মা খুৎ লোয়না লু লুকথনা অমুক্তং খুক্কুমগা মথা তাথরকই— "কয়ি হায়বা চরোদা অঙাওবীসিদি, মযুম পাল্লরা মীনবু নিংথৌ মচানি হায়হনস্ম মপামদা হেক লেকথোক্লুনা লৈবা য়াত্রনে। নংসি হয়েং-নযুম নকৈ পাল্লগা লম ঈহেল হেল্লহনা ঐথোয় য়াওনা চোম্নরনি।"

কবোকলৈদি মথা তানিংবনা থাওবা ওমদ্রে—"ঐগ্যা মতুং করি ছোৌপ্রবগে ?" মজাইবেম্মনা মাইথোং লাংশিন্না শকতম হঁজিন্না য়ারী মথা লৌথরকই— "ঐবু লৌবা মক্কাক ইবুঙো নোংমাইথেম্বনা ঐনা থেঙনা হন্নকপগী মরীদা পেন্দবা ফোংদোক্কুনা য়া কয়া হায়রখি। ঐস্নু শাউবনা অকনবা য়াহৈ কয়ানা পাউথুম পীখি। মমৈথংদা থুং খোক্লক্রে।"

"ইঃ ঐখোয় ঐগ্যাদবু থুং খোক্লা হেক ফুপ্রবা।" অশুম্না মরক থৎনা কবোকলৈনা হঙ্গংলি।

"মাগী উশিং থোওইদবা মতৌ অহু উকদা ঐ শাউবনা মৈ ছোৌখি। থোঙনা নেৎথৎলবা লীন অমোমগী মতৌগুম্না ঐ শাউবনা কি কি কান্নপ্মি। ইন্নুং ঙানবগা ফোন্নুং ভান্না লাক্কুনা পাবুঙথাদা হঙ্গংলপ্মি। য়াকম অসি নৈবাক শরা শনদ্রে। খুন্নক ইরক্তা থোদোক কয়া থোকই, মহু অয়াম্বনা নৈবাক য়া ওইদে। অচৌ অশাংগী ইমুংদা কবিগুম্বা অমতং থোকপদা মহু নৈবাকবা হেক্তা ওইখি। নৈবাক পুম্বা য়া য়া লাউমরকই—"মক্কাক ইবুঙো নোংমাইথেম্বনা মজাইবেম্মা থাদোইস্নাবু থোঙপাক্লা কাওদ্রে।"

কবোকলৈনা ইঙক ঙক্লা হায়রকই—"ইসং মজাইবেম্মদবু, ঐখোই ঐগ্যাবু মখোঙনা হেক কাওপ্রবা।"

"থীন্দনা পাবুঙথাগী স্না য়াথং পাউ লাক্কুনা মক্কাক ইবুঙো কৌথৎখ্রে। ঐনা থল্লপ্মি — মহাকপু পাবুঙথানা থরা চৈ থাংহুনা য়াবক য়াত্তেম্বিগনি। অহুবু:... .... .... ....

"অহুবু করি তৌপ্রবা.... .... .... ?"

মজাইবেম্মা মিত্তা ঈরা চেল্লক্লা হায়রকই " ওহোকপরি মহাকপু গারোটতা পুথোক্কুনা য়াম্না থীনা যৈরপ্মী। পাউ অসি থঙু হোদনা নৈবাক শরা শনখি। ইনেম ইকু অনিমক্লা কপ্লহুনা ঐঙোন্দা হায়জরপ্মি—"ইমো ইবেম্মা ইচাম্নী থবাইদদি কজু। ঐখোয়না য়াম্না লক্কদ্রে, ঐখোয়বু অমুক্তং ঙাকপীয়ু।" " করি অমুক হায়গনি"

কবোকলৈ! মহাকপু কোখংখিবা মুমিংতু ওসিস্থ ঐনা শং শংনা উরি। কৌবা লাকপা সিকাইগা তুংথ মাংথ চংখি। মহাক মাঈখোং লাংশিনপ্রে, মরু লুকথহনা মরাল লৈরবা মীগুম ঈকাইবা, অরাবা, নিংগুমদবা পুম্নকনা তাহংতুনা থরাই খোঙ্গাল রাংমা লানখি।"

ওাইহাক্তি মপু মনাই অনিমক অরাবা ঈপাক্তা লুপখিহনা তুমিন তুমিন লৈনপ্রে। কা অহু উন রাইমুক চীকপ্রে। রাসকী বাঁশী খোঙ্লেলনা মুংশিবা স্বরদা অহিংগী অচিকপা থুগায়রকই। কাবোকলৈনা য়াম্না কিনা অমস্থং শোন্থাংননা হংজরকই।

"ঈস পাবুঙখানা মন্নাক ইবুঙোবু য়ৈয়ু হায়না য়াথং হেক পীবিখিবকো........।"

মজাইবেম্মনা মখা তারকই—"হায় অঙাওবী নিংথৌগী মচা-মুপীদা লংজরুবগী দঙীবু মহনা লোই হায়রাও।"

"ইস মহনস্থ লোইদ্রিবা ঐগ্যা মখা করি অমুক........?"

"মখাদি য়োম্লিং চন্দুনা শুগনুদা লোই থাবা—। পাবুঙখাগী রারক-চৈক্ষু অমমম্না ঐঙোন্দা বজ্র তাবগুম খোক্লম্মি।"

কবোকলৈ নিংবা কায়না হংলকই—"ইবেম্মনা মন্নাক ইবুঙোবু কয়নবা করিমত্তা হোংনখিদ্রবকো?"

"করিদি তোগনি কবোকলৈ মশানা থাকচবা লাংদা মশামক থুরবা মীনা কনাদনো মানা অমুক কনবিয়ু হায়জরুগদবা? ইশাগী নাপলনা ইশাগী য়েক্রুবা ওইরবদা। অসিগীস্থ মথক্তা ঐগী ইচেম-শিজশিংনা মতাং চারিঙৈসিদা থর থঙহল্লোথ্রবদি মতুংদা নিংথৌ মচামুপীশিং অসি কনানস্থ উসিংপিরয়োই থল্লম্মি। মখোয় কনা অমত্তনা ঐগী রা তাবিরমদে। মমৈথংদা ঐগী ইতৌ য়েংবা ওমদবদগী ইচেমশিজশিংনা মন্নাক ইবুঙোগী থরাইদদি কনবিয়ু হায়না পাবুঙ-খাদা হঙ্গংলম্মি।

কবোকলৈনা মুঙাইবা রাহৈ থরা তাগদোরি হায়বা মতাগুম হংলকই—"ঐগ্যা! পাবুঙখানা মন্নাক ইবুঙোবু কনবিরে অসি

নংব্রদো ?”

য়াম্না নিংবা কায়না মজাইবেম্মা থাদোইস্নানা খুন্নকই—“পাবুঙথাগী স্না য়াথং অহুবু ইচিল অসিনা কয়ম হায়না তন্নসিগে কবোকলৈ........ করিগুম্বা মঙ্গাক ইবুঙো নোংমাইথেম্বনা ঐনা শেংপা খ্বাংজেং চরৈ কিমল নমদা থোংউ য়ারবদি........।” অস্থুম্না হায়রগা মথাদি অতংপা লৈতনা শিন্থরক্লিবা মিংকী পীনা, খোঞ্জেল থোক্তবা রাহৈনা পাউ তম্মি। তাঞ্জা অসিমক্তদা রাসকী গোপীশিংনা শক-লকই—হা গোবিন্দ প্রাণনাথ........। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা অমুক মথা তাথরকই—“পাউ থাহনা মঙ্গাক ইবুঙোবু লৈশাংখোংদা থামহনখি পাবুঙথাগী মনাইশিং লাক্কুনা ঐগী খ্বাংজেং চরৈ কিমল পুখি। ঐবুনা কোম্নুংদা কৌথংলৈ। কবোকলৈ নং মথা করি অমুক তানিংলিবগে ? বিধিনা শেম্বা পুন্সী লৈপুল নুমিং অহুদা তংগ্রবনি।”

— —

## রিপ্লো নম্বর ৭৫০

শ্রীপুর গার্ল'স হাইস্কুলগী হেড মাষ্টর থনবগী ইন্টর্ভিউ নুমিংনি। বি, এ, অমস্নং এম, এ, ডিগ্রী পায়রবা মীওই তরামুক ইন্টর্ভিউগী-দমক মখোয়গী মিং কৌরকপা ডাইহুনা লৈনম্ব্রে। কেন্ডিদেটশিং অসিগী মনুংদা অমা অনিদং নত্তনা অতৈদি ইম্ফালদগী ডাক্লি। পোষ্ট অসি হাণ্ডলকপগী মরমদি হৌজিক হৌজিকমক হেড মিস্ট্রেস ওইরিবী কুমারী কমলা এম, এ পরীক্ষাদা ফার্ষ্ট ক্লাস ফংলদুনা সরকারগী কলেজ অমদা লেকচরর ওইনা এপোইন্ট তৌরক্লে। কুমারী কমলা শ্রীপুর খুলদগী মাইল অনি অহুম লাপ্পা লৈবা খুঙ্গং অমদা লৈবীনি। লাইরিক লাইগু নিংথিনা কৈবত নত্তনা মমিং লৈরবা ইনাক খুনবা নুপা অমগী মচানি। মহাক স্কুল অসিগী হেড মিস্ট্রেস ওইবত নত্তনা সেক্রেটরীস্নু ওইরি।

পোষ্ট অসিগী কেন্ডিদেট ওইনা লাক্লিবা হৌজিক কালগী থবক ফংদ্রিবা পাথওশিং অসিগী মরক্তা কার তোংহনা লাকপস্নু ময়াওরি। মতম চানা ইন্টর্ভিউ হৌরে। রাহংশিংগী মনুংদা থাইদগী মরু ওইরিবা অমস্নং পাউখুম পীবদা মায়া রানা থোক্লিবা রাহং অমদি "করিগুম্বা অদোম্নু হেড মাষ্টরগী পোষ্ট অসিদা থল্লবদি ঐখোয়গী

নৌরিবা স্কুল অসিগী কণ্ডদা লুপা লিশিং তরা দান তৌবিবা ঙমগদ্রা ?" তলপস্থ মপূং কানা পীবা ঙম্নোইদৌরিবা কম অসিগীদমক হায়না লুপা লিশিং তরা দান পীবা হায়বা অসি ওইথোকপদা থরা লুবা রাকম্নি। কেণ্ডিদেটশিংনা য়াম্না পেল্লরিবদি মেনেজিং কমিটি অসিনা পুকচেল শেংনা অমস্থং ইকোং কোংনা স্কুল শঙ শানবা শেলগী মতেং নিবা অসিনি। মরমদি হায়রিবা শেলকম অসি কনাগুম্বা স্কুল ওথোরিটিগী ফুরিংথাওদদি চঙথিরোই। চৌকীদার, চপ্রাসী, ওঝা, কেরানী, ওফিসার করম্বা থবক্তনো লৈবাক অসিদা শেঙ্গা থুমজা তৌদবা ? রাকম অমনা লুপা লিশিং তরাবু পুথোকপা ঙম্লবদি ইম্ফাল মনুংদস্থ সরকারগী ওইবা ওঝা, কেরানী, ওফিসার য়াং-তকপা ফাওবগী থবক ফংবা য়াই। ফিভম অসিদা কনানা থৌনা ফনা হায়রিবা দান অসি তৌগে হেক্তা হায়গদগে ? অয়াম্বনা লিশিং তরা হেক পনবদা "অমুক্তং খঙ্গরকখিগে" হায়রম্লগা মাইথোং লাং-শিন্না থোকখি। ইন্টর্ভিউ মথং মথং তৌগ্রে—মিষ্টর ক, মিষ্টর খ অমস্থং মিষ্টর গ অসিনচিংবা। কনা অমতনা লুপা লিশিং ১০ দান পীগনি হায়না থৌনা ফনা হায়বা ঙমদ্রে। মভিকস্থ চাবা, দানস্থ তৌবা ঙম্বা, খুঙ্গংগী হাইস্কুল অসিবু থরাই হকচাং য়াওনা শম্বীবা ঙমগদবা মী অমা ংবা ঙমগনি হায়বগী কমিটি মেম্বরশিংগী আশাগী মৈরি অহু অস্থম অস্থম মমথরকপগুম তৌরে। ইরোই লোইবা কেণ্ডিদেট কৌরকই—"শ্রীলক্ষ্মীকান্ত সিংহ।" মহাক চঙলকই য়াম্না চীং-লেম্না। মশক মতৌ ফজে, মীওই মীতৌ ফৈ, য়েংবদা মিংনা হরাউনিংঙাই ওইবা মীওইনি। মহাক কার অমা তোংলকই, মশা-মক্তা থৌহনা লাকই। মহাক ঙসাই মখৈ মাগী কার মনুংদা কমহনা মাবু কৌরকপা ঙাইহনা লৈরম্বদগী কারদগী কুমথরক্লগা ইন্টর্ভিউ তৌরিবা কাদা লেম্না চংলকপা মী পুম্নমক্তা উই। হায়দোকত্রবস্থ কমিটি মেম্বর পুম্নমক্তা চপ মান্নবা পুক্লিংদা থজি, লুপা অসিমদি শোয়দনা লুপা লিশিং তরা দান তৌবা ঙমগনি। হেড মিস্ট্রেসস্থ

ওইরিবী, স্কুল সেক্রেটরী কুমারী কমলানা হংই—অদোমগী মিং করি কৌবিবা ?"

"কে ঐচ, লক্ষ্মীকান্ত সিংহ"

"বি, এ. পরীক্ষাদা সবজেক্ট কম্বিনেশন করি করিনো ?"

"হিষ্টরী অমস্তুং পোলিটিকেল সাইন্স. অসিগীস্তু মথক্তা ইংলিস ওনার্সস্তু ফংলকই।"

"ইংলিস ওনার্স !"

"এস মেদাম্"

"এনী টিচিং এক্সপরিয়েন্স?"

"হাইস্কুল খরদা সবষ্টিট্যুট ওঝা ওইনা চহী অনিরোমগী এক্স পরিয়েন্স"

"করিগুম্বা হোবি লৈবিবরা ?"

"শায় খোংনবা য়াম্না পামজৈ মতুগী সার্টিফিকেট" সার্টিফিকেটশিং অদু সেক্রেটরীদা পিশিল্লি। সেক্রেটরীনা মদু পুন্না মূন্না য়েংলবা মতুংদা হায়রকই—"ভেরী গুড" মথংদা মেনিজিং কমিটিগী চিয়ারমেনদা সার্টিফিকেটশিং অদু লানশিল্লি। অরোইবা ওইনা চিয়ারমেন্না লুপা লিশিং তরা স্কুল ফন্দদা দোনেশন পিবগী য়াকম হৌদোক্লক্লে।

লক্ষ্মীকান্তনা য়াম্না নোল্লক্লা অমস্তুং চাংলেম্না খুম্নি—"লুপা লিশিং তরাবু পুথোক্লিঙ্গাই লৈরম্লবদি চহী কয়াগী মমাঙদনা ঐ সরকারগী থবক অমা নংত্রগা অমদি ভৌগ্রগদবনি। অসি কাওবা লাকপগী দরকারস্তু লৈরম্লোই।"

স্কুল মেনেজিং কমিটিগী চিয়ারমেন্না য়াম্না ইকাই হুক্লোইনা হায়রকই। "ইবুঙো ! খুরা খোয়গীসি শেঙ্গা থুম্জাগী য়াকম নত্তে। স্কুলগী ছাত্র মশিং য়াময়থংলকপা অসিনা তমকম চমত্রে। পিরিবা দোনেশন অদুনা স্কুলগী কা অমতং ভুপথোকচগে ভৌবনি। ইবুঙো-খোই ইনাক কৈরাক খুনবা কার ভোংচুনা চংপা ঙম্লিবা ক্লাংবুনা

ঐখোয়গী খুঙ্গং অসিদা কয়া কুইনবু লৈবিগদগে ? ঐখোয়স্সু মতু খঙলিবনি। মকম অসিগী খুঙ্গংগী ওইবা পুন্সীবু খঙবিনিংহুনা নংত্রেগা তশেংবমক চাওখৎ খোঙথাংদা শোথহৌরবা মীওইশিংগী সেবা তৌনিংহুনা ওইবস্সু য়াই। অসিগুম্না থবক অসি লাইরিক লাইগু ইবা কাগবু অমা য়াম্না তৌগল্লি। মতা চারবদি ইবুঙোস্সু লাইরিক লাইগু ইবা মীওই ওইরম্বস্সু য়াই।

লক্ষ্মীকান্তগী ওইরিবা ফিবমগা ময়াম্না মাগী মরমদা খল্লিবগা অনি অসি য়াম্না ওন্না তৈননা থোকত্রে। মশাগী অশেংবা ফিবম হায়দোকপস্সু লুরে। মহাক মথন্নতা খল্লকই—করিনুংগী কায় তোং-হুনা লাকলুরবনো। মাইকৈ অমরোমদা খুঙ্গংগী সমাজ সেবাদা থরাই লুপ্লবা অহল অসিগী থম্মোই শেংনা স্কুলগীদমক দান নিবা অসিদা মহাকস্সু তৌফম হায়ক্কম খঙদ্রে। হায়রকই—কমিটিনা পিবিনিংবা শেল পিবিয়ু স্কুলগী ঐগী শেংপা চাবা কাওবদং কোয়-য়গা লোইরে। স্কুলগী ফিভম্না ফংত্রিবা মথৈ ঐহাক অহেনবা হুলপ ভাঙরোই। ময়াম্না ঐহাকপু কায় তোংবা ইনাক খুনবা মীওই ওইনা উবিরিবা অতু অরানবনি। ঐহাক..............।"

কমলানা চিংননা হংলকই—হৌজিক হৌজিকমক করম্না প্রোফেসন্দা লৈবিরিবগে ?

লক্ষ্মীকান্ত মিকুপ অমগী মনুংদা মাইথোং লাংশিনত্রে। মহৌশানা লৌথুপ লোকোই লৈতবা থম্মোই চেনবা মীওইশিং অসি ওইদবা য়া খক ভাওবা গুমগন্দে। হায়রকই—"আই এম এ টেক্সী ড্রাইভর" হায়দোকপ্রবা মতুংদা মমাই ভাওতক তোরকই। মহৌশানা পাখঙ লৈশাবী ওইবা অমস্সুং মশুং মমানবগা ভাইবনা হায়দোকপ্রবা মতুংদা থন্না হেম্না ইকাইরকই।

লক্ষ্মীকান্তগী ইকাই হঙ্গোইরপ তৌবা ফিবম অতু কমলানা ভাব নিংথিনা তাবা গুমখি। য়াম্না হৈ শিংনা হায়রকই— "টেক্সী থৌবা য়াম্না ফবা হানি। ইপাঙ্গলগা লোমহুনা হুম হবম্না তাল্লিবা

শেগ অচু য়াম্না শেংবনি অমস্নুং শিনফম অচুস্নু অশেংবনি। ঐদি ইপাঙলনা নোম্লিবা শিনফম খুদিংমকপু ওন´ার তৌজে। কমলাগী রাখলদা ইখুঙ খঙহৌদনা নিংজিং মার্জংনবা পোক্লকই। চমম্নবা রাখলগী উমংদা মতম কুইনা ফংঙমন্নবা পোং অমা ককঙাওননা খিচুনা লৈরুবদগী অনৌবা মঙাল অমা কঙলকপগুম তৌই;। চিংনবা মওংদা অমুকস্নু হংলকই — "টেক্সী খৌদ্রিংঙেগী মমাঙদা করি শিনফম ………… ……… ?"

"ঐহাক রিক্সোস্নু খৌজরম্মী। অদোম্না তাকপীবগুম শিনফম খুদিংমক অসি পুক্লিং শেংনা তৌরবদি অফবা ঙাক্লি। ময়াম্না হন্থনা য়েংনরবা অসিগুম্না শিনফমশিং অসিদস্নু অরা অনা অমস্নুং খুদোং থিরবা মী কয়াগী সেবা তৌবা অচুম মফংই।"

কমলানা খল্লি — শোয়দ্রে নুমিদাং অচুগী মোংকি কেপ উপ্পা মশক লোংপা রিক্সো ড্রাইভর! রাহুনা তথায় চন্না উমশিল্লরুবা পূর্ণিমাগী থাজগুম্না মাইথোং; মাগী রাহংগা লোইনবা মিংয়েং চাউদম শাংদম্না শাবান; ফজরবা খোম্হোক অমস্নুং ইংরেজীগী রাহৈশিং। অচুক য়াম্না মক্তিক চাবা মী অমনা রিক্সো খৌরমগনি কনানা থাজফম থোকপা। মহাক্না খৌরাংলবা মিংয়েং অমগা লোয়ননা হংলকই "রিক্সো নম্বর ৭৫০?"

লক্ষ্মীকান্তনা খুম্লকই — "চিংনবিরিবদো অচুম্মক্লি। ১৯৭৭ কী এপ্রিলগী তাং ২০ গী অহিংনা ঐগী রিক্সো খৌবগী অহৌইবা অহিংনি। মথংগী নুমিৎতগী ঐহাক শিনফম অচু থাদোকচদ্রে।

হেড মিস্ট্রেস কমলা মিংকুপ অমগী মনুংদা অঙকপা হরাও ভুজুংবা পুক্লিংগী মরাং হৌবা পুম্নমক্না পোথাকম খঙহনখিদ্রে। ঙাইহাক ফুম্নংননা লৈরুরগা হায়রকই—"অচুদি মপান্দা ঙাইহাক ঙাইবিরুরো টেক্সী খৌবিরি হায়রবনিনা ঐহাকপু থরা থিনবিরম্না তারি।"

লক্ষ্মীকান্ত মরু লুকথচুনা ভুমিম্না খোক্লরুগা মাগী টেক্সী

অহুদা কমহুনা ছাইহুনা লৈগ্রে। ময়েক শেংনা উরকই—হৌগ্রবা পুন্সিগী ফিজংদা অঙকপা অকি-তুজুংবা পুন্নমক্লা থল্লবা থৌদোকশিং অমস্তুং মহুগী ময়েক লারবা দৃশ্যশিং।

ইং শোক ১৯৭৭ কী এপ্রিলগী তাং ২০ গী নুমিদাং পুং ৮ লোম তাবা মতম। দিমাপুরদগী লাকপা গাড়ীদগী যাত্রিকশিং মথং মথং কুমথরকই। যাত্রিকশিং অহুগী মরক্তগী মশক মতৌ কজরবা ছাত্রা অমনা য়াম্না মিপাইবগা লোইননা লাইশ্রম লৈকাই কাওবদং মাবু থিনবিনবা রিক্সোয়ালা খুদিংদা হায়জরম্মি। চংক-দোবা লমগী মিং অহু হেক তাবদা হরাউ হরাউ চংশিল্লক্লস্বা মী খুদিংমক মমায় হেক্তা লৈথোকখি। লাইশ্রম লৈকাই কাউবা চংপদা লম্বীদা থেংনরিবা লক্লাং অহুনি মীনা কিনরিবা। নুমিদাংদা কাওবু কাত্রবদি মাইকৈ অদোমদা চংপসি মীনা য়াম্না কিনৈ। মফম অসি গুণ্ডাশিংগী মকোল ওইনা তৌই। লম্বী চংপশিংদগী শেল মুল্লি, রিক্সোয়ালাশিংদগী শেল মুনবি, ফু-চৈবি। অসিদা নত্তনা কত্তবা থৌদোক কয়া থোকই। কনা অমতা চংপিয়ু য়ারক্লবা অহুদা লৈশাবী অহু মমিত্তা ইরা চেল্লক্লে। শাউবা হায়বকই "ইবুঙ ইপুরাশা! নখোয়বু থম্মোই পান্দ্রবরা, নখোয়গী নচন-নচে লৈত্রবরা? মণিপুরগী মপান্দা লাইরিক তম্বী মৈতৈগী লৈশাবী অমনা অমম্বা অহিং অসিদা লুম্নবা পোংলুম অসি পুরগা খুদোং থিরবা লম্বীদা চংপা তারবদা মহু নখোয়না য়েংহুনা লৈহৌবা ঙমগদোরিব্রা? থম্মোই শোক্লবা রাহৈশিং অসি তাবদা মতাই ওইরপ তৌবা মফমদা লেপ্লম্বা লক্ষ্মীকান্ত চঙশিল্লক্লনা ছাত্রীহুগী বেদিং অমস্তুং স্যুটকেশ মাগী রিক্সো মথক্তা হাপকংখি। কনা অমতনা মতেং পীয়ু য়াত্রবা মতম অসিদা থৌনা ফনা চোংথোক্লক্লিবা মী অসিবুস্ত অহুম চিংনৈ। মহাক্লা রিক্সোগী নম্বর মুম্না য়েংহৌই ৭৫০। মসিস্তু মীওইবগী অশোনবগী অরাবা খুদম অমনি। মহৌ-শান্না অশোনবা জীবশিংনা মপাঙ্গল কনবশিংদগী করি খুদোংথিবা

কংগদবা হায়রবগী চিংনহুনতা লৈ। রিক্লো থৌনা থৌনা মাকা হংখি—"ঙসি দিমাপুরদগী বস অস্থুক য়াম্না থেংনা থুংলরিবা করিগীনো?" ছাত্রী অহুনা খুমখি "লমখাংদা গারী অসি তোম্না বেরা তৌমনখিবনা অস্থুক য়াম্না থেংথ্রিবনি। ওস্তোকপা হায়রহুনি। ঐহাক আগ্রা ইউনিভর্সিটিদা এম, এ, প্রিভিয়স পরীক্ষা পীরম্মগা লাকপনি। থোকমিন্নরকপা মৈতৈ মচা ছাত্র-ছাত্রী পূম্নমক কায়-নরক্লে। আগ্রাদা লাইরিক তম্মিন্নবী গৌহাটিদা লৈবী ইমান্নবী অমগীদা ঐহাক নোংমা নিনি পন্দুনা মাগী মচে লুহোংবা য়াও-রুরে। ঐখোয়গী মনিপুরগা য়ুম্লোন্ননা লৈরিবা আসাম প্রদেশকী চৎনবী অমস্থুং কলচরগী মরিদা খরা খণ্ডনিংবদগী অয়াম্বা মখোয়গী লুহোংবা অহু য়াওরুবনি। ওস্তোকপনি কৈ লৈবা মফমদা সুমিৎ তায় হায়রহু থোকখ্রে। ঐহাক ইথন্নতা য়াম্না নুংশাথীনা লাকপনি।".

লক্ষ্মীকান্তনা হংলকই—"আগ্রা য়ুনিভর্সিটিগী ইংলিশ ডিপার্ট-মেন্টকী ডাক্তর দ্বিবেদীবু অহুম লৈরিবয়া?

"ও! প্রোফেসার দ্বিবেদী য়াম্না চাউবা স্কোলারনি। মহাক দিল্লী য়ুনিভর্সিটিদা চৎখ্রে। মহাকদি মতৌ করম্না খঙনবিরুরিবা?" রিক্লো থৌরিবা নুপা অসি লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈবা মীনি হায়বসি খঙলবদা মহাক পুক্নিং খরা লৈতাজখি।

লক্ষ্মীকান্তনা খুমখি—"ঐস্থু মতম খরা আগ্রা য়ুনিভর্সিটিদা ইংলিস লৌহুনা এম,এ, তমথজরম্মি। লাইবকথিবা হায়রবরুসি য়ুমগী ফিবম চারক্তবদগী এম.এ লোইশিনবা ঙমদনা তোক্লে। ঙসি শিনফম অসিদা লৈহুনা ইমুং মনুং থাকুবা হোৎনরিবসিনি। অয়ুক নুংথিলগী মতমদা প্রাইভেট ট্যুশন খরা তৌই। ইচম্‌পী অমা কলকতাদা ডাক্তর তম্লি। ইনাও মুপা অমস্থু হন্দক্তা বি, ই তম্বা চৎথ্রি। মখোয়গীদমক হোৎনবদা হুরান ক্রিস্থিবু নক্লবদি, শেন্ন কংগনি হায়রবদি ঐনা তৌবা ঙম্মোইদবা থবক থোইনা লৈরুতে।"

"বা ! ওন্থোকপা থৌনানি আই কাংগ্রেচুলেট...............
ঐনা অদোমবু হন্না হন্না থাগচ্চরি।"

ওন্থোকপা পুংফম কত্তবদা যাত্রা তৌরকমাল্লে। মাগী অরাবা খোঙচৎ অসি মতোল লোমদ্রি। রারী শানা শারা' খ্বায়বা কিনরিবা লম্বাং মপাহ্ য়্যৌরক্লে। য়ু ঙাওবা লক্লোনবা মী অনি-অহুম্না রিক্সো মমাঙদা থত্তুনা লৈথ্রে। রিক্সো ড্রাইভরনা হায়রা পুম্বা অমত্তা তাদে। মহৈ মহৈ শাউগৎনরক্লে। মৈতৈ মচাদি শাউনরগা ইংরেজী লোইন্ন হায়নবগুম য়ু ঙাওবা গুণ্ডাশিং অসি কৈরেং তুরেং তৌনা ইংরেজী লোনবা হৌরক্লে'। রিক্সো ড্রাইভরনা লোল্লিবা ইংরেজী অস্থুম্না এম, এ প্রিভ্যাস পীরম্নগা থোক্লকপী ছাত্রী অসিনা ঙাওবা ওম্বগী রাফম লৈতে। বা ঙাওনবদা মরৈ য়েংনবদা লাম্বা ওমত্রবদা গুণ্ডাশিং অসিনা ফু-চৈগদবগী থৌরাং তৌরক্লে। রিক্সো তোংলিবী ছাত্রী তম্না চওশিল্লক্লে। কিবনা মিপাইরবী ছাত্রী অসিনা মপুক্সি কঞ্জনবগীদমক মাগী হেওবেক মমুংদগী শোরী লোথোকপা হোংনরিংগে তাঞ্জা অহুদা রিক্সো ড্রাইভরনা কাউবগা থিনবগা তৌহনা শোরোকী অঙম্বারোমদা ইনথপ্রে। থাউমৈ মুথ্থংলগা রিক্সো অহু পাইবমখৈ থৌপ্রে। ছাত্রী অসিনা থাম্মু হায়বা থোঙ্গান্দা থাম্নগা থুমা য়াঙনা বেদিং অমস্থুং স্যুটকেশ লংথরম্নগা অমুক কন্না থৌথ্রে। গুণ্ডাশিংনা তাল্লকনি হায়বগী মিপাইবনা ভারা পীবা অমস্থুং লৌবগী তাঞ্জা ফংনখিদ্রে। মথং নোংমা নিনি লৈরগা খবরদা য়াওরকখি-"এপ্রিলগী তাং ২০ গী অহিংদা রিক্সো বালা অমনা য়ু ঙাওবা গুপা অমা হাত্তোক্লম্নে। মসিগী মরীদা পুলিশতা কেশ অমা রেজিস্টার তৌথ্রে।"

ফনা কুইনা ঙাইরবা তুংদা হেড মিস্ট্রেস কমলা তকিং তকিং খোক্লক্লে অমস্থুং হায়রকই "এক্সক্যুজ মি মতম খরা শাংনা ঙাই-রপ্রে।" কার অহু স্টার্ট তৌহনা তপ্না তপ্না থোবা হৌরক্লে। মথা ঙাথনা হায়রকই-"ঐহাক বি, এ লোইবা কাওবা লাইশ্রম লৈকাঈ-

দা লৈজরম্মি, আগ্রাদা এম, এ তন্না হৌবদগীদি চংলমদাই অমস্তুং হল্লকপা খুদিংদা লাইশ্রেম লৈকাইগী ইদোমচা খোয়দা হেক হেক পল্লম্মি।” লক্ষ্মীকান্ত তুমিন্না অতুম লৈ, রা অমত ঙাঙদে। কমলানা মখা তাথরকই “খবরগী পাউ মতুং ইন্না গুণ্ডাশিং অদুগী মনুংদা অমদি শিগ্রমাল্লে। পুলিশনা থিরকখিদ্রা?”

“করিগী থিদদগে হৌজিক ফাওবদি পুলিশনা কেশ অদুগী মরীদা লংলা লংজিল পুথোকপা ঙমদ্রিমাল্লে। ঐহাক নুমিং অদুদগী হাপ্রামুক্তী মতুংদা ত্রিপুরাদা চংলে। মফম অদুদা মতম খরা—ঢেক্সী হোত্নুনা লৈরুরে।”

“ডাক্তর তন্দী ইচল অদুদি করম্বা চহী য়ৌগ্রবগে?”

“মহাক কুমশি ফাইনেল ইয়ারনি।”

“য়াম্না গুডাইবা রানি। মতিক মথৌনা লৈবা মবুং অমা ফংজবসি মহাক কয়াদা মরাইবক ফগ্রবা। অসিগুম্বা মীওইশিং অসি মী পুম্নমক্কা মিংৌননিঙাইনি।”

লক্ষ্মীকান্ত নোকফেত্তমক তৌই রাদি ঙাংদে। শ্রীপুর খুল-দগী কিলোমিটর অনি অহুম চংলগা লৈবা খুল অমগী খুনয়াই মক্তদা গার্ড়ী খামহনখ্রে। য়াম্না ফজনা শারবা গেট অদু উবদা অতুম খঙবা ঙম্লে—যুম অদু করম্বা মীওইগী ওইরমগদগে হায়বা। কমলানা য়াম্না কন্না হায়বদগী লক্ষ্মীকান্ত চা থকপা চঙখিবা তারে। কমলাগী মপাবুঙনা লুপা লাখ কয়া চঙনা শাগ্রবা যুম অদু উবদা হাইফেং ঙক্লা থোকপি। যুম অসিগী মনুং অমস্তুং মপান্দা তৌরিবা দেকোরেশন উবদা মী পুম্নমক্কী পুক্নিং গুঙ্গাংনিঙাইনি।

চা থকপা হেক লোইবগা কমলানা স্কুলগী শীল নম্বা চে অনিথক পুথোক্নুনা লক্ষ্মীকান্তদা-পী। চে অমনা লক্ষ্মীকান্তদগী দোনেশন লুপা লিশিং তরা ফংলে হায়বগীনি, অতোপ্পা অমনা হেড মাষ্টরগী এপোইন্টমেন্ট লেটরনি। মানা হায়রকই—“ঐদি দোনেশনগী রাকমসিদি.............................।”

কমলানা নোকফেং তৌনা হায়রকই—"করিস্সু চিংনবিরুগম্মু মহ্নু পুন্সা ঐগী দায়ীনি। হয়েংমক হেড মাষ্টরগী চার্জ লৌবিয়ু। হংচিংতগীদি ঐস্সু সরকারগী কলেজ অমদা জোন্ট তৌজরগনি!" লক্ষ্মীকান্ত ঙস্নোই হায়বা ঙমখিদ্রে। কমলানা থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোক্লকই।

লক্ষ্মীকান্ত মঙ—লৈবাক অমদা কোইপাই পাইনা চংপগুম তৌখ্রে। মাগী টেক্সী নম্বর ১০৭৬ অহ্নু থোৎবা হৌরকই তপ্না তপ্না। কমলানা মুম্না য়েংহুনা লৈহৌই। নিংশিংলকই—এপ্রিলগী তাং ২০ গী অহিং অমম্বদা হিংবা অমস্মুং শিবগী পুন্সী লানফমদা মিপাইবগা লোইননা অমম্বদা কম্না থৌখিবা রিক্সো নম্বর ৭৫০।

——

# পুন্সী লমশাংদা

নুমিৎ অহু ঐহাক কারদগী কুমথরক্লগা ঐগী চৈশুনা শৌর শৌরহুনা তপ্না তপ্না কলেজগী টীচর্স কমনরুমদা চংশিল্লকখি। ঐগী তুংদা লতানা ঐগী বেগ অম্ভু পায়রহুনা ঐগী ফমফম ফাওবা থিঞ্জিল্লম্লগা ৱাদি অমত হায়দনা থোইদোকপা চিথা-নাম্থবা লৈত্রেকো হায়বা ৱাহংগা লোইনবা মিংয়েংদা ঐঙোন্দা য়েংহুনা লৈরম্মি। ঐনা ঐগী লাইরিক লাইশু পুম্নমক মুন্না য়েংলগা তপ্না হায়রম্মি "ফরে চৎপা য়ারগনি।"

লতানা মমাই লৈথোক্তুনা হেক থোকখিবগা থোঙজিন্দা প্রোফেসার বীণাগা থেংনৈ। মহাক্কী অশেংবা মিংদি বীনারানী হায়বনি। মহাক উবদা লতানা হায়—"গুদ মোর্নিং প্রোফেসার" বীনাস্থু খুম্নকই—"গুদ মোর্নিং শিস্টার"। মহাক কার থৌহুনা চৎখ্রে। সুংতিগী ওইনা মানা কার স্টার্ট তৌহুনা থৌখিবা অসি ঐহাক হেক হেক য়েংহুনা লৈহৌই। ঐহাক্না করিগীদমক য়েংহুনা লৈহোরিবনো হায়বসি অউবা কলেজগী মরুপ মপাংশিংনা তোঙান তোংঙানবা মওংদা অর্থ লৌরম্মাই। থাঙ্গৎশেংবামক্তি ঐখোয়গী কার অসি লৈবা কুইত্রিবা অহনবনি অসিগী মথক্তা লতানা ড্রাইভিং লাইসেন্স লৌবা অসিস্থু ইকুই

কুইত্রি। হায়দি মতম খরগী ওইনা ড্রাইভর অমসু থনহনি। লতানা নৌনা লাইসেন্স পায়হনা থৌবা হৌরকপসিদা করিগুম্বা শোয়বা ভাম্বা য়াওগত্রা হায়না ঐহাক মুংশা থিরম্মী।

প্রোফেসার বীণা ফিলোসোফীগী হেদ ওফ দিপার্টমেন্টনি। মহাক মনোবিজ্ঞানগী মরীদা য়াম্না ইন্টরেস্ট লৌই। ঐভোন্দা ওনশিং লহনা নোকখেং তৌনা হায়রকই—"প্রোফেসারনা সিষ্টার লতাবু খল্লবসি য়াম্না চুম্মি।"

ঐসু নোক্লহনা খুম্মি—"ঐনা লতাবু করি হায়না অমসুং মওং করম্না থনবগে হায়বহ করম্না খঙবিবগে?"

"থনবা হায়বদি সেলেকশন তৌববু হায়বনি। লতাবু মুমগী মৌ ওইনা খল্লবসি য়াম্না চুম্মি। মহাক পুন্সা লমশাংদা চংমিন্নগদৌরিবী মুত্তগী মথেম্মা অমা ওইবদা য়াম্না মতিক চাবানি হায়বনি।"

ঐনা য়াম্না চাং লেম্না খুম্মি—"তাকপিরিবসি ঐহাক পুন্সিগী লোইনবী ওইগদৌরিবী থনবদা য়াম্না হৈ শিংই হাযবনিদনা।"

তাঙ্গা অসিদা কমনরুমদা ফম্লিবা ওঝা পুমমক রা লাউনা নোক্লকই। প্রোঃ গোপাল মহাক সাইন্সকী ওঝানি। নোক্লহনা হায়রকই—"করিনো ঙসিদি কমনরুমসি, মতম নত্তনা কোকিল খোঙংলকইদা। কবিগী থম্মোইদা কবিতাগী ঈহৌ লাকমাল্লে।" অসুম্না মরাম নোক্লিঙৈদা পেরোদ তাবগী কাংশি মখোল লকই। ওঝা খরা ক্লাসতগী থোক্লকই, অতুগা খরনা ক্লাসতা চঙগদবগী শেম শাল্লি। ওঝা অয়াম্বা ক্লাসতা চঙথ্রবদা ঐহাক তুমিন্না ফমহনা করিগুম্বা খল্ল ইনলবা থৌরাং ভৌহনা লৈহৌই। খন্না খন্না ঈথন্নতা রাহং অঝা লাকখি – ঙসি প্রোঃ বীণানা লতাবু করিগীদমক থাগৎলিবনো? ঐনা কলেজগী ওঝানি, লতানা হৌসপীতালগী নর্স নি। মহাক হন্দক্তা প্রমোসন ফংলহনা সিষ্টর কারে। ভুংগীসু আশা খরা লৈব্রি। মীওইবগী হৌনশা মশাগী পৌং ফৈ হায়না থাগৎলগা

হরাওই। ঐস্মু মীনি, মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা স্বভাব অমু ঐঙোন্দস্মু অহুম লৈ। লতা নর্স অমা ওইনা অনা অয়েক্বা মাই-য়োকুবদা মতীক চাবী মুপীনি, ইমুং মনুংগী ওইবা থৌরম কয়াদা অমস্তুং নোংদম থিবনা ঈশ্বরনা পীবিরকুবা খোঙনাম রাংপগী অরা-বদা মহাক্না অমত্তা ঙাইরবা পাম্নে ওইরি। অসিগী মথক্তা মহাক ঐগী কারগী দাইভর ওইরি পুমুমক অসি উরগা ঙসি প্রোঃ বীণানা হায়খিবমু অচুম্বমক্তি হায়বা য়াই। পণ্ডিতশিংনা মমগী মবেম্পশিংবু অর্দ্ধাঙ্গিনী হায়নৈ। অওইবমক পুন্সী লমশাংদা চংমিন্নগদৌরিবী অরানুঙাই শরুক য়ামিন্নগদৌরিবা মপী অমা খনবা অমস্তুং মপী অমনস্মু মপা অমা খনবা অরায়বা থবক নত্তে।

মমিং খুদিংগী ওইনা লৌতোনা ঐবু কারদা থিল্লগা মহাক হোসপীতালদা চংথি। মাগী দিউতি লোইরবা তুংদা চাউরাক্না পুং ৪ তাবা মতমদা ঐহাকপু অমুক লৌরে। বিধাতাগী নোংদম কনানা খঙবা ঙম্বা বিধিনা তুংওইনখিবনা লৌথোক লৌশিন অমস্তুং থিন্দোক থিঙিনগী থবক অসি মাগী থোদাং ওইখ্রে। ঈশ্বরগী নোংদম কত্তে ঙাকস্মু করম্না হায়গনি। ফত্তবশিংগী মায়কৈ অমরোমদা অফবা শরুক থরস্মু য়াওরম্বা মরৈ। ঐগী ইনিং তম্না পঙচং চংপা ঙমদবা অসিনা চহি থরগী মনুংদা মণিপুরগী মমিং লৈবা অইবশিংগী মনুংদা ঐস্মু মশিং চনবা ঙম্নে। চহী থরগী মমাংদদি সাহিত্য লাই-রেম্বীগী পূজারী ওইনিংলবস্মু সমাজগী ওইবা থৌগায় কয়ানা পুনখি-বনা অচীকপদা ফমহনা সাহিত্যগী সাধনা তৌবা ঙমখিদে।

ঙসি সঙ্গীত মন্দিরগী ছাত্র-ছাত্রীশিংনা ঈশৈ অমা ইবিমু হায়রম্মি। ঐস্মু ইগে হায়না ফনা কম্না হোৎনৈ অহুবু পুক্লিংদা ঈশৈগী ঈহৌ লাকউ হায়বা মুকয়ামক য়াখিত্রে। মহুপী মহুত্তা ঐগী ক্লাখলগী ঈচেলদি হজংনা চেনথংখিহ্নমা হৌখ্রবা পুক্সীগী থৌদোক কয়াগী চীংখোঙ-চীংয়াদা থেংথু ঙাযুনা শাম্নরি।

মমিং অহু ঐহাক হোসপীতালদা এদমিৎ তৌবা হুয়ি তরে।

সুমিৎ নিনি লৈরগদি ঐহাক ওপরেশন তৌগদৌরি। ডাক্তর যোগেশ মতম অতুগী সার্জন্নি। মহাক্না কলকতাদা এম, বি, বি, এস, কী ছাত্র ওইরিঙেদা ঐস্পু মফম অতুদা ছাত্র ওইরম্মি। মতম অদুদগী হৌনা য়াম্না চান্নবা তিন্নরকপনি। ঐনা ইকোনোমিক্সতা এম, এ, লোইবা চহীদা মহাকস্পু এম, বি, এস, ফাইনেল পিথি অমস্তুং মতুংদা এফ, আর, সী, এস, স্থ মপান্দা চত্তুনা পাস তৌখি। সুমিৎ অতুগী সুমিদাং ঋাইরমদা ঐনা লৈরিবা ঋার্দতা ডাঃ যোগেশ চঙলকখি। মাগা লোয়ননা নর্স অমস্ম য়াওরকখি মহাক লতানি। সুমিৎ অতুনা লতাগা ঐগা অহানবা উন্নবনি। সার্জন চঙলকপদা ঐনা তরাম্না ওক্লদুনা হায়খি— "গুড মোর্নিং ডাক্তর" মহাকস্পু নোকফেং তৌনা খুম্মি "এস গুড মোর্নিং।" সার্জন সাহেবকী নোকমী নোকমীবা মায়থোং অসি পেসেন্ট পুম্নমক্কী পুক্লিং চিংশিন্নফম্মি। মীওইবগী পুক্লিংগী মিংশেল মায়থোংনা ওই হায়বসি অচুম্বনি।

লৈবাক অসিদা ডসি ওইরিবা শেঙ্গা-থুমজাগী ফিভম অসি ফনা য়াম্না কা হেন্নবনি। থবক অসিগীদমক ভারতকী মফম পুম্বদা মমিং চৎলবনি। অরাবদি তমখিরবা লাইনা অসিনা মীওইবগী থবাই কন্নরিবা মফম অসিদা চঙশিন্নক্কুনা লৈতানা লৈখিবা অসিনি। শেন্না থোং শারগা চঙডকপা ডমদবা অনাবশিংদি ডাক্তরশিংগী থো-জালগী মিংয়েং চিংশিনবা ডমদে। নর্সশিংবুস্ম হরাওহন্নবা তৌই। ডাক্তর কোটনিশ অমস্তুং ফ্লোরেন্স নাইটিঙ্গেলগী ঋারী ঐথোরগী হোসপীতাল অসিদা ফাগী ওইনা লৌনৈ। ফিভম অসিদা ডাক্তর যোগেশনা মশাবু শেংনা থম্বা ডম্মিবসি অনাবশিংগী সংসারনা ডক্কা থোক্কে। মাগী থবক্কী থোংজিল অসিদা লাইরবা, ইনাক খুনবা, ফমজাও মাইবা, মন্ত্রীশিংগী সহী পায়বা ময়াম কিউ শারি অদুবু ডসি ফাওবদা ইনাক খুনবা, মন্ত্রীগী সহী পায়বা অমত্তনস্পু লাইর চুদংনবা অনাবশিংদগী থোঙকম অমা হেনগৎখিবা ডমত্রি। ময়ম অসিননি ডাক্তর যোগেশপু মন্ত্রীশিংনা, ওফিসারশিংনা অথাবা মিংয়েংদা

য়েংলিব্া।

ড়াক্তরনা ঐগী লুখূমদা থেংলিবা বেদ টিকেট অহু য়েংলবা মতুংদা নর্সতা রদ একজামিন তৌনবা ইনষ্ট্রক্সন পিরে। মখা তানা হায়রকই—

“প্রোফেসারনা পাম্বিবা মতুং ইম্না ওপরেশনগী মুমিং অসি মুনদেদ্রা ওইনা থমজ্জরে।” লতাদা ওনশিল্লগা— “য়েংঙোই মিষ্টর! প্রোফেসারসি ঐগী মরুপ্নি। কাছাড়দগী লাকপনি। মণিপুরদা ফেমিলী অমদি নকুবা মরী-মতা কনাস্থ লৈতে। ঐখোয় খ্বার ময়াম চঙহনা হোৎনবা তারি। য়েং থংবা খোঙ অসি খুজেংদা ককপা তারি। মসি পম্বক্রবদি খুজেংদা চাশিল্লক্লিবা অসি য়াম্না হেক্তিনখিবা য়াই। হোরেল এক্সরেগী রিজল্টকা ঐগী কাদা পুরকপা তাই।” ড়াক্তর চংখিগদোরে খঙহনা ঐনা হায়— “ডাক্তর! ঐগী মী লৈজদবসিদা এতেন্দেন্ট অমতং থোরাং তৌবিয়ু হায়বহু………।”

“ও চুম্মি, ঐস্থ মম্নগী পাউ হায়নিংলম্বনি। ঐগী য়ুমদা লৈরিবা অহুগী মনাওনি। য়াম্না ওনেষ্ট ওইবা অঙাংনি। মহাক হুংচিং অয়ুক .ওইনা লাক্লগনি। থাদা লুপা য়াম্খেদংদি পিবিবা তাই।”

ঐনা য়াম্না হরাওনা খুম্মি “থেঙ্ক ইয়ু ডাক্তর ময়াম চঙহনা ঐখোইলি কনবা হোৎনবীয়ু। কাছাড়দা ঐগী য়ুমদা ওইহৌরিবা ফিভম মতা অহুম ঐহাক পাউ পিদ্রবনি। রাকম অমনা ওপরেশন মুমিং অমিদি অঙাং অমমা হোৎনবা ঙমগনি থাজদে। মরম অসিনা কর্ম আমাত্রং স্পেসিয়েল ওইনা ডিউটি থম্মিত্রবদি………।”

“আম্না চুম্মি কোংমা নিমিদি খরা চেকশিনবা তাই। অঙাঙ অহুনা কমমতা হোৎকবা ঙমলোই।” লতাদা ওনশিল্লগা— “মিষ্টর নং মুমিং ত্রেকপা তারে। নোংমগী রুপিয়া থার্টি নত্রদো? অহু- মরম, মুমিং মিনিগী কিপটি কেত লৌরো।” ঐনা হায়রম্বনি, মণিপুরদা প্রোফেসারগী মুমগী মী অমতা লৈতে। পাও থাজবা

খাঙ্খিদে হায়রিবসিনি।"

"অওইবমক্কি ডাক্তর, পাউ অসি তাবদা য়ুমদা ইমা নুপীনা রাগদবহৃ খনবদা ঐহাক পোখাকম খণ্ডদে।"

ডাক্তরনা হায়রকই— "ওপরেশনগীদমক্তদি থোইনা রানিঙাই লৈতে। মসি অরুবা ওপরেশন নত্তে। অত্থমকপু ওপরেশন মতুংগী পুন্সি অহুনি খরা রাই চিন্না রানা লেনবা তাবা; ঈশ্বরনা শেম্নকপা খোঙবু নাম ককথংলগা আর্টিফিসিয়েল লেগ (খুংশেমগী খোঙ) হাপ্লগা কনানা নুঙাইগনি হায়বগে? অহুবু পুন্সী হায়বসি হেক শিবসু য়াবা নত্তে। অস্থুম্না অস্থুম খাঙবা তাবনি।"

"ওপরেশন মতুং সুমিং কয়ানিরোম লৈরগা ঐহাকপু হোসপীতালদগী রিলিজ তৌবিগনি? ঐহাক মক্কম অসিদগী রিলিজ হেক তৌবগা অমা অমদা পন্থবা তৌদনা মপান্দা আর্টিফিসিয়েল লেগ হাপ্লা চংপা তারে।"

ঙাইহাক শককম হঙিনা রাখল তৌরগা হায়রকই— "ছিল অপ তৌবদা খা অমরোমদি চংগনি। আর্টিফিসিয়েল লেগ হাপ্লনি কদায়দনা কগদগে হায়বহৃ ঐসু খঙ্গরিবনি। য়েংখিসি মহৃ পুম্বা ঐনা ফনবা অহুম শিঙ্গগনি" অসি হায়রম্লগা ডাক্তর কাদগী মপাল থোকখ্রে। লভাসু তুংইম্না অহুম চংখ্রে।

সুমিং অহু ঐগী ওপরেশন সুমিংনি। পুং তরা তাবা কাল অহুরাইদা ঐবু ওপরেশন থিয়েটরদা পুশিনখি। ওপরেশন টেবলদা ক্লোরোফোর্ম পিগ্রবা তুংদা ঐহাক করি তৌগ্রবগে হায়বা ঐহাক কয়িমত্তা খঙবা ঙমখিদ্রে। সুমিং অসিগী নোংঙাল্লমদাইদা ঐহাক মিংকপ থোক্লকই অমসুং জ্ঞান নিংখিনা তারকই। অহানবা মক্তদা ঐনা খুজেংদা ককপ্রবা খোঙ নামহৃ খরা লেঙ ওৎপা হোংনরম্মি। মহৌশাগা মান্নবা মওং অহুদা ঐহাক য়াম্না নুঙাইতবা অমা ফাওরম্মি। মতুংদা ঐনা তৈখোকখিবদা সিষ্টর লভা চৌকী অমদা ফমহন্না উইহল্লা লৈরম্মি। মাগী মখুত্তা ফিলম ফিয়ারগী

মৌরি। অমরোমদা অনাবগী মৈচাক অমসুং চৈনাখোল খাঙবগী নাহৈখোল অমরোমদা অনাবগী মৈশা কোক্লহনা হয়াউ মোমোন নোকপগী মাইথোং, পুম্নমক অসিগী মরক্তা কবি অমসুং সাহিত্যকার শিংগাদ অনৌ অনৌবা মচাক কয়া থোকনিঙাইনি। এহাকসু ফগৎলকপগা লোইননা কলম পায়বা হৌরকই। শৈরেং মচা মচা ঈশৈ অমসুং রার। মচা ইবা হৌরকই। মীওই ক্বায়রবা খোঙনাম য়াওরবা ঐগী রাররবা পুন্সী অসিদা লতানা ঐগী পোথাকম ওইরকই। লতাগী মোমোন নোকপা মাইথোং, অর্থ য়াওবা মাগী মতেক ২ ওইবা ফাগী পুম্নমক অসিগী মথক্তা মাগী লম্নাইমক ওইনা থরাই য়াওনা অৌবা সেবা অসিনা খোঙনাম রাংপগী তুংগী ওইবা অরাবনা থরবা পুন্সিগী মরিদা থোইনা হেন্না থরুদনা থা মথায় অমা হৌখি। নোংম্না লতানা ঐগী ফমুং শেম্না শেম্না হায়রকই—"তামো! নংনা ঐগী মিং লতা হায়বসিগী অর্থ উরবীনি হায়বদাই?" "উম, লতা হায়বগী অর্থদি মধু-মতি যাত্তিকুপ্পী, মাধবীনচিংবা মরি চৎপী নংদৌনা ফজরী লৈরাংগী উরীবু কৌই। য়াম্না মত্তা চানা থোক্লি নংগী মিংসে, নখোয়গী পাবুঙ-খোয় ইমাখোয়না।" অসি হায়না খুম্নি এনা মাইদি হাইগত্তে মতম, অসি ঐ শৈরেং ইরি। "অহুবু তমো উরীসি করিগুম্বা উপাল অমদা য়েংত্রবদি মথরতা লেপচবা ঙমদেকো?"

"হোয় উরী পুম্নমক মথরতা লেপচবা ঙমদে। মাগী তাংজরুব-য়েংচকম উপাল থিবা তাবনি।" ঐগী রাসি, তারনা লতা ঙাইহাক তুমিন লৈ। মানা কাদগী থোক্লমদাইদা ঐগী টেবলদু শেমজিন-শাজিনবগা লোয়ননা হায়রম্মি তামো পুন্সীগী অর্থদি ঐ তাব তাদে। নোক্লগত ঙ্ঙাইরিত্রা? কপ্লগত রারিত্রা? কপ্পা নোকপগী মাইথুম্বী শাম্নবসি নংত্রা পুন্সী হায়বসিবু? খোইদাদবা পাম্বী অমদা মঙম শাংনা য়েংতুনা কপ্পা কপ্পা পুন্সী লেনগদবগী শকুকপদি মিংকুপ অমত্তং পামজবা পামেলদা থরাই তানা য়েংলগা মাইথোং মকা লম্না শাংলম্নগা পুন্সী অসি তৈরল : নপ্রবসু ঐদি অদুম পেঙ-

গনি।" অসি হায়রম্লগা মহাক মপান অতুম থোকখ্রে। মানা ঙসি ৱা ঙাংবদা 'মখোঙ্গেল তনিক তনিকপগুম তৌই, নুশাশোর থবেং থবেং হোনবগুমস্তু তৌই। ৱা থৱসি হায়দোকগ্রবা মতুংদা মতম কুইনা পুরক্লবা পোংলুম থাবদা খংয়াং য়াংবগুম তৌই।

লতানা থোকগ্রবা তুংদা ঐহাকস্তু ইরম্বদগী চোকথরতুনা কলম পায়না ফমুংদা হিপথরম্মি। ঐনা মোন্দা কুপ্লিবা মোনখুম অহু উবদা ঐহাক য়াম্না ঙক্লা থোকখি। মোনখুম অসিদা ফজরবা লৈগী উরী অমা লোল্লি। মসিদা য়াম্না হৈ-শিংনা লোল্লিবা লৈশিং অসি পোমশাংনবা ঙাক্তুনি। লতানা করস্না মতমদা পুরকখিবা অমস্তুং করম্বা কালদা মোন্দা কুপশিনখিবা ঐহাক থঙবা ঙমহৌদে। ঐহাক রাখলগী ঈপাক অমদা তাউহনা লৈহৌই। লতা নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক হেক কারকপগা ঐগী কাদা হান্না চঙলকই। দিউটি লোইরগা চংলমদাইদস্তু ঐঙোন্দা করি কমদৌরি শোয়দনা হংনম্মি। ঙসিদি অয়ুক কুমলমদাইদা অমস্তুং নুংথিলগী কারকপদা ঐগী নাক্তা চঙ-লক্তে। ঐহাক য়াম্না খৌরাংনা য়েংহনা লৈরম্মী। নুমিদাংৱাই কুম্লমদাইদা মাগী মরুপ শান্তিবালা চঙলক্লগা নোকক্নেং তৌনা হংলকই—"তামো ঙসিদি কবিতা ইন্দ্রবরা?

ঐনা শাওশিন্নহুনা খুম্মি "ইবেম্মখোয় নখোয়গী হোসপিটাল অসিদা লৈজনিংদ্রে। নখোয়না পীনি হায়বা ক্রচ অহুদং পীবিরবদি ঐ চোং চোংহুনা মফম অসিদগী চৎচখ্রগে।"

"ঙসিদি ঐখোয়গী তামোসে য়াম্না শাউরে। ঐ চা কোংজরগে" অসি হায়হুনা মানা চা অমদি চানবা লৌহল্লহুনা ঐখোয় চামিন থকমিন্নরে। অস্তুম্না নুমিৎ তাশিল্লক্লুনা মহাক চংখ্রে। অঙকপনি মীওইবগী পুন্সী হয়েং অয়ুক পুং নিপাল তাবা মতম ফাওবা লতা থবক কারকপা ঙাইগদবসি ঐঙোন্দা ফনা ৱানা থোক্লম্মি।

নোংমা ঐহাক কমুংদা হিপতুনা ঙাক লৈবদা ৱারহনা কমুংদগী

হৌগংলগা লৈবাইদা থোঙ থামজিনা লেপচুনা লৈরম্মি। তাঙা অসিদা নত্তানা চংলক্লগা হায়রকই—"হাইমা! তাবো চুকপাদা কৈদৌনবা হৌগংজিবনো ?"

"লন্তা হিপচুনগদাক লৈবসি ঐ য়াম্না বাক্রে ঐহাক থক্না থক্না চংনিংলে। নখোয়গী ক্লচচ হায়বহৈ কৈদৌঙৈ থুংভগদৌরিবনো ?

"ঙরাং সাজন্নদি চিঠি ফংলে নোংমা নিনি সিদা ঞৌরক্লগনি হায়রবনি। য়াম্না চংনিংলবদি সে ঐচৌন্দা পায়রকউ। অদুগা য়েং-ঙোই মোহোন নখোয়গী ওথানা করিগুম্বা হৌগংবকে অমস্তুং চংবকে হায়রবদিনে অস্নুম্না পায়গদবনি" - অসি হায়রদুনা ঐগী য়েং থংবা থুং অসি মাগী মরেংবান্দা হাপকংগ্রে অদুগা মাগী ওইথংবা থুংনা ঐগী থাংদা কোল্লগা থোঙথাং মরি মঙা চংলে। কিন্তু অসিদা ঐহাক ঙাইহাকী ওইনা ঐগী থৌঙ নামা য়াওদবগী অবাবা পুম্নমক কাউথোকথিবগুম থোখি। লত্তানবু ঐগী থোঙ নাম ককথিবগী অবাংপা অসি মেনথংপিনি হায়রবদি ঐনা বাগদৌবগী মরম করিহৈ লৈত্তে। ঐহাক মিংকুপ অমগীদমক মুঙাইরবা মঙ লৈবাক অমদা ইশা য়াওদনা পায়হৈনা লৈরম্মি।

ঐহাক হোলপিতালদগী রিলিজ তৌরে হুমিং অসিমক্তদা ঐহাক বোংয়েগীদমক ইস্কাল থাদোক্লবা থৌরাং তৌরে। বোংয়েলগী পুনা ভাবা অমুক চংলগা মকম অদুগী হোসপিতাল অমদা হুংলেমগী থোঙ হাপকদোবনি। ইয়াম্নপোট কাওবা চংলমবা কাম লাকুনা লৈরে। মকুপ মপাং থক্তহু ঐথু মিলোকপা লাকই। লত্তাপু মঙল চানা লাকুনা ঐগী পোংচে য়োমশিনবনচিংবা থৌরাং তৌরি। কাং-লিবা হায়বরক্তদু ঐহাক্তা নোংকনা চংকদবা মী অইত্তসি। লত্তানা মী অমগী থৌরাং তৌরকপনি। মাবা হায়বাতুং ইমা মী অম কম্পাউণ্ডর পাস তৌরবনি। মহাক থৌংচেং থাজবা লৌই কোস কা তৌবিং অমহু তৌরকনি। হুপা থাদি, মজৌমকা অমুক লাক্লবহৈ ইয়ারপোর্টতা অমুখ লাক্লগনি হায়না লত্তানা পাঙ পায়হৈ।

ঐগী মরুপ অমা অনি অমস্তুং লত্তাগা লোইননা ঐ ইয়ারপোর্ট য়েৎরে। এরোপ্লেন পাইগদবা মতম নকশিল্লক্লে অদুবু ঐগা চংমিন্নগদবা মী অদুদি উবা শুককং কংল্লে। হংলুবা খুদিংদা লতানা মানা থোকপা, ডয়বা করিগুম্বা অমা নংত্রগা অমা খুদ্দি। মমৈথংদা তৌকম খণ্ডল্লে, ঐ শাউবনা মৈ হোৱে। ঐগী জর্নী অসি কেনসেল তৌরসিরা হায়রবা ফাউবা খল্লে। মতম অদু ফাওবদা লত্তানা করিস্মু নিঙাইবা লৈতনা অদুম খুদ্দি – "ঐনা দায়ী লৌপ্রবা থবক্তা করম্বা হুমিংতা শোয়খিবা য়াওপ্রবগে? ঐনা শোয়দনবা তৌগনি হায়রবা মক্তদা তামোনা করিগী অদুক য়ায়া মিপাইবিরিবনো?"

ঐহাক মখা অমুক তাল্লে। থোল্লবা অমা লাক্লসনু হায়না নিংঙাইদবা পোক্লে। মৃহৌশানা মীওইবনা তঙাইফদবা মতম্ লাক্লবদি ডয়বা হোৎনদুনা লাক্লিবা খুদোংথিবা পুম্বা মাইয়োক্লে। মত্যাং অদু ল্যাকপদা শিবগী অকিবা লৈরক্তে। মসিবু মুপা মচা থোকপা কৌই। ঐগী মরুপশিংনদি ইথয়তা চত্তনবা কয়া থাম্লম্মি। অদুবু ঐগী চপ মুংনা লেপগ্রবা মুপা মচা থোকপা ৱাখলদা কনানম্বু পলহনবা ডম্বা লৈল্লে। হায়না হায়না এনাউন্স তৌরকপগা লোয়ননা ঐ ঐগী crutch অনিনা শৌরা শৌরদুনা এরোপ্লেন তম্না চত্তশিল্লে। এরোপ্লেনদা কাখংপা মতমদা মশক মতৌ কজরবী ইয়ার হোষ্টেজ অনিনা য়ায়া নিংথিনা মতেং পীখি। ঐনা খনখি মুপা মচা থোকপা মীমক্লি নিরুত্রবম্বু ঈশ্বরনা মতেং অদুম পীবি, মখোঙ মখুং কাওবা লেঙনিংত্রবা অতনবা পাঙত্রবা মীনা কনা য়ায়া কৌজদুনম্বু মদু ঈশ্বরনা থক তাবিদে।

ঐহাক ফুম্বংনবা ৱাখল অমদা লুপ্তুনা ভুমিন্না কমদুনা লৈরম্মি। মখাদা অসিদা কনাগুম্বী অমগী নৌরবা খুনো ঐগী সিট বেল্ট (করকমগী পেটি) অদু কাজিনবিরম্মি। ঐনা লৈথোক্তুনা য়েংখিবদদি মক্তা কুমদুনা লৈরম্নে। ঐনা কমায় লৌথোক্তে হোৎনবা উবা লত্তানা খাগী এসেক মনয়া চরবা কমাদ মদু ঐঙোন্না পিরম্মি।

# রাকচিংগী উৎসব

ঐখোয়গী ইমুংসি মমাংঙৈদা অস্তুক য়াম্না লাইরমদে। ঐগী ইপা পোকপা ইবুঙো অহু কোন্নুংগী কম্লাইবা ওইরম্মি। কম চাউনা নাইবতা নত্তনা ইনাক কৈরাকস্তু খুন্দুনা কৈরোল লৈকাই পুম্নমক্না লৈত লাইরগী অৱাং অপা হংকমস্তু ওইরম্মি হায়নৈ॥ অহুবু ঐবু পোকপা পাবুংগী মতমদদি মহৌশাগী অহুদি নংত্রে অহুমককু শামুনা ময়াং কংলগা ইয়ো ইমুক চাউই হায়বহুনি অহুম্না কৈরোল লৈকাইনা হায়নবা তাখি। হৌজিক্তি মহু পুন্না ওইত্রে। ঐগী মতম অসিংদদি ইমুংগী ফিভম অসি শন্নাও ময়াং কংবগা চাংদম্নবা য়ারে। ঐগী ইপাবুঙদি অফাওবা ঈশৈগী ওন্নানি। মাগী মতমদা কলাৱাটি ঈশৈদা লাম্না তৌবিনবা মী লৈরমদে।

কলাৱাটি পাম্না নহারোল কয়ানা ঐগী ইপাবুঙদা ঈশৈ তম্না লাক্লম্মি। ঐহাক্কী খোঙ্জেল কবহু উরগা পাবুঙগী ছাত্রশিংনা ঐহাকস্তু ঈশৈ তৌরবদি অফাওবা মী অমা ওইবা ঙমগনি হায়রম্মি। পাবুঙনদি ঐহাকপু শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী অৱাংবা বিদ্যা অসি তম্বা অমসুং হৈবা মী অমা ওইহন্নিংলমদে। মসিগী খোইদোকপা ময়ম অমদি মতম অহুগী সমাজনা বিদ্যা অসি হৈবা ওবাশিংবু খোইনা সম্মান তৌরমদে। করিগুম্বা সম্মান পি হায়রনা লোৱা তারবস্তু শেল-থুমগী

মিৎয়েংদদি থোইনা কান্নবা ফংলমদে। বিদ্যা অসিগী অকনবা সাধনা তৌরুবননি ঙসি ইবুধোনা থনম্বা লৌশিং লন-থুম পুম্নমক ময়েং শাথিনা তারকপা। মরম অসিননি পাবুঙনা ঐবু লাইরিক কন্না তম্মু হায়না খু-চৈহ্না রাররক্লিবা। কনানা থঙ্গনি মী ওইবগী লাইবক মীন নিংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বহ্নি। অঙ্ক হোৎপা, জ্যামিতি চিনফা পুবগী মহুত্তা ঈশৈ ঙঙবা অমস্তুং ফালদা পুং খত্নুনা শান্নবনা ঐঙোন্দা য়াম্না হৈননা অমস্তুং নুঙাইনা থোক্লম্মি। স্কুলদগী পেরোদ লৈথোক্লগা কাঙজৈবুঙগী টুর্নামেন্ত্বো কাচিন্দা কমহ্না লমহেনবা ছাত্র মরি মঙা পুনশিল্লগা ঈশৈ ঙঙবা অমস্তুং রারেম ঙাঙবদা ঐহাক মকোক থোক্‌ৎলকখি।

স্কুলগী ওবাশিংনা ঐহাকপু লৈকাকী অকাওবা ক্লাসিকেল ম্যুজিকী ওজা অমগী মচানি হায়রবসি য়াম্না মুন্না খঙবিখি। য়াম্না নুংনা তৌরিখি। ঐনদি লাইরিক্তা থবাই য়াওদবনিনা মখোয়না নুংনা তৌখিবগী থোইনা কান্নবা ফংখিদে। হিয়াং তান্নবদা হিরোইনদি কন্না থোন্দনা থোঙবান চেনবশিংনা পংলাউ লাউবনা কান্নবা নত্তে। লাইরিক্তা অসি য়েনা সোন্নবা অসিমক্তদা স্কুলগী করিঙন্না ফংসন থোকপদদি ঐহাকপু শোয়দনা থিরকই। সভাগী শৈহেং শৈরোই শকপা মতমদা তম্মিন্নরিবা ছাত্রশিংগী খুবাক মখোলনা হোল পুম্বা নিল্লম্মি। ম্যুজিকী কম্পিটিশন খুদিংদা ঐহাক প্রাইজ ভত্তনা ফংলম্মি। অশোনবা মীওইবনা মযাম্নবগা লম্বা তৌবা ঙমত্রবদা করিঙন্না লখী অমদা মানা হেনবা ঙমত্রা কোইথি থিরকই। মানা হেনবা লক্কী অতুবু থম্নগা পুক্লিংদা মথল অমগী অবা পোথাবা ঙমজে। অমুক্তা ঐহক্ লাইরিক লাইওদা মীয়ামবা ঙমত্রবক্তু ঈশৈগী লম্বীদদি স্কুল অসিদা ঐনা থায়দগী মহেক্লে থন্দুনা ঐহাক চাউথোকচরম্মি। মোংথ্যা ত্রিনাথ পুজাদা ঈশৈ অমা শকনুবদগী যল্লকপদা পাবুঙনা তৈথিবক্লো হৌজিক কাওবা কাউবা ঙমত্রি – "হায় অঙাওবা লৈবাক

অসিদা কলাকারগী মতিক চাঁবা সন্মান ফংদবনিনহৈ । নং হয়েং চন্না হেন্দুনা তোকেরাও ? তৌরম্নু তৌরম্নু বিদ্যা অসি কন্না হেক হৈনরুরবদিনে গঙ্গা খক্কুনা ঙাওহ্নুনা চংলগদবনি ।” লৈবাক্কী অস্নুক য়াম্না ফাওপ্রবা কলাকার অমনা সঙ্গীতকী মরিদা অস্নুম্না হায়বা ঐহাক মতম অহূদা য়াম্না ঙক্লা খোকখি। অহুবু ঐনা ঙসি ঙইরিবা ফিবম অমদি ক্লাসিকেল ম্যাজিক হৈবা মরুপ মপাংশিং উরগা হৌজিক্তা ভাব তারকই। অঙইবমক ঐগী মরুপ-শিংগী মন্নুংদা ওঁমা অনিদি লৈত-লাইম্নগী চৈকু খাঙবদগী গঙ্গা য়ুগা ইরোইনহনা চাননা বুদ্ধি চোইবা হায়বহু ঙইবা য়াওরে। অস্নুম্না রাখলদা লুপলিঙৈদা ইমানা চঙলক্কুনা হায়রে—“ইবুঙো নংবু পৈসা উসা ককা খরা লৈজরিব্রা ? হৎচিত্তি রাকচিংগী ছুম্নি পানবনিদো লাইদা লাইরুক অমতং কংলগা কনাগুম্না ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অমতং প্রসাদী খুলহনবা তৌদবদি ইমাব্ন ইন্নুং-হেক নুংঙাইরোই-দৌরিদা। রাকচিংগী উৎসবসিমদি নংগী বাবাজীনা য়াম্না লুনা হায়রম্মিদা। অতৈদি য়াবমখৈ কংত্রবনিসে বাবাজীগী দিন খোকপা ফাওবা লাইদা সিধা অমা থিল্লগা ভোক্লবনিসে। হয়েং ঐনা শিগ্রবদি খঙদ্রে। ইমানা লৈরিঙৈসিদদি মসিমতংদি কায়হন্নিংদে।”

“হোয় হোয় ইমা হৌজিকমক্তি লৈত্রি। হোয়েল ঙাইহাক লৈরগা লুপা মঙা তরাদং শিবা ফংত্রা য়েংউবা হায়বহুনি।”

“খঙদ্রেদা ইবুঙো নংনা পালহৌগদবসে লৈতবা মরৈতা অসিগা নচানা কোকখোং অমা নংগীদমক খনবদনে ইমাদি শিফম নাফম খঙলোইদৌরি।” অসি হায়রম্লগা ইমাহ খোকপ্রে—চংনা চংনা নাম শোল্লি রাধেশ্যাম! হরে কৃষ্ণ!

ঐহাক সঙ্গীত মন্দিরগী প্রিন্সিপালনি। কমদবু প্রিন্সিপাল হায়বনি খাগী তলপতি লুপা চামথক্তনি। অতৈ তবলা, সেতার অমসুং ঈশৈগী ওস্তাশিংগী তলপনা লুপা ছমকুতরামঙা নি। কদায়দনো ঐনা শেলগী রা হায়রুগদবা মীসি। ঐগী ফিবম

মতামসিনা কনানস্থ পীনিংঙোই। ঐনা তুক হায়রুগদবা হায়ববু সঙ্গীত মন্দিরগী সেক্রেটরীগীদা চৎলগা ঐগী ফংফম থোকপা। ভলপতগী এদভান্স ওইনা লুপা তরা কুন্দং পিয়ু হায়রুগদবা মঙাই। ঐখোয়গী খুরা ইবুঙো সেক্রেটরীসি বি, এ, নি হাই স্কুল অমগী হেড মাষ্টরনি। মহাক ভবলা য়াম্না পাম্মি, হৈবস্থু কাবক কাবক হৈ। থাঙ্গৈশেংবা অচৌবা কলাকার অমা নৎত্রবস্থু য়াম্না নুংশিবা মী অমনি। ঐস্থু ফি ভনহোং হোংদুনা সঙ্গীত মন্দিরগী সেক্রেটরী গীদা চৎলে।

খুরাইবুঙো সেক্রেটরীগা ঙাইহাক ৱারী শানরে, সঙ্গীত মন্দির গী ওবা, ছাত্র, ছাত্রী অমস্থুং ফগুগী ফিবম পুম্নমক নৈনরে। লৈবাক্কী রাজনীতিগী ওইবা রাকম খরস্থু খন্নরে। মতুংদা ঐনা হায়গদবস্থু য়াম্না ইকাই হঙ্গোইনা হৌদোক্লে। খুরাইবুঙোনা খুম্নকই "শেলগীবুদি লৈনি। অদুবু ভলব ফংখিবা হাগ্রামকস্থু ফাখিদ্রি হৌজিক্কা এদভান্স হায়রিবসিবু ইবুঙো ..................।"

ঐনা য়াম্না হঙ্গোইদুনা খুম্মি—"খুরাইবুঙো! ঐখোয়গী ভলব মতা অসিনদি যুম য়ৌখিবগা অদুম হেক্তা লোইবনি।"

খুরাইবুঙো সেক্রেটরীদু মীনা হায়নবগী তুক হায়রুবা শাবনি। ঐগী পাংথুম ভাবদা নিংবা কায়না খুম্নকই—"হোয়নে হোয়নে ঐখোয়না পিরিবসিবু ভলপ কৌত্রনে? হৌজিবী তাংলিবা খুৎভাং লাকতাং অসিগা থা অমদা লুপা লিশিং অনিগী মথক্তা ফংলিবা ঐখোয়স্থু শেংপা চাবা নিংবা থুংদে। ইবুঙোখোয়গী ভলপ ওসি খরদদি 'হাপকৎকে খমবনি অদুদা সরকারগী গ্রান্ট অসিনা খরদংগা হৈনগংলক্লবদি, হায়বগীদি ঐস্থু কনা হায়নবনি। হৌজিক্কী এম,এল, এ, নি মন্ত্রীনি হায়দুনা তৌরিবা কাঙবুসে ভাবপু ইত্তা তাদে। অসিদা কলাকারশিংনা মরু ওইনা ক্লাসিকেলগী ওঝাশিংনা ... য়াম্না লুক্রে।" অসি হায়রম্লগা খুরাইবুঙো ইমুংদা লেঙ-শিনখিদুনা লুপা ৫০ লৌথোকলুরে। ঐনা হায়রম্মি ইংচিংসি

নোংমাইজিং মুমিংসু ওইরমাল্লে থোইদোকপা অচিনবা লৈবিগ্রবদি ঐখোইগাদা লাইগী প্রসাদী খুনবিবা শঙ্গনিকো। য়াম্বা নত্তে লাইরুক অমতং কংকে হোংনজবনি।

"শংবগাদি শংই অহুদা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অহল্লমনশিংবু ওইনা তৌদা। করিগুম্বা দিন ককা তাত্রনে? ঐখোয়গী ওঝানা লৈখিদবদি য়াওশং মনুংদা নংত্রনে?"

"খুরাইবুঙো ঐখোয়গী বাবাজীগী নত্তে। বাবাজী লৈরিঙৈদা রাকচিংগী উৎসবসিমতং শোয়দনা কৎলকুবা ইমাদা শিন্নরমমাল্লে। ঐসু বাবাজীনা-পাল্লম্বহ্ন কায়হন্নিংদহ্নুনা শেল থিবা লাকচরিবসিনি।"

"কৈ কৈ ইচাসিদি ঐ শোয়দনা লাক্কে বাবাজীনা মুংশিবা অহল লমনগী হায়বদি মনাগুম্বা ইবুধৌ, ইবুধৌ পুরেম্নচিংরগী দিন থোক্লমগনি।"

ঐহাক রাফম অসি থরগা মপুং ফানা রারী তৌনিংলে। মরমদি ঐখোয়গী রাকচিংগী উৎসবকী রারীসিগী মনুংদা মৈত্রবাকী ফাওরবা কলাকার অনিগী মুংশিরবা থোদোক অমগী রারী থুপত্নুনা লৈ। ঐনা হায় —"খুরাইবুঙো ঐখোয়গী উৎসবসি মশিং য়ামগ্রে শক্তিবুগী উৎসব, ফাইরেলগী উৎসব, লমদাগী উৎসব অসিনচিংবা। কৌজিক্তি ভমত্রহ্নুনা পুম্নমক অসি তোক্লবনি। রাকচিংগী সিমতংদি হায়হ্নুনা হোংনজরিবসিনি। মসিগী মরিদা হাংবেক্তং পঞ্জগে তাবদা খুরাইবুঙোখোইগুম্বা কলাবু মুংশিবিবা শিংনদি ওস্থোক্লা মুঙাইবিগনি।"

"হায়যু হায়যু তাসি খুরাখোয়দিনে নখোয়গুম্বা কলাগী মীওইশিংসিগা রারী শাবসি ওস্থোক্লা মুংঙাই। হায় মুপীমচা নখোয়গী চাহ্নবু লোইত্রিবরনে?"

"নোংমা করিগুম্বা পর্ব দিনগুম্বসু থোকপা মুমিং অমদা ঐখোয়গী পাবুঙগা ওঝা তোলমুগা অকনবা লাম্বা তৌখিমাল্লে। মফম্না রাংখৈগী মাগুপ হায়বগুম তৌই।"

"এ এ অনিহুগী ৱাযুদি করি হায়নি। ইবুঙোখোয়গী পাবুঙনা কাওবদি গোপাল কলাৱাতী হায়না অহুম খঙনথ্রবনি। অহুম্না ঐখোয়গী ওঝাস্তু ওঝা তোলম্মু তবলা হায়না খঙনথ্রবনিদনা। হুংশি, অহল অনিহুগী ৱাদি করি হায়নি। পাবুঙনা ঈশৈ থোনগনি অহুগা ঐখোয়গী ওঝানা তবলা সঙ্গত, ওইগনি হায়রবদি ভাবোক্লা কমকমকা চম্নবা নত্তে। লাইনি অহল অনিহু। হৌজিক্কী ঈশৈনি, পুংনি হাযহুনা তৌরিবসিবু তৌশাবা হায়হুনি।"

"থৌদাক অহুমক্তি অস্নম্না তৌই হায়- পাবুঙনদি পাঙ্গল খিং ফরিঙৈ অহুগা ওঝা তোলম্মুনা মরাইথুং কত্তবনা পাঙ্গল শোক্স্নরবা মতম ওইরমাল্লে। মহুদা পাবুঙনা কাইহৌহুনা নমহুনা লাম্বা তৌখিমাল্লে। হ্নুমিং অহুগী পুং-ঈশৈগী লাম্বা অসি কনমনখিবনা 'ওঝা তোলম্মুগী মউচোকথনা লৈরবা হকচাং অহু খংশোল শোক্সখিমাল্লে। মসিগী নিংঙমদবনা পাবুঙনা ···· ·········· ······খুরাইবুঙো হংচিংসি পাবুঙগী নত্তে। মৈত্রবাক্কী তবলাগী ওঝাশিংগী মরক্তা তোমখিন ঙানখিবা ওঝা তোলম্মুগী দিন থোকই।" অসি হায়রগা ঐগী মিত্তা খঙহৌদনা পি শিন্দ্ররকই। খুরাইবুঙোস্তু মিত্তা ঈরা চেল্লকই।

ইবুঙো হ্নুমিংভুগী পুং-ঈশৈগী লাল অহুদি করি হাযনি। খুরাদি মিংনা উহৌরিবনি। ঐদি ঐখোয় ওঝাগী থৌগল তৌরি-বনিনে। সে লাইমযুমগী আঙ্গাগী মাঙপতনি হায়বা, আজ্ঞাগী ত্রিনাথ পুজা হায়বহুদি চাউনা কংথ্রবনি। ইবুঙোখোয়গী ওঝানা ঈশৈ থোনগনি তাবদা ভাবোক চোম্না তিল্লে। ঈশৈ অহু অহানবদা নহারোল অছুম মরি হাম্না শকলে, ঐস্তু হ্নুমিং অহু পুং য়ৈবা য়াওই। মতুং ইবুঙোখোয়গী ওঝানা শকপা তারে। মী পুম্নমক লোইনা হয়াউনরে। তবলা সঙ্গতত্তি লাইথ্রমগী ওঝা চাউম্নুনি। ওঝা চাউম্নু-না হাম্নবু হায়ঞ্জে "ওঝাবু পঙলু লুনা তৌবিরক্কনুকো।" পাবুঙনা নোংক্কেংক্লমক মতৌই থোইদোকপা ৱা ঙাঙদে। ওঝা চাউম্নুগী ৱাহৈ মতাহুগা করি থোক্লগবা হায়না ঐখোয় পুম্নমক য়েংনহুনা লৈরে।

ঈশৈশগী আলাপ তৌগ্রে। কয়া সি কঙ্গংগ্রে ওঝাখোয়হদি শকুগা ফজবনে, শাবায়গা চাউদম শাংদমলহুমানে। চাউরবা দাল পুরাহ্ লেংবান্দা ঙাথরতুনা কঙ্গগ্রবা খুংচা অমস্থুং লংলবা খুজিল. অহ্না দাল পুরাগী ভারাশিং অহুদা কাপ্পকপা বাহ! করি হায়নি লাইগুম্মা উগ্রে, লাইরিক লাইগুদা হায়নরিবা গন্ধর্ব হায়বহ্ ওই- রমাল্লে খল্লে।

বিদ্যা য়াম্না নৈবা ওঝানিনা খরা লুনা অমস্থুং চক্রি থাংনা ঈশৈশ অহ্ হেক হৈরে। কনা কুইনা শকুবা ফাওবদা ওঝা চাউনু তবলাদা তাং লাউনা মখুংনা থাবা ঙমগ্রে। ঐখোয়গী ওঝানা ফনা লাউবশাই - "ইবাই য়ৈরোনে।" ইসে তালহ্ লৌহৌরো য়ৈরো হায়মি মপাঙ্গল শোনবনিনা মথরাইহ্ প্রোক প্রোক চাকগ্রে। তৌরিবা মতৌহ্ উবদা ইবুঙোখোয়গী ওঝানা হেগা হেন্না লুনা শকুকই - তবলা য়ৈনবা তাল ইপি পিদে। ওঝা চাউনুদি মখুঙ্ তবলা পায়হন্নত নৈগ্রে য়ৈব ঙমখিগ্রে। মশা অহ্ হুমাংনা পুমচোং চোংগ্রে। ওঝা চাউনুগা ঐখোয়গী ওঝা তোলমুগা মশেন মবাই থোক্নে। ওঝামা ইবাই য়ৈরো হায়হনবা লাউই - অগবু য়ৈগদৌরিবা ওঝাদি অহুক য়াম্না বিদ্যা নৈজবা নত্তে। হায়বনা অমনি য়ৈগদৌ- রিবনা অমনি।

মমথংদা ঐখোয়গী ওঝাহ্ শাউনিংলক্লমাল্লে। "সে কদায় পিরকউ" হায়হুনা তবলাহ্ ফং চিংশিনগ্রে। মতৌ অহ্ উবদা ভাবোক পুম্নমক রা লাউনগ্রে। ওঝা চাউনুনা তাং লাউনা থাবা ঙম্নমদবা পুং অহ্ ঐখোয়গী ওঝানা করম্না তাঙ্গাদনো খঙদে ইরাই লাইনা তান লৌহুনা য়ৈগ্রে। মুমিংতুগী কুইম্নহ্ করি হায়নি পুংগা ঈশৈগা তান্না হিঙুম খাত্রাংনা চেনখংনয়কই অমনা অমদগী শম্না অমা ফাওবা হেনগংনবা ঙমদে। অয়েংবা মী পুম্নমক মশাবু নিংশিংনখিগ্রে। থাগত্রা থাদে থাগত্রা থাগ্রে। কনা কুইনা শকুবা তুংদা ওমচাকুনা লেরম্বদগী নুংশিংকো ঈপোয়া কুং লাউনা মৈয়া বাংনাকায়কপগুম;

চাংজৌ পাবা তুরেল্লনা লৌনম্বাল নমথায়হনা চেল্লকপগুম পুং ঈশৈ অনিমক চপ মান্ননা রা লাউনা থাগ্রে।

ঈশৈ থাবগা ঐখোয়গী ওঝা তোলমুদি অহুম তুখগ্রে। ময়াম চণ্ডহনা হুমাই হুম্মি, লরাইদা ঈশিং য়ৈ তৌহনা ফনা কুইনা লাক্ল-রবা তুংদা ওঝা জান ভারকই। মমৈথংদা পাবুঙনা হায়- "ইভাউনা হেক শোনখিবদগী ঐহাক ঈশৈ শকপা ফংদ্রবনিদো। ইভাউ রারৌবা য়াদে ঐনা খরা হেজিনগ্রমাল্লে।"

ঐখোয়গী ওঝানা নোক্লহনা হায়—"ইভাউ ইবুঙো ঐস্মু পুং য়ৈদবা কুইরে ওসিগীসিনা অরোইবা ওইগদৌরিমাল্লে।" অসি হায়না মপি শিল্পরকই পাবুঙনা হায়রকই—"হায়হেদে ইভাউ মতম কুইনা নাম শোনমিন্নহিগদবনি।" পাবুঙস্সু পি শিল্পরকই।

ত্রিনাথ (ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর) মপু অহুমগী শেংলবা পুজাস্থল অসিদা গঙ্গা যমুনাগী শেংলবা ঈচেল অনি তিন্নহনা ত্রিবেণী সঙ্গম ওইখিবগুম লৈবাক্কী চাউরবা কলাকার অনিগী মিংকী পিগী ঈচেল অনিনা মহৈ মহৈ তিন্নহনা কলাগী শেংলবা সঙ্গম স্থল শেমগ্রে।

হায়গুম্লহনা ঐখোয়গী ওঝা মতুংদা তবলা অমুক পায়বা উখিগ্রে। থা খরা লৈরম্লগা রাকচিং থাদা পুন্সীগী অরোইবা য়াহিপ তানগ্রে। পাবুঙস্সু করিগুম্বা মফমদা ঈশৈ শকপা তাখিগ্রে।

---

# খুম্নমদেবা মাগী রাহং

কাছাড় জিলাগী জাফিরবন হায়বা মফম অসিদা লৈরিবা মৈতৈশিংগী চহীগী ওইবা "মৈতৈ ইমা নিংশিংবা নুমিৎ" হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা নুমিৎ অমনি। নুমিৎ অসিদা অচৌবা মীফম অমগা লোইননা মৈতৈগী ওইবা জগোই, ঈশৈ লীলানচিংবা থৌরম কয়াসু পাঙথোকই। মীফম অসিদা কাছাড়গী তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদগী মী কয়ামরুম লাকই অসিদা নত্তনা গৌহাটি, নাগাও, ত্রিপুরা অমসুং মনিপুরদগী মীহুৎ ফাওবা য়াওই করি করিগুম্বা মতমদদি মণিপুরগী মন্ত্রী, মুখ্য মন্ত্রী ফাওবনা মনিপুরগী বাংমদা লৈঙ্গবা মণিপুরীশিংনা মমা লৈবাক মণিপুরবু নিংশিংবগী থৌরম অসিদা শরুক য়াই। মণিপুরগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থানশিংগী মীহুৎশিংনা য়াম্না থরাই য়াওনা শরুক য়াই। মনিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী মরিদা থরাই য়াওবা মীওই ওইবা মরমদগী মপালগী মনিপুরীশিংগী থৌরম কয়াদা য়াওনবা তাঞ্জা হেক হেক এস্নু ফংই।

"মৈতৈ ইমা নিংশিংবা" গী থৌরম ঙরাং য়াম্না নিংথিনা পাঙথোকখ্রে। চাউরাক্লা মী লিশিং মরী মঙারোম তিনখি

মরু ওইনা মণিপুরদগী জগোই-ঈশৈগী কাওনুপ অমা লাকপা অমস্তুং মণিপুরগী মুখ্য মন্ত্রীমক্লা চীফ গেষ্ট ওইবা অসিনা মহৌশাগী মীক্মদগী হন্দক্কী অসিনা মীয়ামগী পুক্লিং হেন্না চিংশিনখি।

হৌগ্রবা ইতিহাসকী অচৌবা তমথিরবা ইচাউ অমনা পুন্থনা লমদম তান্না চংখিবা মৈতৈগী ইপা ইপুশিং অন্থুগী চারোন শুরোম্নি সভাদা তিল্লিবা মীওইশিং অন্থু। সভাগী শৈহৌ-শৈরোই মী অমমম্না পিরকপা বক্তৃতা ওন্থোক্লা থম্মোই শোক্লিঙাইনি। ইরোল, ইজাতি ইরৈবাক, মৈত্রবাক্কী রাখলদা মী পুম্নমক তাউন্থনা লৈরম্মি। ঐখোয়গী মৈতৈ ইমা, ইমানা নাউকোনবিদ্রবা, মীরোল তাংলবা, মীচেং চারবা অসিনচিংবা কয়া কয়া। অওইবমক হৌজিক্কী যুগ অসিদা জাতি অমা ওইনা হিংন্থনা লৈবদা পুকচেল খোইক্রেল তিন্নবগী লিচিং অমা দরকারনি। পাক চাউরবা বিশ্ব তাইবং অসিদা মীওইবা হায়বা জাতি অমতমক লৈরবা, ধর্ম অমতমক লৈরবা, জাতি অমস্তুং ধর্মগী পিক্ল পিক্লবা চেকপল াগাইখিবা ঙম্নবা, কয়াদা ফজগ্রবা সংসার অমা ওইগবা মীওইবগী তাইবংপাল অসি। অন্থবু মঙ অন্থদি মঙফাওনন্ত্রিবনিনা পাক চাউরবা বিশ্ব অসিদা বিন্দু অমুক ফাওবদং চাউরবা মণিপুর অমস্তুং মাগী কবো, কাছাড়, ত্রিপুরা য়োনা চোইঙ্গাইননা তাপ্রিবা মচাশিং অসিগী অপুনবা শক্তি অমা দরকারনি মন্থনা চাউরবা বিশ্ব অসিদা ঐখোয়স্তু লৈরি হায়বা খোঙ্গেল অমতং মালেম শিন্না তাহনবা ঙম্নবা।

ঙসি অমুক মৈতৈ ইমা নিংশিংবা নুমিংকী স্বাগত সমিতিগী সভাপতিগী য়ুমদা চা থকনুরবা তুংদা ঐখোয় কুম্বীগ্রাম এরোম্রোম তান্না চংননবা কার থৌদোক্লক্লে। ঐখোয়বু খিন্দোকপা লাকপা মী পুম্নমক বিদায় তৌনরে। অহানবা থোঙ্গালমক্তদা উখি মী মরী মঙা লেপ্লা নুপীমচা, নুপামচা অমস্তুং মৌনহা অনি। মখোয় অনিগী মরক্তা অম্নদি য়াম্না নিংবা কায়বা, নিংঙমদবা অমস্তুং থম্মোই শোকপা মিংয়েংনা মুম্না য়েংহৌই। ঐস্তু কয়িঙ্গুম্না

ফোংদোকপা ঙমদনা নিংজিং মাংজিংননা য়েংহনা লৈরম্মি। তপ্না চেনবা কাংগী খোঙজেলনা লৈরক অমা অনি লাম্থোক্লক্লে। মহৃক্কাও মহাক অস্নুম য়েংহনা লৈহৌই, ঐস্নু য়েংনা য়েংনা অহুম লাকই।

ঐগা কাউজল থীরবা পুক্লিংনা হম্না হম্না হংই– মহাক অহু কনানো? পুন্সীদা উপ্রবা খঙনগ্রবা, খম্মোইগী ওইবা নকুবা মরী লৈনবা মীওইগুম খল্লি। নিংশিংলকই ঙরাংগী সভাদস্নু মুপীশিংগী ক্ষমক্ষম পরেংগী খ্বাইগী মাঙ থানা ফম্মি। মহাক ঐঙোন্দা রাহংগা লোইনবা মিংয়েংদা য়াম্না তোয়না তোয়না য়েংলম্মি। অমুকস্নু নিংশিংলক্কই জাফিরবনগী থেক্লা খোয়না চেল্লিবা কাতাখাল তুরেলদা প্রোফেসার নন্দকুমারগা ঐগা ইকুজরিঙেদা মথুন্তা সনাবুল পায়হনা কুমথরকখিবা। ঈশিং শোক্লবা তুংদস্নু পাক হেক কাথংখিদে, লৈরাইদা লেপতুনা মমান্নবী অমগা রারী শাহনা ফনা কুইনা লৈরম্মি, ঐঙোন্দস্নু মিংচীনা ফল্লপ ফল্লপ য়েংলকখি। মতৌ অহু উবদা নন্দবাবুনা ঐঙোন্দা কাগীহুম তৌরকখি। ঐহাক কার মন্নুংদা চংমিন্নবশিংগা রারীদি শাই হায়ববু ঐগী পুক্লিংমদি রাহং অসি হম্না হম্না হংলম্মি– মহাক অহু কনানো?

কুম্বিগ্রাম এরোড্রোমদা অচিকপা অমস্নুং অহাংবা তাঞ্জা অমদা ঐনা জাফিরবনগী মরুপ বিজয়কুমারদা হংখি "বিজয় বাবু ঐখোয়না থুংবা লৈকাই অহৃরাইদা লাল মন্নুংদা ইস্ফালদগী লাক্লেল্লকখিবী কনাগুম্বীশিং লৈ লাকগ্রা?

বিজয়কুমারনা ঙাইহাক রাখল তৌরগা খুম্নকই– "হোয় লাকখি লাল মন্নুংগী বোমা বর্ষন তৌবা কালহৃদা মীকোক মঙা তরাদি লাকখি। ঐখোয়গী খুলদস্নু খন্নদি বাস তৌহনা লৈখি।"

"মখোয়গী মন্নুংদা সনাহনবী কৌবী লৈশাবী অমা য়াওরকখিবরা? মহাক সনানি হায়বদি রাজকুমারীনি।"

"ও য়াওই য়াওই বাবুখোয়না বাস তৌবা স্থানহৃদগী য়ুমলোন

অমা অনি চৎলগা মখোয়গী বাসানি। মমাদি য়াওরক্তে, মখোয়গী পাবুং সনখ্যাহুগা লাকপনি। লাক্লেনবদা মখোয়গী ইমুংদা অরা অনা য়াম্না থোকখি হায়। হৌজিক সনখ্যাহুদি লৈখিদ্রে অহংগা ইবেম্মা সনাহনবীহুদি মচা অনি অছম লৈ, থোংদোরুপা লৈত-লাই-রগী অরাবা লৈতে। বাবুগী সম্বন্ধ করি থোক্লবা ?”

ঐনা খুম্মি “থরা লাপত্তক তৌবা মরী মতানি। ঐনা ওরাং সভাদা মহাকপু হাইকেং উখি। চাউরাক্লা চহী কুম্ব্রারোমগী মমাঙ-দগী উর্মাখদ্রবনিনা মশক হায়কেং মাল্লবস্ু ঐহাক চপ চাবা অরে-ৎদি হায়বা ওমখিদ্রে। ঐনা তাখিবদি লাল মনুংদা মহাক হোজাই-রোমদা লৈ হায়না তাখি।”

মানি মানি চুম্মি সনখ্যাহু হোজাইদা মতম থরা তত্তাইরম্মি হায়। মমৈ থংদা ঐখোয়গী কাছাড় অসোমদা লাক্লুনা বাস তৌখি-বনি। ঐখোয়গী হাইলাকান্দীগী ললা হায়বা মফমহুদা মচেমশিঙ্গ অমা লৈ হায় মহুগীদা মখোয় লাকপনি। মতুংদা ইবেম্মা সনাহনবীহু ঐখোয়গীসিদা ময়ুম পাল্লকপনি। অম্মুম্না রারী তৌরিংওদা এনাউন্স তৌরকই—“পেসেঞ্জর্স ফোর ইম্ফাল আর রিকুইষ্টেদ টু প্রোসিদ টু দি ইয়ার ক্রোপ্ত।”

ঐখোয় পুম্নমক মহৈ মহৈ ফমফমদগী হৌগংলি অমম্মুং ময়াম-গা বিদায় তৌনরগা এরোপ্লেন তম্না চঙশিল্লি। ঐনা অরোইবা ওইনা বিজয় বাবুদা হায়রম্মি—“বাবু সনাহনবীবু শক লাকশিনবা ওমদবদগী ভাব তাদহুনা চঙলমক্রে হায়না থরা তম্নিয়ু”।

ঐহাক ইখঙ খঙহৌদনা হকচাং পুম্নমক চোকথরকই। হকচাং পুম্বা হুমাংনা পুংলুপ লুপলকই অমম্মুং কোক লুমথরকখি। য়াম্না হৈনিংদনা এরোপ্লেন্দা কাখংলগা তুমিম্না ফমথখি। থরকই-ঐখোয়বু থিন্দোক্লকপা জাফিরবনগী মরূপ মপাংশিংসিগা অমুক হন্না চৎলেবদ্রি ..........।

তাঙ্গাহৃদা প্রোফেসর নন্দকুমারনা নোকখেং ত্তৌনা হায়রকই —
"কমদোই রমেশ বাবু থম্মোই লৈহৌরব্রা ? ঐনা ওরাং ছুরেলদা ইকুস্তবদা হায়বদাই মখিং লাউতক তৌবী, পুলেকুচু লমম্রৌবাদো। মানা হুরান হুরান য়েংবহু মাগী বাহংগা লোইনবা মিংয়েংহুগী করি পাউথুম পিরম্মি ?"

ঐহাক ইনোক নোকনিংদনা কংলবা মীনোক অমগা লোইননা থুম্লম্মি "অরাবনি ঐ পাউথুম অমত পিরমত্রে। চহী কুম্‌হ্রােমগী শাংলবা লমশাং কোঙ্গনা থিরবা তুংদা থেংনরবা খৌরাংলবা মিংকী রাহংনি, অহুবু ঐ পাউথুম পিবা ওম্লমদরে।"

প্রোফেসরনা নোক্লহুনা ফাগী তৌরকই— "ফরে ফরে ইস্কাল য়ৌরগা অদোমগী কায়রবা থম্মোই অহু অমুক পার্শেল তৌবা হায়বহুনি।"

তাঙ্গা অসিদা শমজীনা মকোক অমুক চাউনা পুনবী শারী শেংপী, মিংভা রাশী লৈবী ইয়ার হোষ্টেজ অমনা মীথাই অমস্তুং নাকোং মেন্নবা লশিং পুরকই। কুম্হীগ্রামগী এরোম্রোমদা তোং-লিবা প্লেন অহু তপ্না তপ্না চেনবা হৌরক্লে। থোঙনাও লোমদা য়েং-খিবদা উরি জাফিরবনগী মরুপশিংনা মখুৎ থাঙ্গত্তুনা হায়র হায়রহুনা ঐখোয়বু বিদায় পিরি। মৈত লৈমা ইমাগী খোম্লাং থকপা ফংত্রবা মমানা নাউকোন্দ্রবা কাছাড় লমদমগী ইচিন ইনাওশিংগী বিদায়। মরক অসিদা ঐগী শোম্লবা থম্মোযদা হন্না হন্না ফুররি নিংবা কায়বনা থল্লবা হৌগ্রবা থোদোক কয়াগী অরাবা চৈকুনা।

মতম অহুমক্তি পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মৈরীনা পৃথিবীগী মফম পুম্বা লমজাও খোম্না চাকপা লাম্মিগুম অকিল্লা ফংনা চাকশি-ল্লকখি। মালেম লৈমাগী মচাশিংনা মীওইবা মশেল মুংশিনদবগী লালগী মৈরক্তা চোংশিন চোংশিন থরাই থানরি। মৈরক অসিদা মরাল লৈত্রবা, করিস্তু থওজদ্রবা, মুপী অঙাং অমস্তুং অশোন অনা

কয়ানা মশাবু আহুত্তি পীরি। ভারতকী নোংপোক চিদাইদা চীংনা লেয়া অমস্তুং শান্তিগী শক্লোন পুনা লৈজবী মণিপুর ইমাগী ফিজো ফিনাদস্তু তমথিবা পৃথিবীগী লাঙ্গাউগী মৈরীনা থাঙ্গী মৈরাইনবা হৌরক্লে। ডিমাপুর রোমদগী লাক্তুনা ইম্ফাল শহরগী থম্মোই লকা শেগায়না লাক্লিবা মীওইবগী থম্মোইবু অমস্তুং পৃথিবীবু নিকহল্লবা হিংচা রাইতন্বগী শক্লোন পুরবা অচৌ অচৌবা টেঙ্ক, ট্রেক্টর, লাম্মা পুবা গাড়ীশিং চংশিনখ্রি বর্মারোমদতা। কুচু ভোবা গোরা, মুগুক মুরবা মশম্না য়েন্দুগুম খোইরবা নেগ্রো, মকোই মরাং চোম্বা সীখ পঞ্জাবী, হিন্দুস্থানী; নেপালী অমস্তুং পাঠান কোকতুম্বী মথল কয়াগী সিফাইশিংনা পিক থল্লকই ইম্ফাল শহর অমগুং পিক্লবা মণিপুরগী চীংয়া তময়া।

বর্মারোমদগী চেস্থোক্লকপা মশীং লাকগুমদ্রবা ময়োল-মরাং তাক্লবা মীচেলগী পরেং পরেং। চাদ থক্তবনা শকফম কায়রবা লানগী অরা মৈশানা কাহংলবা মাইথোং পুম্নমক অসি উবদা মিপাই-রকই মৈত্রবাক মচা পুম্নমক। উরকই য়েংহৈদ্রবা দৃশ্য কয়া কয়া রারবা মথরাই খুবাক্তা হাংবা মী চেলশিংদগী লুট-পাট হৌরি ডাকু-শিংনা, কৈ কিহুনা চেন্নগা শগুম ওক্লরি। চাদ থক্তবনা কংলবী মচা-মরা কায়নরবী শক্ল পোলাং ভাক ভাইরবী মমা কয়ানা মহুম্বাকী খোয়াং মায়োক্লরিবা মচাবু মালেম লৈমাইদা হুন্দোক্লনা থনম্মি নশাগী নরাইবক নশানা লেপচরো হায়না। অরা মুঞোই খুদিংমক্তা মীওইবগী চংজফম কনা লৈ মালেম লৈমা নত্তনা অহৌবদা অমস্তুং অরোইবদা। লম্বী চংপগী চোকথরবা খোঙথাং; কালেনগী তম-থিরবা মৈশা, চাঁদ-থক্তবগী পুক্কী মৈচাক, পুম্নমক "অসিগী মরক্তা জাপানগী এরোপ্লেন্দগী থাদরকপা বোম অমস্তুং কাপথরকপা মেচিন" গম্না অমুবস্তু তমথিনা লুংশি হৈতবনা নৈহংলি।

সরকারগী হুকুম্না য়ুমথোং খুদিংদা কোম তৌহল্লি। বোম তারকপদা লোংনবনি, থব্রাই কঞ্জনবনি। মুংশি পম্বুংগী লম্বী চংপা শাবী-শানৌশিংম্ভু মহৈ মহৈ মিপাইনৈ, নাশোল পিক্লা নাপ চৌক্লা ব্রাতানৈ। শরী পন্দোল লোমদ্রিন্ডে ; করিগুম্বা লালগী তমথিরবা মৈখুরক্তা লম্মাংনহুনা শমজী খায়নখিবা থোক্লবদি ...............? শিন্থনখি মিংলু নাপ অনিদগী মুংশিগী পিরাং, মিপাইরবা থম্মোই অনিদগী চাংজো পানা চেম্হোক্লকপা।

ইং কুমজা ১৯৪২গী 'মেগী তাং ১০

মুমিংয়ুংবগী মতম অহুব্রাইনি। কালেনগী মুংশানা মৈহৌব-গুম শাব্রি। ইম্ফাল ভুরেলগী ব্রাংমা ব্রাংমদা লৈরবম্ভু হিদেন মায়োক্লবা মরম্না সনাহনবী অমম্ভুং ঐহাক, ঐখোয় অনি মতম অমতদা হিদেন অমতদা ইরুজবগী অমম্ভুং চেংহী সম্বাল লাংমিনবগী তাঞ্জা হেক হেক ফংই। মরু ওইনা মখোয়গী হিদেন ব্রাংমা অহু ইরু মাইথজবদা অমম্ভুং ফিগু-ফিজ্রামদা খুদোং থরা চাদবা মরম্না ঐখোয়গী য়োমগী হিদেনদা মাইকৈ অনিমক্তা মীশিং পুম্না ইরু মাইথজে মরু ওইনা লৈশাবী মৌনহাশিংনা চেংহী শম্বাল লাংই। সনাহনবী চেংহী লুজব্রি, ঐনা নুংপাক অমদা ফমহুনা মুরা নল্লি। ঐখোয় অনি মিংচীনা লোম্না লোম্না য়েংনৈ। ব্রারী ব্রাতাই শাগ-দবা পুম্বা ঐখোয়গী লৈরক মনুংগী হনুবী অমনা অপনবা ওইরে। হনুবী অহুম্ভু ইকা হেক কাখিদে। মুরাবু ননবনে কেখিবনা লোইরে। ইশুগী চেংহীদু মনম ফনা মুংশিনা উই ইবোক্তী লব্রাইসিদা খুয়া অমতা হাপকে অসি হায়রহুনা চেংহী খুয়া অমা অনি মপোক্লা ভৌরবা ভেল্লবা শমগী লব্রাই অহুদা হাপ্পা শাই। ঐহাক শাউনিংবনা লোইরম্মি।

তাঞ্জা অসিদা থম্মোই ক্লুক্লা য়াম্না লমুম্না ঙংবা পুন্সীদা তাখি-ব্রিবা খোঞ্জেল অমা তারক্লম্মি। অহানবদা খল্লম্মি মিলিটরীগী

টেঙ্ক, ট্রেক্টর অমস্তুং ট্রক ময়াম পুন্না চৎপা ওইরম্বা য়াই। ভুরেলদা খুৎহুমহনা ঙা কাহনা শান্নরিবা মুপা মচা খরানা নোং থক্তা য়েংখৎ-লগা মশিং খীবা হৌরকই—অমা, অনি, অহুম, মঙা, তরা, কুন, কুন্থ্রা ইস। য়াম্না য়াম্মি। ঐস্তু মথক্তা য়েংখৎলি এরোপ্লেন সঙ্গু অমা কোকথক্তা লৈরম্লে। ঐনা ইপা পাখংনা হায়—"সনাহনবী কারো কারো খুদোংথিবা থোকপা য়াই। হায় অঙাংশা কারো নয়ুম য়ৌনবা চেল্লো।" হায়রিঙৈ সিমক্তদা কোক্তোন্দগী খজিক্তং লা-ম্থোকখিবদা মঙাইরি নোংথক্তগী খিকথরকই বোমগী মপৈ মপৈ। মহু পোকখায়বগী খোঙেলনা ইম্ফাল সহর পুম্বা নিল্লকই অমস্তুং থক থক নিক্না খাঙলকই। সমাহনবী ঈশিংদা চুপ লুপ্লগা মখুত্তা সনাহল অমস্তুং চাইশেল পায়রগুনা লৈরাই কাখংখিহুনা শোরোক বাংমা লানগ্রে। ঐহাক ঙাহাক্কি লৈরাইদা পাকথহুনা লৈরম্মি। মমৈথংদা য়ুম য়ৌনবা চেল্লে। ঐনা য়ুম য়ৌবা মতমদা ঐখোয়গী ইবেন হমুবীনা শোল্লম্বা লাইশোন অহুদি অঙকপা ওইগ্রে।

লৌবুক লমহাং মী তাদবা লমদা উরোক-উমাইবী নচিংবনা পাং-কোসদা ঙা মচা ময়াম তান্নবগুম মিংকুপ খরগী মনুংদা অথিংবা লৈত্রবা জাপানগী এরোপ্লেনশিং অসিনা ইম্ফাল শহরগী মকম খরদি মনিং তম্না নৈখায়গ্রে। মতম অসি কাওবদা ইম্ফাল সহর অমদি খুঙ্গংশিংদসু এক্তি ইয়ারক্রেপ্ত খিনদ্রি। এরোপ্লেন পাইখত্নুনা দোগ কাইট ভৌনবা শক্তি লৈত্রি। মরমদি মতম অসি কাওবদা মনিপুরদা এরোপ্লেন থমত্রি। ঙাইহাক্কী মনুংদা জাপানিজ প্লেনশিং হনগ্রে। মিংকুপ খরগী মনুংদা ইম্ফাল শহরগী ময়াই চবুকমক্তদা য়ুম কয়া হকান কয়া চাকপগী মৈথুনা পুম্মম মল্লকই। শোরোক্তা অমস্তুং য়ুমক্তা বোম্না শোক্নুনা শিরবা, লোক্নুনা, মখোঙ-মখুৎ তংলবা মী কয়ানা চোইজাইননা তাহনা লৈরকই। মিংকুপ খরগী মনুংদা তোকঙা অমা শন্দোক্লকই—পুং খরাগী মতুংদা য়েক্রবগী প্লেনশিং অমুক হন্না পাইরকখিগনি।

ঙাইহাক্কী মনুংদা খ্বাই, ম্লাইস্কুল, খুরাই, ব্লাংখৈ পানা মরিগী মী পুম্নমক শোরোকল্লা পোৎ কোকথোং অমস্তুং নস্বো থাবো পুহনা চেম্নরকই শমজি খায়না। কনানা কদায়দা চৎলি, হংনবা খুম্নবা মংনদে। মহৈ মহৈ ঐ ঐদা হিংলগা শোইরে হায়না। অকুনবা নোংজুগী ঈশিং ফংবদা মক্কোল্লা লৈবা ককচেং ময়াম্না মরুম চেম্নহনা মাইকৈ শিম্না চেম্নবগুম, হরিং খোয়গী খোইরাদগী খোইয়াম পাই খোক্লকপগুম ইম্ফাল শহরগী লম্বী শোরোক পুম্নমক মীনা ফিঙৌ ফৌগ্রে। ঐস্সু ফিরোলগী পোংয়োম মচা অমা পুরহনা ইমাখোয়গী তুং ইল্লহনা খোক্লকই শোরোক তম্না। ইনাওশিং ইচনশিং পুম্না মরী মরী ইল্লি ইমাগী তুংদা। শোরোক য়োবমক্তদা য়েংই হিদেন তাফম তুরেল লৈরাই অমস্তুং হৌজিক ঙাইহাক্কী মমাংদা চেংহী শম্বাল লাংলম্বী। তুরেল ব্লাংমগী সনাহনবী খোয়গী লম্বীদগী মী কয়া খোক্লকই মরী মরী, অহুবু মহাক অমস্তুং মখোয়গী ইমুং মনুংগী মীদি উদে। খঙবা ঙমদে মহাক চৎগ্ররিগত্রা নংত্রগা হৌজিক ফাওবা পোৎ·চৈ য়োমহনা লৈরিগত্রা। অমরোমদা ঐখোয়গী ইমুংগী মীশিংনা অমুক চৎখৎপ্রি অরাং পাংনা। ঐনা চিংনা য়েংই হৌজিক ঙাইহাক্কী মমাঙদা চেংহী শম্বাল লাংখিবা হিদেল। তমগে খম্না তমহৌদবা মপাঙখোল, হায়গে নিংনা হায়হৌদ্রবা ঐগী পুক্লিংগী ব্লা কয়া। তুরেল ব্লাংমা ব্লাংমগী ওইরবস্সু অমুক্তং মিংকা মিংকা য়েংননা বিদায় পিনিংঙম্মি অমস্তুং লৌনিংঙম্মি। লাপগী তমথিরবা মৈখু অমনা মরক খনগ্রে উমনবগী লম্বীদা। ঐহাক খোঙ থাংবা খোক্লমদে। খোঙ অসি য়োংতুম ম্লামবগুম্না খঙলুম লুমথরকই। কায়রবা থম্মোয় পুরহনা তপ্না তপ্না থাংই ঐগী খোঙথাং। হিদেল মরি মঙা লাম্থোক্লক্লে লাপ্না তাম্না উখি তুরেল ব্লাংমদা মখুং নামদা ফি মযোম অমা য়ান্দুনা নামদা সনাপুল পায়হনা য়েংলি ঐখোয়গী ব্লাংমরোমদা। মিংকুপ অমগী মনুংদা মহাক মথা পাংনা চৎগ্রে, ঐনা অরাং পাংনা লাক্লে। তুরেলগী চাংজৌ ব্লাংমা ব্লাংমদা

তায়া লেপ্লিবা শাবী শনৌ অনিগী মরক্তা তপ্পা তপ্পা চেনপ্রে য়াঙ্গংলবী ইম্ফাল তুরেলগী ঈচেলনা কায়নবগী ঈথক ইপোম পুন্থনা।

নুমিৎ তরুক্লি লৈরগা ঐহাক ইম্ফালদা অমুক হল্লকখি অহৌবু নোংঙানবগা বোম অমুকস্থ তারে। হৌজিক ইম্ফাল শহর মী লৈত্রে। খুম্ভাক লানশিবা হায়বহু ওইরে। য়েংবদা মচাক মরল তুম্না মাঙপ্রবী মরাইবক থিরবী নুজাগী শক্তম মাল্লে। মাগীনি হায়না পাম্বোম তিংবীনবা কনা লৈখিদ্রে।

থা কয়া হৌপ্রে, ইম্ফাল শহর লাম্মীনা পিক থনপ্রে। কোই-রেঙ্গৈ, চঙাঙ্গৈ অমস্থুং ককচিংদা এরোড্রোম শেমহনা এরোপ্লেন কয়া লৈরে। মফম কয়াদা অচৌ অচৌবা এরোপ্লেন কাপ্পবা নোংমৈ কয়া খিল্লে। ইম্ফাল সহর থাঙ্গৈশেংবা লানফম হায়বহু ওইপ্রে। অরাপ্পা খুঙ্গংশিংদা লাঞ্জেল্লস্না ইম্ফালগী মী অয়াম্বা ইম্ফালগী মতাই মতাই ওইবা মফমদা লৈনরে। অমরোমদনা জাপানগী লাম্মীনা তকশিল্লক্নুনা মাইকৈ খরদদি ইম্ফালদগী মাইল তরেৎ নিপালদমক লাপ্পা মফম ফাওবা জাপানগী লাম্মী য়ৌশিল্লক্লে। নুমিৎ চুপ্পা অহিং মুংথিল খায়দনা তোপ অমস্থুং মেছিনগন কাপ্পগী খোঞ্জেলনা নিন্দুনা লৈরে। মরক অসিদা ঐনা সনাহনবীগী খোঙ্গুল লীগে হ্লোৎনৈ অহৌবু মফম খঙবা ঙমখিদ্রে। মমৈথংদা পাউ ফংখি মহাক হোজাই য়ৌপ্রে হায়না। অসিমস্থু তাখি মখোয়গী মপাহু লাল লোইরকপগী অহৌরাইদা মণিপুরদা লাক্লুনা ময়ুম ইংখোল য়োন-থোক্লম্মি, মখোয় হোজাইদা চাননা লৈপ্রগনি। অস্থুম্না মহাক্কা অমুক হন্না উন্নবগী আশা অহৌ লালগী মৈরীনা তাঙ্গোই ওন্না চাক-থেকপীপ্রে।

লাল লোইরবা তুংদা ঐনা কলকত্তাদা লাইরিক তম্বা চৎপা মতমদা রেলগী থোংনাওদগী উখি হোজাই ষ্টেশন। করিগুম্নদা মফম অহৌদা মৈতৈগী ইচিল ইনাওশিংস্থু উখি। ঐনা কলকত্তাদা

চংপা অমম্ভুং ইম্ফালদা ময়কপা থৃদিংদা থম্মোই শোক্লা অমম্ভুং খোয়াংবা মিৎয়েংনা য়েংখি হোজাই লমদম, অছুবু মিংকী খোয়াংবদি থক কোকখিদে। কয়াদা মুংশিগ্রবা হোজাই ষ্টেশননো।

অম্মুয়া মিনিট থরা, হৌগ্রবা পৃথিবীগী অনিশুবা লাজাওগী মরক্তা লম্মাংনরুই ঐগী পুক্লিংনা। থেংনরকই তমথিরবা বোম-তোপ শানগী ভমথিরবা চৈক্ষু, লৈত লাইরগী অরা চৈনাখোল। মত্থগী মরক্তা তাখি মুংশি-মুঙোল, কাইনবগী অরা তেংথায়োল। তাজা অসিদা ইথঙ থঙহৌদনা ইণ্ডিয়ান ইয়ার লাইনগী প্লেন্না তুলিহল এরোড্রোমদা তাথরকই। য়াম্না য়াঙনা চেল্লকই লৈমাইথক্তা।

---

# তাময়চা

কৈনা তোকপা পোকপা হৌনত্রা ? মসি পুম্নমক্কা হায়নবা অমম্নুং য়ানবা ৱাফম্নি, অদুবু মসিগী ওম্ন তৈনবস্ু থোক্তবা নত্তে। য়াম্না হৈ-শিংলবা মপা মমা কনাগী মচা অপঙবম্নু ময়াওই। কনাগুম্না বুদ্ধি লৌশিং কয়া চঙখোন্দবা মপা মমানা য়াম্না কা হেম্না হৈ-শিংবা মচাম্নু গপোকই। মসিনা তাকপদি মীওইবগী হৈ-শিংলবা খুংশেমগী ৱাংমদা উদবা মপুগী থঙঙমদবা খুজিল অমম্নু থবক তৌৰি।

তোমচৌ মেম্বরগী মিং লৈবাক্কা খঙন তানৱিবনি। মেম্বর সাহেবসি মতমদুদা যম্নাই যানাইবা ওইবতা নত্তনা লৈবাক্কা শকখঙ মায়খঙবা, নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা অমম্নু ওইখি। থোইদোক্কা মৱাশি মগুণ লৈবা, ঙাঙথোক-শক্তোক্লকপদা মীনা ঙানিংবা মীওই অমম্নু ওইখি। মচা ইবুঙো অহুম থনম্মি। মখোয়গী মিং মথংশিংনা ইবুঙোহল, ইবুঙোয়াইগা অমম্নুং ইবুঙোহোম্বী। ময়াম্বা অনিদি মপাবুঙগী গুণ থর-থর-লৌই। মবুদ্ধি মৱোশিং মৱৈজে। লাইব্রিক লাইশু নিংথিনা তমজদুনা থবক ইংখাং তৌজে। ময়াম্বা অহল অন্দর সেক্রেটরী ওইৱি। অম্নুম্না ময়াম্বা য়াইমা এস, ডি, সী নি। মখোয় অনিম্নক জীপ কার য়োংদুনা ওফিসার অমগী ওইবা মগুণ চপ চানা ঙাক্কা পূন্নী লেম্নি।

মনাও ইথোল তোনবা অসিদি পুম্নমক্কগী পুমথোপ থোপপ্রে। মপাবুঙগী গুণস্থু লৌদে ময়াম্বশিংগী গুণস্থু লৌদে। মবুদ্ধি মরৌশিং য়াংপদা নত্তনা মীরোলস্থ খরা থুংদে। মশাগী চহী কুম্থ্রামঙা-রোম শুরে অহুবু মাগী লৈজবা বুদ্ধিদি চহী মঙা তরুক মবা অঙাংশিঙ্গ্মা তৌই। মপাবুঙ অমস্থুং মমা ইবেম্মা অনিমক্কা মরাইবক থিরবা অতোন অতাংস্থু ওইবা মচা অসিবু থোইদোক হেন্দোক্কা লুনা তৌবিরম্মি। মাগী মতৌ অসিদা য়াম্না রাজহুনা মাগীদমক সম্পত্তি ফাওবা তোঙাম্না খায়দোক্কুনা থম্বিরম্মি। লৌ পরী অহুম মাগী মমিংদা পানবিহুনা থম্বিরম্মি। অহুবু থম্বিরম্মি হায়বহুমঙাই বিধিনা তুং ওইনবিরবা নুপা অসিনা করিদি তৌননি অঙাঙ মচাদোনা খর চার থরুগা পঙফম ফম পঙতুম তুমহুনা লৈ। চহী কুম্থ্রামঙা শুরবা অসি ফাওবা ময়ুম মকৈ পান্দে।

ইবোতোম্বীবু কৈরোল লৈকাইগী নহা অহন খাক্কুনা তামচা কৌই। মাগী মচন নুপী ফজবী সনানা অঙাং ওইরিঙৈদা মরোল শেংনা থোকফাংত্রিঙৈদা মিঙ্গৌ অসি কৌখিবনি। মহুদগী মী পুম্নমক্কা মাবু তামচা অহুম কৌনপ্রে। ময়াম্বা অনিগী মচা ময়াম লৈরিবা অহুনস্থু মাবু তামচা অহুম কৌই। মিং অসিমক্তি কৈরোল লৈকাইগী পাখঙ লৈশাবী, নুপামচা, নুপীমচা পুম্নমক্কী য়াম্না নুংশিবা মিঙ্গোনি। বুদ্ধি শোইরোম্লবস্থু মীগী মাঙনবা তৌবা হৈত্রবা মী অসিবু লৈকাইগী নহা অহল পুম্নমক্কা নুংশি, মরু ওইনা অঙাংশিংগীদি চান্নরবা মরুপ্নি।

তামচা মতম পুম্নমক্তা ময়াম্বগী মচাশিংগা শান্নমিন্নহুনতা লৈ। অঙাংশিংনা হায়রিবা মখে য়াই। থোরোই পাম্বাদা থোরোই কাহুনা হেকই অঙাং ময়াম্না মখাদা থুম্নি, হৈবোং হৈনৌ কয়া কয়া ময়াম্বগী মচাশিংগীদমক্তা। নোংঙানবগা অঙাংশিংনা মাবু খি। মানস্থু মখোয়বু ঙাইহাক্তা থাদোকপা ঙম্মদে। চাওখৎপা য়াইফবগী আশা লৈত্রবা তাইবং পানবা অসিবু চুম্নগী শান্নবুও অমা ওইনা খন্দুনা

লৈরবা মী অমদদি পুন্সী অসি করিস্নু নত্তে। মাগী তুংগী আশাস্নু করিস্নু লৈত্রে। মতোন্দা অরায়বা অরুবা অনিমক চপ মাগ্নে। হৌগ্রবা পুন্সীগীদমক নিংশমদবা করিস্নু লৈত্তে, লাকলিবা পুন্সীগী-দমকস্নু লাংতক্লবা অমস্নুং নুংনাংবা রাথল য়াওদে। অসিগুম্বা মীওই-শিংদদি হৌখিবা, ওইরিবা অমস্নুং ওইরক্কদবা চপ মাগ্নে।

ময়াম্বা অনিগী মচাশিং লৈরিবশিং অসি মাগী মনঙ্গন্দা চাউ-খিবা ওাক্লি। মতৌমা অনিমক্লা মাবু য়াম্না নুনা চাম্না তৌবগী মরম-শিংগী মরক্তা মখোয়গী মচাশিং লৌবিবা অসিস্নু অমনি। পৈশা তরাদং পীরবদি মুমিংচুপ্পা অমা অঙাং পোক্লনা লৈয়ু য়াই। মানা খ্বাইদগী পামজবসি উখোঙ কন্সীশিংদগী মঙ্গল অঙোবা, চনা অঙোবা লৈক্লনা চাবসিনি। মানা পোংকম থোরকপদা অঙাং শঙ্ অমা মরী মরী ইল্লকই। করিগুম্বা মথন্নতা লৈরুবা থোক্লবদি হল্লকপদা থোঙ্গান্দগী লাউরক্কনি, অঙাংশিং কৌরক্কনি। মহুদা হোত্তোক্লরকপা অঙাং ময়ামসি কুপ্নে অমনি। তামচানা লৈরকপা মঙ্গল কাংঙৌ, চনা কাংঙৌ পুংকক চাওরবা ময়াম্বগী মচাশিংনফাও মিহৌনৈ। মমা মমানা লৈরকপা অথুম অহাউদগী তামচাগী চনানা হেন্না মিহৌনৈ। মসিস্নু মীওইবগী হংবা য়াবা থম্মোইগী রাহং অমনি। মমা হুপাদি ফু চৈক্লনা রাক্লকই, তামচাদি নোংমতস্নু অঙাংশিংবু ফু চৈদে। তামচানা লৈরকপা পোং য়েনবদা অঙাং ময়াম্না মাবু পুংকোর কোই-শিল্লি। পোং য়েনবগী থংনবদা মাস্নু অঙাং ময়ামদগী ভাবা নক্তে।

তামচানা খ্বাইদগী মুঙাইতবা মতম অসি অঙাংশিংনা স্কুল কাখিবা অসিনি। অঙাং ময়াম্না স্কুল কাগ্রগা মথন্নতা বুমদা লৈহৌ-বসি মহাক্কী শারকম অমস্নুং পোথাকম মকম থঙদে। স্কুলগী ছুটি থাবা মতমদা থোঙ্গালদা লেপক্লনা অঙাংশিং লাক্লম্না হায়না য়েংক্লনা লৈ। হন্দক মরক অসিদা মাগী য়াম্না শাউনিংবা অমা থোক্লে। মুংতিগী ওইনা মুমিদাংবাইরম অসিদা প্রাইভেং তক্লিবা

ওঝা অমা লাকুনা প্রাইভেৎ তম্বিরৈ। মসিনি মানা খাঙবা ওমদবা। মানা ওমাংদা নাপী মরক্তা কমচুনা অঙাংশিং ওাইচুনা লৈ। লাইরিক তম্বিবা লোইশিন্দে হায়চুনা তামচানা ওঝাচুদা খানা খানা য়েংলি। লাইরিক তম্বা লোইরগা মাগী মাগী লাইরিকতু টেবলদা লং-শিল্লগা হোংচিন্নরকপসি অঙকপনি। অঙাংশিংচু মহৈ মহৈ য়েংনরকই অমনা হায় "ঐনা হাল্লি শোকপা।" অমনসু হায় "ঐনা হাল্লি শোকপা।" তামচানা বিচার তৌই—"নংনা কদায়দা শোকই?

"ঐনা কোক্তা শোকই।"

"নংদি কদায়দা শোকই?"

"ঐদি খোঙদা।"

"অচুদি নখোয় অনি চপ মান্নয়ে। অমনা কোক্তা শোকপা হানবনি অমনা খোঙদা শোকপদা হানবনি।" অঙাং অনিমক হরাউজচুনা মোমোন নোকই। অঙাংশিংনা হায়রিবমখৈ তামচানা ইল্লি মন শাউ হায়রবসু য়াই, শামু শাউ হায়রবসু য়াই। অঙাং অমনা মথক্তা তোংলি, অমনা শাক্তনা ফুরি। মানা শামু শাচুনা কোইচং-চংলি। মরাইবক খিরবা তামচানা অঙাংশিং অসিগী মহৈ মশিং তম্না, পরীক্ষা পাস তৌবা অমসুং তুংদা অচৌবা মী ওইরকপা পুম্নমক অসিগী আশা খোইনা তৌদে। মাগী হায়ববু মখোয়গা শান্নমিন্নগনি হায়বা অসিঙনি।

লাইরিক লাইশু হৈবী অচৌ অশাংগী ইমুংগী মৌ ওইরিবী মতৈমাশিং অসিনা অঙাংশিংগী লাইরিক লাইশু পাবদা অপনবা ওইগনি খনবদগী মচাশিংগা তামচাগা কা হেন্না চেংশিন্নবা অসি থিংনবা হোংনরকই। করিগুম্বদা লাইরিক ঐরাইদে হায়চুনা ক-চৈচুনা পুখোকখিবা য়াওই। মসিদা মহাক খম্মোই শোক্তা মুঙাই-রমদে। ইজিংনা অমদি খজিকং হায়বনা খঙবা য়াবা রাকম কয়া

অপঙবা বুদ্ধি শোয়রোম্বা তামচানা খঙবা ঙম্মদে। মায়ু খঙহয়বা হায়বদা নোংমদি চিনফেন ফবী মতৈমা অতোপ্পী অহুনা "অঙাওবা মীয়োন থুংদবা ইচাগা ঙাইহাক লৈতনা লোইনবিয়ু ইচা মাঙহনা ভোক্লনি।" অসিনচিংবা অকনবা ৱা কয়া হায়দোকখ্রে। শাউখিবনা নুমিৎ অসি ভামচা চাক ককা চাউ য়াখিদ্রে। তুমিন্না যাগী কম্মুংদা হিপতুনা লৈদ্রে। ময়াম চঙহুনা থেম্বদা চাও-থকউ হায়বা অমতা য়াখিদ্রে। অঙাংশিংনা মনাক্তা চঙলুরবস্থু শাউনা হায়রকই "চঙ-বিরকনু নখোয়গী নমানা চৈজনি ঐদি অঙাওবনি।" অঙাং পুম্নম-কস্থু পাঙ্গল থোকখিদ্রে, তুমিন তুমিন কমঙ্গনা লৈখ্রে। কনা অমতা শান্নদ্রে, কনা অমতা নোক্ত্রে।

কনা মীয়োল থুংদবা অপঙবা ওইরবস্থু থম্মোই শোকপা ৱা হায়রবদি মখোয়স্থু নুঙাইতবা পোকই। মথংগী নুমিত্তদি তামচা থিবা খঙদ্রে। লৈরক-খুল্লক পুথ্রী খোংবান পুম্নমক থিরে। জীপ কার তোংহনা অনকপা অরাপ্পা মফম কয়া কোইথি থিনরে। পুলিশতা রিপোর্ট পীহনা লরাই থরাই পুম্নমক্তা অসিঙবা মীওই থেংনরবদি ফাজিন্দুনা থম্মু হায়না মরি লৈনবা পুলিশ ষ্টেশন পুম্বদা পাউ পীখ্রে। নুমিদাংরাইরুম ওইরবদা মখোয়গী মন্নেশী লাক্লে। হেক লাকপগা ইমুং পুম্নমক চৈবা হোৌরক্লে—"হা ইবেমখোয় ওফিসা-রগী নুপীশা! ঐগী ইয়া অঙাওবসিনা নখোয়গী করি মাঙনবা ভোৌরবগে? নখোয়গী য়ুমসিদা লৈজররোই হায়হনা লাক্লিবসে। হা ওফিসারশা! ইবুঙহনা ইয়া অপঙবনি হায়রহনা মরৌদগী মশীং দগী খায়দোক্লুনা থম্বিরম্বা নংত্রাও? ননাও অপঙবা মীয়োল থুংদবা অসিবু করিগী মথরায় অতক য়াম্না নুঙায়হন্ত্রিবনো হায়রা। ইবুঙহনা নখোয়দা অহক লুনা শিন্নরম্মিবা নংজন্লৈ।" ময়াম পুম্নমক অমতা খুম্বা ঙমদে, তুমিন তুমিন লোইনা লৈ।

নুমিৎ অসিগী নুমিদাং সন্ধ্যারাইদা ময়াম্বা অমতং মতৈমনা

কৌবা লাকই। মখোয় উবদগী থোঙ লোনশিন্নুনা লৈরে। মাম্মা ইমুংদগী হায়রকই— "ঐন্দু ইনেশী লৈজে মাগা লৈনি। ঐদি চাওই, ঐগা তিমরগা নখোয়গী মচাশিং মাঙজমি।" পাখৈ লৈরু-হুনা ময়াম পুম্নমক হন্নরে।

তামচানা ইনেশীগীদা লৈবসি থা খরা হৌরে। মমুন্দা থিনবিগে হায়বা শুকলা য়াদে। মনেশীনদু মানা লৈমিংশিবা মখৈ লৈজসনু হায়না অহুম খরে। মী পুম্নমক্না তামচানু য়াম্না নুংশিরা হৌই। মানা কনাগীম্বু মাঙনবা হৌদে। মহৌশানা অশিগুম্বা মীওই অসি মীনা নুংশিনৈ। হৌজিক তামচাগী মুঙ্গাইতবা হায়বসি মাগা মতম চুপ্পদা মরুপ মপাংদৌনা লোইননা লৈবা অঙাংশিংগা কায়নবা অসিনি। মখোয়গী রাখলনা অমম্থুং মিংশিংখনা মতম চুপ্পদা মাগী থম্মোয়দা অরাবা পীরম্মি। মমিত্তা তম্বনা মপি শিন্থ-রম্মি। নোংমদি হোটেলদগী বোয়া, চনা কাংঙৌনচিংবা লৈরগা লিটল ফ্লাওয়ার স্কুলদা তুমিন্না চংখ্রে। মকম অহুদা ময়াম্বগী মচাশিং লাইরিক তম্মি। মহাকন্দু অঙাংশিং খিমবদা জিপ, কার তোংহুনা চংপগী তাঙ্গা কয়ারক ফংখ্রে। য়াম্না কুইনা ঙাইরবা হুংদা হাপ থাবগী তাঙ্গা অহুদা অঙাংশিংগা উমরে। মমিং-মমা শিংলবা অঙাংশিং অসিনা বুদ্ধি শোইদ্রোম্বা মথুম্নাহোন অসিবু মীনা উশিং-খিরোয় থনবনা শোয়রোক্কী মতাইদা হৌখা খোংমাং অমগী মরুমদা পুথোক্লে। অঙাং অমনা হংলকই "তামচা নং কৈদৌগা লাকইবনো?"

তামচানা হি হি নোক্লগা খুম্মকই— "তু কাংঙৌগা বোয়াগা নখোয়গী চানবা থিল্লকইবা।" অসি হায়হুনা মাগী ময়োম অহু পুথোক্লরে। অঙাংশিং অহুনা মী উখিনি মতোঙুম কুরুপ কুরুপ য়েংলগা চাবা হৌরে। তামচানু তুখিন্না লৈতে। মহৌশাগুম অঙাংশিং অহুগা তাম তামনা মখোইনা হেজখিনি মতোঙুম চাবা হৌরকই। পুং তাশিকপাইদনা অঙাংশিং অহু চঙ্গরে, চঙ্গদবাইনা

হায়রম্মি। "তামচা হয়েং অমুক লাকউ ঐখোয় চঙলগে পুং তাগ্রে।" খরা চাউবা অঙাং অহুনা হায় "তামচা গারীনা ককা থেংলমগনি শোরোক্কী মতাইদা চংলুকো।" অঙাং অমনা হায় "তামচা শোরোক মতাইদা ওইরোম থংবা মাইকৈদা চংলু।" তামচাহ্ হরাও হরাওনা হল্লক্লে।

মুমিং খরা লৈরগা তামচাগী মিংদা চিঠি অমা থুংলরে। চিঠি অসি দেহরাহুনদা মিলিটরী কলেজদা তম্বা নরেন্দ্রনা ইরকপনি। নরেন্দ্র তামচাগী ময়াম্বা অহলগী মচা য়াইমানি। চিঠিগী অরোইবা শরুক্তা অস্নুম্মা হায়রকই—"..............................তামচা! ঐনা লাইরিক তম্বা লোইহুনা থবক তৌহুনা তলপ হেক চাবগা ইবাম্নি লৈমিন্নসি। ইংখোল অচৌবা অমা লৈরগা। কার অমত্তু লৈরগা ইবাম্নি তোংহুনা কোইনা চংকদবনি ..................।"

তামচাগী
নরেন

চিঠি অসি নরেন্দ্রনা মখুরা অপঙবা অসিগী মপুক্লিং হরাওজ-নবা ইরকপনি। তামচাগী হরাওজবা লোইদ্রে। মাঙোন খুদিংদা চিঠি অসি পাহল্লি। মাদি পাবা থোক্তে অহুবু মরক মরক্তা মকোক মমৈ ওয়না কাক্তোক্তুনা য়েংই। মথমতা মুঙাইজে। মহাক লিটল ফ্লাওয়ার স্কুলদা চংগ্রে। ঙসিদি বোয়া ককা চানবা অমতা পুদ্রে। মাগী ঙাইফম অহুদা কমহুনা হাপ থারকপা ঙাইহুনা লৈদ্রে। অঙাংশিং হেক থোক্লকপগা চিঠি অহ পুখোক্লে। হায়রকই—"সে চিঠিসি পাউ নখোয়গী তাজো নরেন্দ্রনা থারকইনি ঐদি পাবা থোক্তে।" পাবা লোইরগা মানা হায়—থঙলেদনা মরোলসে ঐদি নখোয়গী হাওৌগা লৈমিন্নগদৌরিনি। নখোয় কনা কনা য়াওগনি? ঐখোয়গা লৈমিন্নগদোবা মী মথৈ চিঠিদা হায়া হায়হৌরো। হয়েং চিঠি অমা ইরকউ মঙোন্দা পাউখুম পীখিনবা। মরোলহ্ ঐ অমুক্তং

ভাহৌগে অহংগা থাখিনবা।"

নোংমা নিনি লৈরগা চিঠি হনগ্রে। মহেন্দ্র, দেবেন্দ্র, মেমচা অহুম্মক তামচাগা লৈমিন্নগনি হায়না সহী ভৌহনা চিঠি; থাগ্রে।

থা কয়া হৌগ্রে। তামচানা নরেন্দ্রগী চিঠি অসি মাগী ফুরীংখাওদা তস্তনা হাওতুনা পুই। ভোয়না নৈনবনা চে অহু শোকচিন্নকক্লে। হাপ্পা অমত কাংদে অঙাংশিংদা চিঠি অসি পাহংন্নিবা। চিঠি অসি পারিভৈদা অঙাংশিং লাউবা য়াদে, মহাক অস্নুকী মভিক মথরাই ভানা অমস্নুং পুক্লিং চঙনা তাই। কালেল ছুটিদা নরেন্দ্র থোক্লক্লে। থোক্লকপগা তামচা উগরৈ, তামচাগীদমক মীঠাইনচিংবা লৈহ্নুনা পুরকই। তামচানা হংই—"নং ঐথোয়গী চিঠিহু ফংগ্রা, লাইরিক তম্বা লোইদৌবসি কয়াম্না রাংলি" অসিনচিংবা রাহং কয়া। রাহংগী পাউথুম তামচা হরাওনা নোক্লহুনা তাই। করিগুম্বদা শকক্ম হজিন্না রাথল চংবা মওংদা রা থৈন্নে।

নোংমা খবর কাগজদা লিটল ফ্লবার স্কুল মমাংদা নুপা অমা গাড়ীনা তক্কুনা শিরে হায়বা পাউ য়াওরকই। মসি অতৈ কনাস্নু নত্তে বিবিনা তুং ওইনবিরবা তামচানি। তামচাগী পোংলোইবগী মঙ্গম্বদা ময়াম্বগী মচাশিং মমাখোয়গা লোইননা য়াওই। মানা শেংপা ফিরোল অহু মৈ থাদোক্লবা পায়থংলুবদা ফুরীংখাও ভেপ্পা খুংনাং চারবা চেজেং অমা য়াওবা থেংনৈ। মহু লোথোক্লগা মৈন্নুংদা লংশিনখি। থা কয়া চুপ্পা চেকশিন্না থমজররক্লবা নরেন্দ্রগী চিঠিনি। অঙাংশিং অহুনা চেজেত্ত্ মৈনা চাকখিবা উবদা মহৈ মহৈ ওনংশিন্নহুনা ষেংনৈ। মথংদা নাকনগী ফুরীংখাওদা চে ময়োম অমা য়াওরম্মি। মহু হাংদোক্কুনা য়েংবদা য়াওরম্মি হোটেলগী চনা কাংলৈ। মহৌশাদি তামচাগী চনা কাংলৌ উবদা অঙাংশিং অহু হরাও য়োম্মোন নোকই, ওসিদি অঙাংশিং অহু খোংজেল থোক্লা রুপন[illegible] য়ো তাবচা ......।

# ঙবাগী ইমুং

লৈকাইগী ক্লবকী মিটিংনি। মিটিং হৌত্রিঙৈদা ক্বারম কাবা ঙাইবা ওইনা হান্না লাকপা মীশিংনা রারী রাতোই শাত্থনা মীয়াম ঙাইবা হায়বসি মহৌশানি। লৈবাক অসিগী মীশিংনা পুংশীং ঙাক্লা চংনবা ঙম্মগ্রি। অহুম হায়রগা মরি, মরি হায়রগা মঙাদা লাকপসি চংনবী ওইনা তৌরি। মসিনা তাকপদি লৈবাক অসিগী নাগরিক শিংনা মতম ঙাক্লা চক্তে। থবক পুম্নমক মতম চানা তৌদে হায়ব-সিনি। য়াঙনা চেল্লিবা মতমগী খোঙজেলগা ঈরোইনবা পৃথিবীগী চাওখৎপগী খোঙথাংস্থ খোঙকাপ লাওনা থাংজিন্নরি। কমিটীগী মেম্বর খরা লাক্লে। বিনোদচন্দ্র এম: এ: মহাক এস, ডি, সি. নি, গোপাল হাই স্কুলগী ওঝানি, মহেন্দ্র সেক্রেটরিয়েটকী ক্লার্কনি। কলেজগী ছাত্র ওইরিবা মহা অমা অনিস্থ ময়াওরি। এস ডি, সি, স্যাহেবনা হায়রকই- "অঙাংশিংগী লাইব্রিক লাইস্থ ভস্বা অসিদা শেল অসি য়াম্না চঙমন্‌খ্রত্থনা।"

গোপাল— "সাহেবকী অঙাংশিংদি কদায়দা করি করি তম্লিবা ?"

বিনোদ— অম্‌না দিল্লী 'পব্লিক স্কুলদা তম্লি, অমনা বোম্বেদা, ইন্দক্তা লিটল ফ্লবারদা অমস্থ মমিং চলহল্লি।

মহেন্দ্র—হোই, য়ারবদি অঙাংশিং অসি অর্স্থবাইদা খমদবনবু করেদা ঐগীস্থ নুপা মচা মাইমচু নরেন্দ্রপুরদা থাজক্রে। শেলদি

খয় চণ্ডই হায়রবু মখোয়গী মতম্বি, দিসিপ্লিন পুন্নরক য়েংলু রবদি শেল চণ্ডবা পাম্মুদে।

বিনোদ - মহুনি মহুনি ঐখোয়গী লমাই অসিদা ঐখোয়গী সমাজ অসিদা হৌজিক কালদা ওইরিবা ফিভম অসিদা য়োক্লকপা অমস্তুং চাউরকপা অণ্ডাংবা করিবু ফংকখিগদগে ? য়োপালদি হাই স্কুলগী ওঝাসি। অণ্ডাংশিংবু শেন্থা, ছাত্রবু ফমলা হোংনবা, অসি পুম্বনা মখোই ওইরিবনি। মহাকস্থু মণিপুরগী রাংমদা অকবা স্কুল কলেজশিংদা অণ্ডাংশিং মহে-মশিং তম্বা থাবা কৈ হায়বা কাওবদি থণ্ডলিবনি অমস্তুং ওয়বদি মচাশিং থানিংলিবনি অহুবু ওঝাগী ওইবা পুক্নী অসিনা মহুক য়াম্না খরচ তৌবা ওইথোক্তে। মানা হংই সাহেবখোয়গী অণ্ডাংশিং অহুদি থাদা শেল কয়া কয়াদি থাবগে ?

বিনোদ—ময়াম্বহুনা লুপা ৪৫০ (চামরিয়াখৈ) মনাউহুনা চামবি অহুগা লিটল ফ্লরারদা তম্নিবা অহুস্থু পাশিন্নু রবদি লুপা চাম চনীদি মচণ্ডইদা।

মহেন্দ্র—ঐগীদি লুপা চামরীরোমদং থাই অহুগী মথক্তা মখোয়গী চংথোক চংশিনগী এরোপ্লেনগী ভারা হায়বনে করিনে শেলসি য়াদেদা হেক্তা মচণ্ডই।

বিনোদ—(গোপাললোমদা ওনশিল্লগা) ঐখোয়গী স্কুলনি হায়হুনা তৌরিবশিংসে য়াদ্রেদা। ইবুঙোখোয় ওঝাশিংসে লাইব্রিকপু ইভম তম্বিদ্রেদা। য়ুমদা প্রাইভেট টুটর অমুক থমত্রবদি অণ্ডাংশিংসি অমতা নৈয়ু য়াদ্রেদা।

মী থুদিংমক মাগী মাগী শিনফমদা থাজনবা চাক্লি। মাগী মাগী লম্বী অহুদা অথণ্ড অাহনি হায়না থৈরে। নিংথিজনা তৌরিবা শিনফম পুন্নমক অফবা চাক্লি। শিনফম অমগী মীনা অতোপ্পা শিনফম অমগী মীদা হম্বনা য়েংলবা অমস্তুং খুদোং চাবা-লৌরবা

মহ্ ওইরবদি সমাজগী থৌশিল্দা করিগুম্বা অকায়বা থন্না পোয়দনা লৈরম্লগনি। ওফিসার অমনা ওঝাগী শিনকমদা লৈরিবা মী অমদা শীংনবরক্লবদা ওজাগী পুক্সীদা লেপ্লিবা গোপালনা তুমিন্না লৈথোককম থোক্তে। খুম্লকই "এস, দি, সী, সাহেবকী য়াসি থরমখৈদি চুম্লম্বা য়াই অহুমকপু অয়াম্বা শরুক্তি ওঝাশিংগী মরাল নত্তে। ওম্লক্লিবা কায়থরক্লিবা সমাজগী দায়ীনি। মওং কায়রবা সমাজগী অয়ানবা চৎনবী কয়াগী লাংদা থুহুনা লৈরবা গুসিগী মণিপুরগী নহারোল-শিংনা নোংমা নোংমগী মাগুনবা লম্বীদা খোগু থাংজিল্লি। চৎলিবা খোগুচৎ অসিদা মতম থরগা শাংনা চথবা তারবদি লৈবাক অসিগী তুংগী ফিরেপ অমম্বগী মশক্লি। কায়থরক্লিবা সমাজগী ফিভম অসিগী দায়ীদি ওঝানি মমা মপা ওইবশিংনি, ওফিসারনি, কেরানীনি মীয়ামগী মীহুৎ শিন্না ইলেক্সন্দা কারিবা এম, এল এ অমম্মুং মন্ত্রী-শিংগী দায়ীনি। স্কুলদা ওঝাশিংনা ফনা তাকপী তিকপীহুনম্মু য়ুমগী মপা মমাশিং অহুনা অকনবা চৈয়াক অমগী মথাদা থম্বা গুমত্রবদি অহুগুম্বা নহারোলশিং অহুনা তুংগী সমাজগী অফবা য়ুম্বীরেল ওইবা গুমকম্ম থোক্কে।

বিনোদঃ—সমাজগী অফ কভগী য়া লাইরি। ঐখোয়না হায়নিংলিবদি হৌজিকী ওঝাশিং অসি মথৌ নিংথিনা তৌদ্রে অসিনি।

গোপালঃ—লৈবাক অসিদদি কদায়দা কনানা মথৌ নিংথিনা তৌরি-বগে? পৈশা পীত্রিবমখৈ থবক তৌদ্রবা ওফিসার,-কেরানী, ময়ুমদা শেল খিল্লত্রিবমখৈ লাইয়েংবিম্মু য়াত্রবা হোস্পিটালগী ডাক্তর, সরকারদা পিসন্দবা শেলনা ফুরিংখাও চোল্লিবা ড্রাইভর, বস কন্ডক্টর, চানবা পোত্তা য়াশিল্লগা য়োন্দুনা অহেনবা শেন্দোং ভাল্লিবা কারবার বালা, ঠিকাদারগা মায়রগা থবক তৌদনা আকাশ বিল শাহুনা সরকারদগী শেল লৌথোক্লিবা ইঞ্জিনিয়ার, অঙাংদি লাইরিক তম্বিদনা ক্লাসতা

উইহুনা খবর পাহুনা লৈরগা লেম্না তলপ লৌরিবা ওঝাশিং লেলবু পীরবদি অরানবা পুম্নমক হুম্মিমা য়েংহনা লৈরিবা পুম্নমক সমাজগী য়েক্রুবা ওাক্রনি।

মহেন্দ্র:—হোই ঐখোয়বুদি গোল্ড মেক কেপস্টেন খন্না তোম্না মথ-কই। লেল থুমদ্ধ খন্না মকংই। ঐখোয়স্থ য়াঃজ। অহুবু হন্দক মেডিকেলগী সিট অমম্রমদা মিনিষ্টর সাহেবনা লৌখি-বসি লিপিং হুরাদগী তরামঙা কুম কাওবনি। মহ য়াওজ্রবদি লাইমিক কহুনাকা চংমখিজ্রে। হন্দক মিনিষ্টর সাহেবন লৌখিবসি লাখ কনা য়াম্মিন্নিনে।

গোপাল:—অহুগীবুদি করি অমুক হায়রুখিগনি। অমৈবনা ময়াইদা চেনবা অরুবনা মতাইদা চেনবা হায়বহ তৌয়ে। কবোক্কী য়োরগা মিশরীগী দোরগা মাগ্রবা লম হায়বহ ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা ওইয়ে। গোপাল, ওঝা ওইবতা নত্তনা সমাজগী ওইবা সংস্থা কয়াগী থবক পুরিবা, সমাজগ শেমগৎ শাগৎপদা খন্নাই লুপ্লিবা মুপা অমমি : লাইরজরবস্থ ওঝাগী শিনকম অসি অশেংবমি থঙবা মুপা অমমি। সমাজদা ওজাগী কাঙলুপ অসিগী আর্থিক অবস্থাদা লোংমা নোংমগী শোকচিন্নকথসা লোইননা সমাজবু মৈরিবা মীওইশিং অসি-নস্থ নোংমা নোংমগী হন্ববা মিংক্লেংদা য়েংলকই। মসিগী হায়া নিংদোল পোম্না লৈবদা ওসি এস, ডি, সীসাহেবকা কেরানী বাবুগা অনিনা অশোকপদা ৫ম চাইশিনবগী থবক তৌরেব্র। অম্হুয়া মরৈ মেংন রিটেণ্ডারুবকী মেম্বর খরস্থ লারুহনা কারুম কারহুনা মিটিংগী থবক চথক্লে।

মিটিং লোইরহুনা ওঝা গোপাল হোবে হোবে চেনখিহুনা মিটিং অমস্থ য়াওরুরে। থবক কয়ামরুম পাঙথোকলুরগা

চোকথরবা ওঝা গোপাল মুমিদাংগী পুং মাপল তাবা অহৌরাইদা মমুমদা য়ৌরকই। মহাক ঙসিদি করিগুম্বা মুঙাইতবা রাখল অমদা লুপখিবনা মমুম হাইজিনকম লম্বী কাওবা কাউথোক্লুনা চংলুই। মমুম য়ৌবদা কৌই—"রাণী! রাণী! হো রাণীবালা থোং হাংদোকও।"

মানা কৌবা তাবদা লাইরিক্তা মোল থাঙলহনা ভুমহনা লৈরম্বা মচা অহুম-মরি অহু কুক কুক হৌগংলৈ। মহৈ মহৈ ভুমদবা শাহনা লাইরিক য়েংশিনৈ। মুমিং খুদিংগী মানা হল্লকপদা ওইরম্লিবা ফিভম অসিনি। লোপালগী মুপীনা চাখুমদা চঙ্গ্রবদি অঙাংশিং লাইরিক পারিব্রা, ঊইরিব্রা, কমুংদা চঙ্গ্রবরা হন্না য়েংবা নত্তে। গোপালনা মাগী অকনবা রারক রাত্তেম্বা অমদি শেম্বিবা রাংপদগী নোংমা নোংমগী শোয়থরক্লিবা মচাশিংগী ফিভম অসি থঙলিবনি। সমাজগী তঙাইফদবা থৌগায় কয়ানা চেম্নখিহনা পুম্নমক অসি উনা উনা উশিন্নদবঙ্গুম তৌরি। গোপাল ঙসিদি লাম্ভি খোংদে, মচাশিং কু চৈদে। য়াম্না তপথনা মকি-ময়োল হোংদোক্লগা মচাশিংগী মনাক্তা চঙলক্লে। মতম অহু কাওবদা ক্লাস টু ত্থিম্লিবা মচা মুপা অতোম্বহৌদি কাঙনা রা রা ইল্লগনা তুম্লি। মপানা হৌদোকল্লুবদা কুক হৌগংলগা শৈরেং অমগী মকোক থংবা পরেং অহু হন্না হন্না হায়রি "হে অঙাং নারা চাউদবা" মমিৎস্নু নোইরি. ভুমদবস্নু শারি। মতৌ অহু উবদা মচেশিং অহু অমগা অমগা খুজিম্না শিক্লে, থিক থিক নোক্লকই। নোকপা খোঞ্জেল তাবদা মমিত্তু লাউনা অমুক্তং পাঙথোক্লক্লম্মি অহুগা অমুক উইথরকই। মপানা ভুররনি হায়দনা মহেংবান্দা পায়হনা চাক-পীরে। লাওগন খোংগমবা চাক্রশিংবু চৈরাক অকনবা পীগনবা ওঝা গোপাল ঙসি মরাল লৈরবা মচাশিংবু রা অমতা হায়রিবা করি-গীনো? মচাশিংবু নিংথিনা রারক-রাত্তেম্বীদবা, ওফিসার কেরানী বাবুশিংগী মচাশিংদোমা শেল য়াম্না চঙনা শেংনা ভুমদবদগী মরাল চাউনা লৈরে হায়না মশানা রাজবঙ্গুম তৌই। মহৌশানা মরাল

লৈবা মীশিংনা কিথি কিক্লম তৌই। মরু লুক্লা চংলি। মপা অমনা মচাশিংগী মফমদা তৌফম থোকপা মথৌ তৌবদা ভুং শোথ-হৌরবা গোপাল গুসি ভুশোন মানশোন্নবগুম তৌই।
গোপালনা মচা মুপা গোপেন্দ্রগী মনঙ্গদা খুবাক্লা তপ্লা তপ্লা পোপ-পোপ থারদুনা হায়রকই— "গোপে! নংবু ভুমলুরব্রনে?

গোপেন্দ্রনা কাও ময়াম চঙদুনা চিক্লম্বগী মথা মথা পোন্নবা ভনোই তনোইবা মখক্সাই অদু হোৎল হোৎলদুনা খুম্নকই— "ঐদি ভুমদে।"

গোপালনা নোক্লদুনা হায়রকই "চুম্মি চুম্মি, ইচা গোপেদি ভুমস্ত্র ভুমদে উইস্ত্র উইদে। ভুম্নিবদি নচে মচানে নচেয়াইমনে অদুগা তামোচানে মখোয় অদুম অসিনি। ইচা গোপেদি মগুকক মঙুবমখ লাইরিক কন্না পাব্লিবনি। লাকও লাকও নমানা চাক থিহৌরে।" মদু হেক তাবদা ময়ামদু লাইরিক লাইশিনবকাও নংদে চাকশং তম্না গুরুং হোংচিন্নখিবা।

চাক হেক তোকপগা ওন্না গোপাল মচা মুপা গোপেন্দ্র পুদুনা কমুগুদা চঙগ্রে। গোপেন্দ্রদি কোক্লা মোনগা তাইনবপা অদুম ভুমগ্রে। গোপালদি ভুঙ্গা গুকয়া য়াদে। এস, দি, সী, সাহেবনা হায়খি ময়াম্বগীনা লুপা চামরি য়াখ্রি মনাওগীনা চামরি। মহেন্দ্র কেরানীগীস্ত্র কলকতাগী নরেন্দ্রপুরদা থা থাগী চামরি, এরোপ্লেনগী হঙ্গৎ হন্দা চখোক চংশিনগী ভারা। মখোয়গী এস, দি, সীগী ভজব সিবু কয়া কংবা জাংনো, কেরানী বাবুগীনা কয়া। মথারোমগী বস কন্দক্টর অসিন্দু মুংভিগী দিমাপুর চংলুবা হল্লকপদা কুরিংখাওদা লুপা য়াখ্রে চামা য়াওরকই হায়না মখোয়গী মুপীনা ঐখোয়গী অঙাং মমাদা তন্নি হায়। ঐখোয়গী ইশেন্নুপা ড্রাইভরস্ত্র মাগী মমুক্ল অদু চেক্লা কনা বাংনা শাগৎলকই। পুন্সীগী, সমাজগী, থবকী বাখলশিংদা লুপডুনা সমালোচনা তৌরিঙৈদা অয়াপ্পদগী কাংশিগী

খোঙ্গেল তাঙ্কই— কাং কাং কাং নোংয়াই মতুং পুং অহুম তাগ্রে। ইয়োই লোইবদা ওঝা গোপালগী বাখলগী লমশাংদা উরকই এস, দি,সী, সাহেবকী মচাশিংনা ডাক্তর. ইঞ্জিনিয়ার অমসুং ওফিসারনি। ওঝা গোপালগী মচাশিংনা উফুলনা খুজেং য়ৌরবা এল পি স্কুল অমদা অঙাং ময়াম লাউনহৌনা লৈরি। দৃশ্য অসি য়েংনা য়েংনা তাঙ্কই শ্রীগোবিন্দগী মঙ্গল আরতিগী শরিক খোঙ্গেল মখৈ থঙদা য়াম্না রানা মিৎকুপ থরগীদমক নিত্রা লাইরেম্বীগী তম্পাক্তা তাইবঙগী অরাবা পুম্বা কাউথোক্লুনা তুমথুল হনখি।

---

## ঐ খঙলেকো

বি, এ, পাস তৌবা চহী মঙারোম হৌরে। থবক অমতং ফংনবা ফনা কন্না হোংদে। পী,ইউ,সী হেক পাস তৌবদগী এমপ্লোইমেন্ট এক্সচেঞ্জদা মিং চন্নকপনি, মরমদি ঐখোয়গী পাঞ্জীনা হায়খি- "মুপামচা পিকপরা চাউবরা থবক অমতংদি পায়শিন্নবা হোংনৌ ইমুংগী ফিভম অসি য়াম্না ফংচিন্নক্রে। ঐহাক্তী পাঙ্গল অসি ইকন থল্লু য়ারোইদৌরি। অকনবা থবক শুহনা শেল তানবসি থরা লুনা থোক্কদৌরি। মমাংলোমগী এস, দি, ও ওইরিবা অসি মেট্রিক পাস হেক তৌবগা এল, পি স্কুলগী ওঝা অমা ওইনা ওইনা কলেজ চমহুনা বি, এ পাস তৌরকপনি, মশামগা ফবনিনা মথং মথং কাখংলক্কুনা ফম অচৌবা ওইরিবসিনি।"

মতম অহুদগী দরখাস্ত থাবা হৌগংলকপনি। ওঝা, কেরানী, কো ওপরেটিভ ইন্সপেক্টর ফম কয়াগী ইন্টর্ভিউদা মশীং খঙদনা য়াওরকই। ইন্টর্ভিউদা পাউখুম কনা কজনা পিরম্মি, অইবা পরীক্ষাদস্তু পাউখুম কনা কজনা ইরম্মি, অদুবু শেল পীরুবা লৈতবনিনা থক থন্নকপা লৈতে। বি, এ হেক পাস তৌবদগী পাউগী চে য়াম্না থরাই য়াওনা পাই। মরু ওইনা ঐনা থরাই য়াওনা য়েংবসি লৈবাক্তী ঈ পাউ ডাক নত্তে. য়ানটেদ কলমশ্তুনি। কদাইদা করম্বা ওফিস নত্রগা স্কুলদা থবক তৌনিংবা মী কৌরিবগে হায়বসি য়াম্না কুপ্না য়েংই।

মথৈ থংদা ঐগী কালিফিকেশন্না কান্নরোই, শেল পীত্রিবমখৈ থবক কংলরোই হায়বা ভাব মুন্না তারে। শেলগী থৌরাং তৌত্রিবমখৈ থবক্কীদমক দরখাস্ত থাবসি কান্নদে, খল্লহনা ঐ থবক্কীদমক মুংনাংবা লৈরক্কে। কারবার তৌগে হায়রবস্থু শেল্লেপ লৈতে। মুমগী ফিভম্না নোংমা নোংমগী শোকচিন্নকই, ইমাস্থু বাবাস্থু নোংমা নোংমগী শোঙ্জিল্লকই। মরক অসিদা পান চুকানগী ঈহৌ অমা লাকই। মৈত্রবাকী নহা অহল পুম্বা অমা অমস্তুং মীঠা পট্টিদা ভাওনরকই। পান চুকান অসি শেল্লেপস্থু পংয়াম য়ামদনা কম্বা য়াই। ঐস্থু মসিগী খুদোং চাবসি লৌহৌবা চুম্মি খল্লুনা লুপা য়াখৈ চামদং থৌরাং তৌরহনা পান চুকান মচা অমা কপ্পা হৌই। অঙ্গানবা নোংমা নিনিদি মাঙ্গ থমকম লৈতে। খঙুনা চান্নবশিং মমাঙ্গেদা কলেজ তম্মিন্নরকপশিং ডিখিগত্রা য়ায়া ইকাই হঙ্গোইনা হোংনরম্মি। অমুকস্থু খনখি ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙেদা ফাখিরা অচৌ অচৌবা শহরশিং-দদি বি, এনা গাক্তা থৌই, পানা য়োল্লি হায়বহৃ মণিপুরবস্থু অহঙ্গম্বা মতম য়োরক্লমাল্লে। অহুগীস্থু মথক্তা ইপাঙ্গলনা নোমজবনি মীঙো-ন্দগী চুকুবা নিকুবদি নক্তেদনা। চহী অমা অনিদং পানা য়োল্লগা লুপা লিশিং মণ্ডা-ভরাদং তুংশিনবা চুম্নবদি মহুনা ওথারা কেরানী-রা কম অমদি লৈবা কংবস্থু য়াই। ঐগী পান চুকান অসি কৈশাম-পাং থোং হেক লাম্ভোক্লকপা পাউনা রোদ হৌগংলকপা অহুবাইদনি। জনতা ফার্মাসীগী বেরেন্দাদনি। মীনা মকম য়াম্না চাই হায়নৈ। ভারানা থাদা লুপা য়াখেনি।

ঐনা পান চুকান কম্নকপসি থা অহুম-মরি হৌরে। মীনা হায়নবা চুম্মি, শেল্লেপ য়ামদনা শেন্দোং কনা য়ায়া লৈ। থা অমগী ভারা থায়দোকপ্রগা লুপা চামরী, চামভারোম লেপ্পা ওম্মি। ঐহাকস্থু শেন্দোং য়ায়া কংবগী আশা থোইনা ফোদনা কষ্টমরশিং পেলহল্লবা হোংখৈ। মরম অসিনা ওইবা য়াই ঐগী পানা অমুকংবু চাপ্রবম্মি

মতুংস্থু অমুক হল্লকপরা খল্লি। ছুকান অমা অনি লাম্থোক্লগা ঐগী ছুকান য়ৌনবা লাকপগুমস্থু তৌই।

মোংম্বা ইখঙ খঙহৌদনা চহী কুনতরেং নিপাল্লোমগী নুপী অমা চপ লেপ্লে— হায়রকই "জর্দা অছুম, মীঠা অছুম মঙ্গানা য়োম্বিয়ু।"

ঐনা পানা ভপ্পা লোইরগা য়োম্মমদাইদা হংই— য়োম্মোই- দবসিবু মীঠারা জর্দারা?

খুম্মকই "মীঠা অমদি হৌজিক পীবিরকউ।" ঐনা মীঠা অমা থাইদোক্লনা পীরগা অতৈনা য়োমশিল্লে। পানা ময়োম অহু মাগী বেক্তা হাপচিল্লগা রিক্সা তোংহুনা অরাং পাংনা হাইগংখি। ঐহাক মাগী মরমদা থোইনা খল্লদে। থোইনা খোইদানা য়েংলুবগী বাকমস্থু লৈতে। ইম্ফালগী চাউরবা বাজার অসিদা মখল মখলগী মীওই লিশিং করা কয়া চংলি, কয়া অমা লাকই, কয়া অমা চংখি। ঐগী ছুকাম অসিমক্তদস্থ নোংমগী মখল মখলগী মী য়াম্বা চামদি পানা চুক্কট লৈবা লাক্লিবনি। লাক্লিবশিংগা ঐগা মরী লৈনরিবসি য়োনরবা অমস্থুং লৈবা ফাওবর্দনি। মসিগী মহয়না ঐগী শেন্দোং অমস্থুং মখোয়গী লেয়েংগী অপেনবা অসিনি।

ঙসি ভরানিমুক হৌদ্রে। নুপী অসি নুমিৎ খুদিংগী ওইনা পানা লৈরে। মীঠা অছুম জর্দা অছুম মঙানা য়োম্বা। পুলৈ কুচুনি চাউদম শাংদম্মি মাশী মাম্লা লৈ। শমজী চাউই অমস্থুং বাংলপ পুল্লি। বেগ অমগা ছাতিল অমগা থক থাদে। মহাক লৈশাবীরা শৌয়া হারবস্থু খঙবা 'ঙমদে। মাগী মওং মতৌ চংলিবা পুম্নমকসি উমদা করিগুম্বা ওফিস অমদা থবক তৌবা মীস্থু মাল্লমদে। অস্থুব তোমশিল্লকপনা মতুংদদি মাগী ওর্দর তৌবা ঙাইদনা মহাক হেক লাকপগা পানা ভপ্পা হৌই।মীঠা অছুম, জর্দা অছুম, মঙানা য়োম্বা। ঙসি নোংমা নিনি অসিদা ঐহাক মাগী মরমদা য়াম্না খঙনিংক্রকখি।

মহাক অসি টিদিম রোদতা মিনিবস তোংহুনা লাক্লগা কৈশামপাক্তা কুমথবা মাল্লি। অম্মুম্না খণ্ডনিংনা লৈরিঙেদা নোংমদি মানা পানা তপ্পা ঙাইনা ঙাইনা হায়রক্লই — "তামোগী পানসি মরু ওইকা 'অদা'সি ঐখোয়গী মিনিষ্টরনা য়াম্না হাওই হায় অহুননি ঐনা মুংভিগী লৈহুনা পুরিবসি।"

ইকুজনিংবগা খোং তেকপগা চপ মান্নে হায়বহুনি। ঐনা খণ্ডনিংলহ্নগা মানা হায়দোক্লকপগা চপ মান্নে। ঐনা হংই — "মিনিষ্টর হায়বসিবু করম্না ওইরবনো?"

ঐখোয়গী ইডুকেশন মিনিষ্টর, ইচে হেক লৌরিবা ইতে ইবুঙোনি। অচৌ-অশাং ওইবা হায়বসি য়াম্না লুপ্রে। সিফাই, চৌকীদার, চপ্রাসী পঙৈলদি লৈ হায়ববু খবক পুম্না মখোয়না ঙাক তোবা য়াদে। মখল মখলগী মীওই কয়া কয়া লাকপনিনা ইমুং মনুংগী মীস্থ মমিৎ-মনা খরা শিংবা লৈতবা য়াদে। ভোট হায়বা অমস্থ লৈরিবনিনা— মীচঙ মাথোক খরা কক্তবা য়াদে। স্ত্রী অমত না শাউখিবদা মাগা কোয়বা মাগী ইমুংগী মী খরগী ভোটতি মাঙলিবনি। রাজনীতিগী মীওইশিংনা য়েংলিবসি খ্বাইগী অহানবদা ভোটনি।

অম্মুম্না মানা রা ঙাঙবা লোইরকপগা ঐনা পানা তপ্পা লোইরকপগা তান চানহুনা মহাক পানা পুরগা চংপ্রে। ঙসিদি ঐহাকস্থ মুম্না য়েংহুনা লৈহৌই। পানা অমস্থং চুরুট লৈবা মথং মথং লাকপনা ঐস্থ পানা তপ্পা অমস্থং চুরুট য়োনবদা পুক্লিং চঙপ্রে। অহুবু মাগী রাহৈ খরহুদি নাকোংদা নিন্দুনা লৈহৌই। "ঐখোয়গী ইডুকেশন মিনিষ্টর, ঐগী হেক পোকমিয়বা ইচে লৌরিবা ইতে ইবুঙো......।" ঐনা খল্লি খণ্ডনবদা কায়বা মীভানি। হৌজিক মতম অসিদা মিনিষ্টর নত্রগা মাগা নকুবা চায়বা মীওই অমা খণ্ডনবা হায়বসি য়াম্না মরকাননি। ঐহাক মাগী মরমদা হয়া হয়া খন্দবা ঙম্মদে। হুক্নক

মরক অসিদা ঐহাক লাইস্লিক হৈবা মীনি, ইউনিভর্সিটিগী গ্রেজু-য়েশনি, ঐস্ক্‌ ওফিসার ওইবা য়াবনি, লাইবক থীবদগী লাইরহুনা ৎবক লৈবা ভমদহুনা পানা য়োন্দুনা লৈবনি হায়বসি মঙোন্দা য়াম্না খঙহন্নিংবা পোক্লম্মি।' ঐগী পুক্নিংগী করম্বা ইহৌ নত্রগা য়াওমো ঐহাক ভাব তাবা ওন্নমদে। নোংমদি ফার্মাসিগী তামো দ্বিজমনিনা ফাগী তৌরকই "ইবুঙোগী পান দুকানসি হন্দক মরক্তি অচৌ অশাং মিনিষ্টরগী মী য়াম্না তোয়না লাকপা উইদা।"

"ঝোয়নে তামো! মিনিষ্টরগী মনাওন্নপীনি হায়নে' ময়ুম মংক পান্দবা জাংলা নুংতিগী মিনিষ্টরগীদনি হায়হুনা চংলি।"

তামোনা হায়রকই— "মেট্রিক অনি অহুম্নক থাখিবনি পাস তৌগ্রবরা খঙদে। চহী অমা অনিগী মমাঙ ফাওবদদি এল, পি স্কুলগী মাদর ওইরম্বনি হৌজিক্তি মিনিষ্টরগা মী ওইরবনিনা ওবা ওইরম্বা য়ারে"।

ঐনা পানা মতপ অমা তামোদা লাল্লহুনা হংই— "অহুবু তামো মসিবু মৌরা লৈশাবীরা?"

তামো নোকফেং তৌই। হায়রকই—"ময়ুমদি থা মরী মঙা পাল্লরে। মাগী মপা অহু কয়া মথোং চারমদহুনা হল্লকুনা লৈরবনি। মরম কনা ওকপনি। মরাইবক থিহুনা তৌবনি। মাগী মরমদা থোইদোকপা কাতু-কারন তৌবগী রা হাদে।

"তামোদি মাগী মরমদা য়াম্না কুপ্না খঙবিরিনে।"

"হেরা খঙবা হায়ববু কৈনো, মাগী মচেহ্ লুহোংবদা ঐথোর বর পার্টিদা য়াওরিবনি। মিনিষ্টর সাহেবসি ঐথোর কলেজদা ক্লাস অমতদা তম্মিন্নরকপনি। য়াম্না লুনা তিমরকপনি। মিনিষ্টর ওইরবা তুংদস্থ ঐবু চা থকলো হায়না উরবা খুদিংগী হায়রিবনি। ঐহাক্তনা মিনিষ্টরগীদা পঙচঙ চঙবসি পামদহুনা চংলুদবগী রানি।"

পানা লৈবা মী অমা অনি লাকপদগী রারী অসি মতাং অসিদা

মুঙাইভবদগী ঙাউচংনহুনা লৈরে। মাগী মথাদা লাকপা সেকেণ্ড লিউটেনেন্দা "পাস তৌবা অঙাংদি মেদিকেলগী সিট লৈবা ঙম্বনিনা ভাক্তর ভর্মথপ্রে। সিট অসিগীদমক লুপা লিশিং কুন্দ্রোম তিংই হায়নৈ। "ঐনা হায়খ্রিবা বা ময়াম অসি তারগী মিনিষ্টরগী মনাও নুপী ইবেম্মচ শাওরকত্রা হায়না ঐহাক হায়কৈং হঙ্গোইক্লরে, অহুবু মহাক নোকমী নোকমী অহুম ভারম্মি। তাঙ্গা অসিদা পানা মতম অমা নিংথিনা ভপ্পগা লানৈশিল্লে। ঐনা নোককৈং তৌনা হায়—"মসিমদি ঐনা অস্থম লাঙ্গবনি মমল ককা লৌজরোই।"

মানা নোকমী নোকমী তৌনা হায়রকই— "ইয়েংঙে মন্ত্রীগী মরী মতানা শেলদা নত্তনা পানা ফাওবা চাপ্রে ককা হায়রকুননে..."।! খবরদা ককা ইরক্লবদি মাঙলেদো।

ঐহাক ইকাইরপ তৌই নাথৌঙ হায়কৈং শাই। তাঙ্গা অসিদা মানা মথা তাথরকই— শেলগী রাফমসি মন্ত্রী, ওফিসারশিং অসিনা পীয়ু পীয়ু হায়বগী ঙাক নংত্রি। হৰ্কি পাম্বশিং অসিনা শেল পীগে হায়বসিনা মইহ মহৈ হিদায়বচ্ মঙাই হোৎচিন্নরক্লিবা। মসিদদি শেল চাগে খল্লমদবা মীস্থ শেল চাবা হৈনথংলক্লে। অমুক্তংবু হৌগ্র-বদি, রাম্না থুনা হৈনবা ওইরকই। মীওইবনা লৈখোম থৌক্রপ্রা লম্বীদা রাম্না হৈ-শিংনা চংলম্মি। অহুবু অমুক্তং লৈখোম ভোংপা হৌগ্রবদি চিংনবা লৈতনা লৈখোম মরক্তা চংপা হৌরকই। রাফম অমনা হৌজিকী ইলেক্সন হায়বসে শেল রাম্না চঙইদা ঐথোয়গী মন্ত্রীস্থ ইলেক্সন্দা লাখ অনিরোম চঙই। মন্ত্রী ওইনবা হৌংনবদস্থ মহুগুর্গী অমা অহুম চঙই। অসিগী মথক্তা কথংগী ইলেক্সন হায়বা অমস্থ অমুক লৈরিদো।

নোংমা নুমিদাংবাইরম অমা কারি অমা ঐগী পান ছুকান মমাংদা থারে। মনুংদা নুপী অসি তোংলি। অমদি ঐগা থা থঙ্গী মমাঙদগী হৌনা থঙনরক্লবী মন্ত্রীগী মনাওনুপী অহুনি। মহাক কায়

দগী ক্রুমথরক্লগা পানা মতপ থরা লৌখি। মানা তক্লিং তক্লিংবা শাগ্নহুনা মসিমস্তু হায়রম্মি। ঐখোয়গী থুরা অমা য়ান্না কম্না ওয়ম্ব্রে হায়হুনা হংরা চংলুরিবনি। গাড়ীদা ঐখোয়গী ইচেম্মস্তু কমলি। মখোয়গী মচেহুনা গারী মুন্নংদগী ঐঙোন্নোম্নদা য়াম্না মুম্না য়েংই। ঐস্তু ওসিদি থরা ইকাই হঙ্গোইবগুম ইপা পাখংপগুম তৌই। পান্না ত্রোরবা ভুংদা গারী অহু থোক্লে। ঐহাক ঙাইহাক গাড়ীরোম্মদা য়েংহুনা লৈহৌই।

ঐনা পান হুকান কয়রকপসি, থা মঙা তুরুকলোম ক্কাক্তিল্লক্রে। ঐগী হুকান ভারা, চাবা-শেংপা পুম্নমক্ অসি কায়থোকপ্রগা থরা থরা লেপ্লহু বেক্কতা লুপা লিশিং অমরোম তুংশিন্নরে। লিশিং মরিক্মঙা-দংক্লবদি এখোয়া কেরানীরা থরক মচা অমত্থদি লৈগে হায়বগী মখালো ঐহাক কয়া তৌরম্মি। মরক অসিদা খবরগী ব্রান্টেদ কলমদি অক্লম পারম্মি। করিগুম্বদা ইন্টর্ভিউস্তু মন্নাওরম্মি।

নোংমা মুমিদাং রাইরম অমা মিনিষ্টরগী মনাওমুপী চিক্রানা মী হাংবা তাঙ্গা য়েংল্লগা পানা লৈবা শানা ঐঙোন্দা হায়রম্মি—"হয়েংসি ঐখোয়গী মস্ত্রীগীদা মুমিদাংরাইরম ঙাইহাক্তং লেঙঙ্সি। মতা চাবা থবক অমা লৈরে। ঐখোয়গী ইচেগস্তু রাগী অমুক্তা শানবীয়ু।"

ঐনা শোল্লাংননা খুমখি—ঐনা তুংশিন্নরিবদি লিশিং অমরোম তম্মক মঙাইরি। মসিনদি থবক কংবা ওইখোকখিরোই।

চিক্রান্না নোক্লহুনা হায়রকই—ঐখোয়গী তাম্মোগীসি থবক লৈবগী ভাবতদা মরৈরি। করিগুম্বা তান চাক্লুক্লগদি পোং অসি লেয়া নক্লগা থোঙনা কংবস্তু মন্নাওবনিদা। অতাম চাবগা ঐখোয়স্তু পাংবা য়াবা মতাংদা নেরা অক্লম মপাঙ্গনিদা।

মথংগী মুমিংকী মুমিদাং রাইরমদা ঐ ফিরোল নান্না শেঙ্গু-না কামাসিদা কমহুনা লৈরে। পানা মতপ থরস্তু য়োমহুনা হুরিং

খাউদা হাপচিল্লি।

কার্মাসীগী তামোনবু হংলকই- "ঙসিদি ঙন্তোনা কদায়দা চংকদৌরি হূকানকা থোঙ হাংদবমখে?"

"তামো ঙসিদি মিনিষ্টরগীদা ঙাইহাক্তং চংলুবা তাদ্রি"।

"ঙ শোয়ন্ত্রে শোয়ন্ত্রে হন্দক্তি থবক কংউ, নচাক নন্না কংউ, ইমুংদা জীব পানবা চঙঙু হায়বা মতাং থোক্লিকো। শার্মু ময়ানা থিন্দোলক্লবদা মঙ্গে থেঙ্গনা য়ৈশিনবা য়াবা নত্তে। ইনাওগী দশা লাংকম য়াম্না ফয়্রি। মাইবী পাঙ্গীদা চংলুবগী থোইনা কায়দে।"

অস্থুম্না য়ারী শারিঙৈদা চিত্রা রিক্সা অমা তোংলহনা কার্মাসী মমাঙদা য়োরকই ঐস্থু হান্না থোরাং তৌহনা লৈরবনিনা রিক্সা মনাক তান্না অহুম চঙশিল্লে। মানা হায়রকই— "রিক্সোসিদা অস্থুম হেক্তা লেঙলসি। কুইনা ঙাইবিরম্লগনি ঐহাক থরস্থু থেঙদোকপ্রে"।

ঐখোয় অনি রিক্সা অহুদা তোংখিমহনা মিনিষ্টরগী কাটর য়ৌনবা চংখিমরে। নৌনা খঙনবা পুন্সীদা থোইনা তোংন তিম্র-রক্তবা মৌ নহা অমগা রিক্সা অমতদা তোংখিমহনা চংপা অসিদা ঐহাক থরা ইকাই হঙ্গোইঙুমস্থু তৌরম্মি। মাগী য়াম্না চীং লেম্বা শক্তম অহুনা ঐগী পুক্লিং শুক্সংখিদবস্থু নত্তে। মুথাকী মপান্থোম মরেংজুমগা থেংনবা খুদিংদা ঐহাক খ্যাই খ্যাই লাউবঙমস্থু তৌরম্মি। থল্লকই - মন্ত্রীগী কাটর অসি থরা য়াম্না লাপ্তুনা রিক্সা অসিদা থরা কুইনা তোংখিম্নরবদি......।

মন্ত্রীগী গেট য়োবগা রিক্সাদগী মানা হান্না কন চোংথখি। ঐনা ফুরিং খাউদগী শেল লৌখোকপা হোংনরিঙৈদা মানা পৈশা পীখিবনা হাল্লি। অস্থুম্না ঐখোয় অনি কাটরদা চঙলে। রাইচীং রুমদা মী থরস্থু ফম্লম্মি। ঐখোয় মহুদা চঙলুবা তৌদনা অতোপ্পা কা অমদা চঙহনা ফম্রে। চিত্রাদি য়োবগা চা-স্থং লোনবা থোংপা ইমুংগী থবক ইংখাংদা অহুম চঙগ্রে। কমহৌরিবদি মচে ইবেম্মা,

মন্ত্রীগী মুপীগা ঐগা ঐখোয় অনিতনি। রারী কনা মাক্না গারে। রা অমাম্বদি মচে ইবেম্মনা ঙাওবনি। ঐদি মুপ্পগী তারদনি। রারীগী হৌরুদগী লোইবা ফাওবা চিত্রাগী মরম ওকপা, হৈ-শিংবা, ওবা ওইদুনা তলপ চারিবা, মরমাই লুপা ঙিশিং অস্তুক লৈরবা অস্নিনচিংবা........। শান্নিবা রারীগী ফল করি তাঙ্গিংলিবনো হায়রদু ঐ ফাব ঙাম্রস্নি। য়ৈম্মংদা চিত্রা চা পুদুনা থোক্লে। মানা হংলকই "ইচে থবক্কী রাদু করম্ তৌরে"?

মচেনা খুম্মি - "নখোইগী নতে ইবুঙোনদি সবষ্টীট্যুট ওইনা তৌ হায়রি"।

"মাদে মাদে পার্মিনেন্ট পোস্টতু পীমু। নখোয়না মীগী শেল কয়া লোশিল্লুরে। শেল পাক্না হায়মু পীনি"। রা অসি ফাবদা ঐদি থাই লাউগ্রে। ঙিশিং মঙা তরাগী শেনকম ওইগদৌরিবনি। অদুবু চিত্রানা মথা হাখরকই - ঙিশিং মঙা ওইরবসু তরা ওইরবসু ঐনা পীনি। পার্মিনেন্ট পোস্টতু পীদবা মাদে।"

মুমিং অদু মন্ত্রীদি উরবা কংলক্লে অদুমকপু হায়গদবা রা পুম্নমক্কি মন্ত্রীগী নুপীদা লোইনা হায়রম্লে। হল্লকপদম্ব চিত্রাগা লোংমিন্নদুনা হল্লকই। মচানা হায় - "ভাবো নোংমাইজিং মুমিংসি সিনেমা য়েংসিনা ঐদি সিনেমা য়েংদবা কুইরেবু।"

ঐনা খুম্মি - "কৈ য়েংসি কৈদোবগে। ঐম্ম পান ছকান হেক কমখিবদগী সিনেমা য়েংলক্রবনি।

"অদু ঙসিম্মু ছকান লেপ্লে, মরেং নোংমাইজিং মুমিংম্মু লেপ্পবদি মুমিং নিনিগী শেন্দোংদি মাঙলেদো।"

"ইবেম্মনা থবকপু কংহনবিগনি হায়রবদি ছকানদি ঙসিমক থোক্লবম্মু য়ারবনি।"

চিত্রানা পোঙলপ্না হায়রকই - "ঐনা নোম্বা থবক পঙ্গথোম্ম শোম্মসে। মতাং চাদনা মীতা য়েংদনা পঙনোমম্মু নোমদে। শোয়রোক

দোৱা ডাক য়েংনা হোৎনৈ। থবক কাপ্পা খুদিংগী পার্সেন্টেজ খর খরম্ব রুংই। ঐগী তলপতগীনে, পার্সেন্টেজ খর খর কংবনে পুন্না লুপা লিশিং তরায়োমদি বেক্তা অমা তৌজরে। ঐদি স্কুটরগুম অমা নৈথোক্লসিন্না থল্লিবনি। মখোয়গী লুনা হায়বসি ঐদি পামজখিদ্রে। লুনাদা গী অমি ভোংহনা চৎপসে য়েংবদা ওন্থোক্লা নুডাইতে। শামুগী মপোং ইরোইদা খোনবা হেক মাল্লদনা।

থা কয়া হৌখ্রে। সীনেমা প্রোগ্রাম, চা থকপগী প্রোগ্রাম. মিটীংগী প্রোগ্রাম কয়া চৎখ্রে। মিনিষ্টরগা কয়ারক উখ্রে। আশা দি য়ায়াপী অহুবু থবক্তি ইওই ওইদে। ঐসি পুরানা মিনিস্টরগী ইমুংগী মী ওইশিনখ্রে। ঐহাক চৎখিবদা গেট পুন্নিবা সিকাইনা থিংবা লাকপা তৌখিদ্রে। অসি পুন্নমকসিগী মথক্তা নোংমগী চিত্রাগা উন্নহৌদব অসিস্থ ঐগোন্দা অরাবা অমা ওইরক্লে। তিন্নরিবা সঙ্গ অমম্বুং পাংথোক্লিবা প্রোগ্রাম ময়াম অসিনা ঐহাক পান দুকান কপা অসি হক্লোইবা পোল্লক্লে। মরক অসিদা ওন্থোকপা থৌদোক অমা থোক্লে। থোইনা নাথা য়েৎপা তৌরমদনা ইমা শিখ্রে। তৌব- গীদি ব্লদ প্রেসরগী লাইনা অমদি মহৌশাদগী চৈ.বনি। মসিমক্তা মরম ওইহনা নোংমা ইথঙ্ক থগ্নহৌদনা ইমা নৈশিদবনি। ডাক্তরগা মত.মতুং ইমা ব্রেন পুবা শিংলি অমা কায়বনি। ইমাগী শোরাং লোইখ্রে। শোরাংকীদমক পোংন্নেং ওইনা মিনিস্টরনা লিশিং অমা চিত্রানা চামডা পীরকখি। শোরাংতম্ভ মিনিস্টর লাকপিহনা ঐগী মাঙ্গ ওইজখি। ঐদি মিনিস্টরগী ভোটর অমম্ব ওইদে। মাগী মাগী কোনষ্টীট্যুএন্সদি মিনিস্টরশিংসি অশিবা হংবা য়ায়া চংলি। শোরাং লুহোংবনচিংবদা পালাদা পৈশা থাবা চত্তই। ঐগীদা লেং- বিক্লকপসিদি ভুশেংবা মরুপজ মরুপ হায়বহনি হায়না নৈবাকনা হায়নৈ।

মিনিস্টরগীদা ভোয়না চংপা. মিটিং কয়া য়াওবা, চিত্রাগী

সিনেমা প্রোগ্রাম ময়াম অসিনা ঐগী পান চুকান থোঙ য়াম্না ভোয়না লোয়ে। মসিনা মরম ওইহনা ঐগী ইমুংগী শেলগী ফিভমসি য়াম্না শোকচিল্লক্লে। ইমা লৈখিদবগী ইমুংগী অচৌবা অহোবা অমম্সুং অরাবা অমগা লৈবনে। পুম্নমক অসিনা মরম ওইহনা ঐহাক চুকান চাং নাইনা থোঙ হাংবা অমুক হৌরে। চিত্রাম্সু মহৌশাগুম পানদি লৌবা লাকই অহুবু ঐগী ইমা লৈখিদবগী অরাবা, মুংশুক মুংজানবা অহু উহনা রা য়াম্না ঙাওলমদে, কাগী ভৌবা রা ঙাওদে। পানা লৌরগা মাগী পীগদবা পৈশা পীরম্লগা ভুমিন্না চংখি। ঐগী ওইরিবা ফিভম অসিদা মহাকম্সু মুঙাইতনা উই।

হন্দক মরক অসি চিত্রা কয়া তোয়না লাক্লে। ঐ মওন মওন খল্লি চিত্রাগা ঐগা য়াম্না নকশিন্নবা মরী অমা লৈরম্বহু লাপথোক্লবা হৌরবরা? করিগীনো হায়কম খঙদবা চৈনাখোল অমা ঐগী থম্মোইদা কাওরিবা? মসি মুংশি মুংওনগী থম্মোইগী মরী হায়বহু ওইবা তায়। মহাক মশক মতৌ করিম্সু রাত্তে, লাইরিকম্সু খরদি মহৈক্তে, থবকম্সু মচা অমা তৌহনা ভলপ খরা খরা মচাঙ্গরি। মচেনা মন্নাগী মুপী ওইরিবনিনা মাগী মপাল কবা মতম হায়বহু মওইরি। ঐদি লাইরবা পান চুকান কমহনা ইমুংগী ইচনশিং-ইনাওশিং থাকপা অমম্সুং শেন্না হোংনরিবা নোংমগী চরা তাল্লিবা। নোংমা চুকান থোঙ হাংহৌদবদা চুকান্দগী চেঙ শোংপা ভাবা। অমরোমদা মরাইবক থিবা হায়বহুনি, চিত্রা নোংমা নিনি মযুম পান্নুরে। ঐনা য়ুনিভর্সিটীগী গ্রেজুয়েট, কৈবাক ও সিদদি ওসি বি, এ মগীদি চন্নুনা হেন্না ভাঙলে হায়নরবনি। ঐনা য়াম্না চিংনবদি চিত্রানা ঐগী থবকী আশা পীরম্বহু পাঙথোকপা ঙমদবা অহুদা ইকাইহনা তৌগ্রবরা নংত্রগা নহা ওইবগী পুন্সীনিনা মাগী পুক্লিংদা অহেংবা অমা লাকগ্রবরা? রাহং অসিগী পাউখুম থক কংবা ওন্নমদে।

ঐহাক নোংমদি দুকান থোঙ খবা ভুম্বা লোমলগা মত্রাগী কাটরদা চংলে। মহৌশা পুবা সত্রী অহু লৈরমদহুনা গেটতা ফনা কুইনা লেপ্লা তাখি। মমৈথংদা মত্রীগী চপ্রাসী অহু থোক্লকপদা মানা হায়নবিহুনা ঐহাক উচিন-নাচিন্না মন্নুং চঙলে। মন্ত্রীগী মুপীনা ঐ উবদা মহৌশাগুম তরাম তরাম তৌবী। হায়রকই— "হন্দক্তি য়াম্না শাংনা উগখিস্রে। ইমা লৈখিদবনে কৃষিনে মুসন্থু থাদোকপা কয়া য়ারম্নরোই"।

অশিংবা মুপীনিনা ঐহাক ইকাইখিনি খন্নুনা ঐঙী পান দুকানগী রাদি হোদোক্লক্তে। ঐহাক চিত্রাগী মরমদা য়াম্না হং-নিংলম্মি অবুবু হঙ্গোইহুনা হেক হংবা ঙম্মদে। তাঙ্গা অসিদা চিত্রাগী মচেবেম্মনা হায়রকই— "য়েংঙোই ঐখোয়গী চিত্রাস্থু লাকখিত্রে। নোংমা ইবুঙোগী থবক্তী রাফমদা য়াম্না শাউরম্মি। ঐখোয়গী মন্ত্রীদস্থু য়াম্না কম্না হায়রম্মি। ঐঙোন্দনা লুপা লিশিং কয়া পাম্নগে হংলম্মি। মুমিং অহুদগী ঙসি ফাওবা লাকত্রি। চপ্রাসী থাহুনা পাউ লৌহল্লবনি থোইনা নাবা য়েকপদি নত্তে। ইবুঙোগী থবক্তা রাফমসে ঐখোয়না হেম্না মুঙাইত্রবনি। তান অমা ইচা চাদে। সবষ্টীটুট পোষ্টতি য়াম্না লৈ। ঐখোয়না পার্মানেন্ট পোষ্টতা হাপ-নিংহুনা তৌবনি।"

চা থক্লা থক্লা পুম্নমক অসি হারবা তুংদা ঐহাক হল্লক্লে। হায়হৌবা হায়ববু— "ইবুঙো। মরক মরক্তা থর থরম্থু অহুম মরেংথোক্লকউ। ঐখোয়গী মন্ত্রীগা থবা তৌয়না উম্নবা, হায়জিনবা দরকার ওই। থবক পীয়ু হায়রম্লিনবে য়াম্মনগ্রন্দনবে। ঐঙদি ইকে-ন্সা থবক নোমপ্রিরনি, হা ঐখোয়দি ভোটবনি, মী থাইনা পীন-বহু ঐখোয়স্থ পীগনি। লুপা অম্নিনা লিম্নিং তরা, তরায়ঙামিদি নমদনা থনম্নগা চংখি। থনমগম্থু ককা হায়বা য়ারা পোং নত্তে। শেলসে মখোয়না নম নমহুনা পীরবা, লৌরোই হায়বস্থু য়াদরা। মীনা মরোল অমা মম্না শেল চায়ে, মন্ত্রী শেল চারে রা রা লাউরিরা।

থৌংজিন্দুনি ঐখোয়গীস্থ ইলেক্সন হায়বা অমা লৈরিবনিনা। হন্দক ভৌখিবা মীখল ওহু পুম্না লাখ অহুমলোম চঙজিল্লিবনি।"

চিত্রাগী মচেগী য়াশিং অমি তারগা ঐগী চিংনবা পুম্বমি কাক্লে, অহুমকপু মাগা উম্নবা ফংদবসি ঐঙোন্দা খাঙঙমদবা অবাবা অমা ওইরে। ঐনস্থ মহাকপু চংতুনা উম্নরুক্কমস্থ থোকই হায়বসি ঐহাক খল্লম্মি। ঐহাক নোংমা মানা ওঝা ওইরিবা এল, পি, স্কুল অমুদা চংতুনা উম্নরুই। য়াচং-য়ানোম্বা মী কয়া মাগা উম্নবা য়াম্না ভোয়না লাক্লিবনি। মাগীদি মহৌশা মহৌশানি অহুবু ঐতনা ইকাই-খুম কবিখুম ভৌরম্মি। মসি পুক্লিং মাঙবা হায়গদ্রা, মুংশি মুঙোনগী অচেংপা লীপুলননি হায়গদ্রা ঐহাক হায়কম খঙলমদে।

থা খরগী তুংদা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী পান দুকান মমাঙদা চিত্রা লেপ্লরে। মতমহু মী অতৈস্থ পানা চুকই লৈবা তান থোক্লুনা মহাক ঙাইহাক মতাই ওইরপ্পা থৈদোক্লুনা লৈরম্মি। মী হেক হাঙবগা ঐনা কৌবা নংত্রিঙৈদা মানা হান্না হায়রকই "ঙসিদি মুঙাইবা পাউ অমা পুরকই পানা মতপ অমনা চিন পৈ ককা হায়বহু খাইনগী য়ানি হৌভিক মহু চংনত্রবনি। পানা মতপ অমনা চিন পৈথু ককা হায়বা য়াদ্রে। পানাগী মথক্তা সীনেমা প্রোগ্রামস্থ হাপ্পা ভারি।"

"ঐগী লাইবক মতা অসিদা করি মুঙাইববু ফংগনি হায়-বগে। ঐখোয়গী লাইবক মতাসে লোটরী ফাওবা লাইবক জাং নত্তে।" অস্থুম্না ঐনা খুম্মি। চিত্রানা মাগী হেন্দবেগভগী ইনভেল-লপ অশাংবা অমা পুথোক্লুনা হায়রকই— "কাম্নদে দুকান থোঙ লোনশিল্লো। ঙসিদি সীনেমা য়েংদবা ভপম্না য়াদে। ঐ সীনেমা য়েংদবা থা অহুম, মরি ফারবনি।"

ঐনা খুং ভনিক ভনিক্লা ইনভেলপ অহু হাংদোক্লগা মম্নুংদগী চে অহু পারম্মি। অওইবমক মুঙাইবা পাউনি। ঐগী এপোইনমেন্ট লেটরনি। ইম্ফালগী হাইস্কুল অমদা গ্রেজুয়েট পোষ্টতা এপোইন্ট

তৌরক্লে। ঐনা হায় — "পানা মতপ অমতংদি চাখিসিদনা···· ।"

"হোয়নে পানাহ্ন তপলোনে । সীনেমা মতম শোয়গ্রনি হায়বা............ ।"

"অহ্নবু সীনেমাহ্ন হয়েং ময়েংলসি। ঙসি য়ুমদা ফিরোল অমুক হোংঙ্বদা নংহৌররোই। মুমিদাংগী শো তাথোকগ্রনি ।"

"মুমিদাং খঙদে, নোংখাই খঙদে, ঐ ঙসিদি সীনেমা য়েংদবা শুকয়া য়াদে হায়রিবস্নিনি। দুকান থোঙ লোক্লো, চৎলোসে ঐ স্নুম ঙাইরমগে।"

ঐ দুকান থোঙ লোনশিল্লে। সাইকল থৌহ্ননা য়ুমফাও চৎপসি ঐ মঙদা চৎপহ্ন মঙাইখ্রে। পুন্সীদা তলব চাবা থবক অমা কংগনি হায়বা আশা লৈখিত্রবনি। মুমিৎ অহ্ন সিনেমা লোইরকপদা মুমিদাং পুং মাপললোম তাথোকগ্রে। ঐনা হংই য়ুম কাওবা চৎপদি ওইথোক্লরোই মন্নীগী কাটরদা ওইনা খিল্লগে ?"

মানা হায়রকই — "হুম ! অমুক থেংলবদবু সন্নীদা গেট হাংউ ককা হায়বা ঐ ইকাইজে।"

"অহ্নদি কয়ম তৌনি। মতমগা ফত্তবা অসিদা নখোয়গী য়ুমফাওবা চৎপা য়াবস্নু নংতা ........ ।"

"খঙদে কদায়দনো অমা চৎসি.... .... .... ।"

ঐ শাইকল তোংখৎলে। মাস্নু কেরিয়ারদা ফম্লে। ঐহাক শাইকল তপ্না তপ্না থৌরম্মি। খনখি কদায়দনো ঐনা হৌজিক চৎকদবা ? ঐখোয় অনিমক বা অগতা ঙাঙলমদে ঐস্নু তুমিন্না থৌই, মাস্নু তুমিন্না কম্মি। ঙাইহাক থৌরবা তুংদা ঐনা অচিকপা থুগায়রহ্ননা হায়রম্মি "চিত্রা ! ঐখোয় অনিগীসিবু মখোয়গী চেনবা হায়বহ্নরাও ?"

মানা ইপা পাখংনা খুল্লকই — "হায়মা ! করি হায়বা ? চেনবা ... .... ইস। হৌজিকপো ? হুম ! ঐখঙদে ... .... ।

---

# থিঙোলদা চাংলোকবা শুখিল্লা

কমলা দেবা নাসিং হোম কমুং তরা য়োমদা থাবা পীরুবা লমাই হোস্পিতাল অমনি। মসি ডাক্তর হেমচন্দ্রনা লৈখিত্রবী মমা ইবেম্মা কমলা দেবীগী মিংদা লিংখৎখিবনি। পূকচেল চাউরবা ডাক্তর অসিনা মাগী লৈজবা সম্পত্তি পুম্নমক হোসপিতাল অসিদা কং-থোকখি। সম্পত্তিদা নত্তনা মশাগী লৈজবা লাইয়েংবগী বিদ্যা অমসুং পুন্সী পুম্বম্বু লাইয়েংশঙ অসিদা কৎলিবনি। ঙসিগী চরাংনরবা চমম্নরবা, মশাগী ওইজ তানবনা হৌ হৌ চোংলবা সমাজ অসিদা ত্যাগকী মূর্তি ওইনা লমদম অসিদা লৈরি ডাক্তর হেমচন্দ্র। মাগী হোস্পিতালগী শঙ অসিমক অশেঙবগী শক্তম অমনি।

লৈবাক অসিদা ওইজ তানবগী অচৌক অচৌকপা থৌদোক কয়া কয়া থোক্লি। লৈবাক্কা আশা চাউন' ঙক্তখিবা গান্ধী স্মারক ভবন শাবা লোইদনা নিংথায়রহনা তাখি। গান্ধীজীগী মূর্তি লৈবাক্কা শারগা থাজুনা শাবনি হারনা শেল লৌথোকখি। শহীদ মীনায়গী মথক্তা লন্‌ত্রিবা শা, থা অমগী মনুংদা পুম্নমু মুশিল্লকখি। কয়বা থাজুনা শাবনো হায়রবা তমলে। লৈবাক অসিগী কংকম থোকপা তিজবগী রাক্তা লম অদি য়ৌরক্তনা মন্ত্রীগা এজেন্টকা যান্নহনা মপাঙ্গা য়োন-থাক্লম্মি। বিলায়াতি, চেঙ, চীনী পূরুমকী বাফমম্বু অসিমত্তাই। রাকবা মখলগী বনবীশিং, লুপা লাখ কয়াগী লৈখি। বনবীশিং

অস্রি লমদম অসি য়োৌরকপদ্না শংস্নোম শেক স্নম্বা মথায় অনি থোকপী ওনখি। লুপা লাখ কম্নাগী [illegible] মথলগী লক্লু চার লৈখি তাই। য়ুমথোং খুদিংদা চীংমাই খুদিংদা লক্লুনা পীক খল্লগত্রা অহুব্ব কৈথেলদা লকোই লউ কয়া পুথোক্রক্লবগে ? খবক শুকস্নু খুদল্লা ঠিকাদ্রার ওফিস্রার ম্রস্নাম মায়হুনা লৌথোকখিবা লস্বী শেন্নগী আকাশ বিল লুপা লাখ কম্নারোম্নি। আকাশ বিলদি কায়থোক্লুন্না ঠিকাদার, ওফিসার অমস্নুং মন্ত্রীশিংগী ফুরাৎখাউদা চঙব্রে, প্রজা-শিংদি লৈখোম মরক্তা মহৌশাগুম অহুম চংলি। লাইরিক লাইও হৈরবা নহা কম্নানা খবক লৈনরি লুপা লিশিং ১০, ১৫, ২০ অমস্নুং ৩০ দা। মহু লৈবা ঙমদবা নহাশিংনা ককডাউনহনা লৈরি লম্বীদা লমখাঙল্লা। তাহুনা লৈরি বি, এ অমস্নুং এম, এ কয়া কয়া। কনি অমুক হায়গনি মীওইবগী পুন্সী কয়িঙাই অমস্নুং অরাবা কোক্লিঙাই ওইরিবা হোস্পিতালদা ফাওবা ময়ুমদা শেন থিল্লত্রিবমখৈ ওপরেশন তৌরিদে, ন্নিংথিনা লাইয়েংবিদে। অনাবশিংগী হিদাক কাপ্পবা অমস্নুং চানবা ফার্মাসিশিংদা লোম্না য়োস্নোকই। লাইরবা অনংবা কংানা হিদাক লৈবা ঙমদহুনা অশিবগী খয়াংতা তারি।

ফমুং ওয়াখক্তং থাবা ডাক্তর হেমচন্দ্রগী নর্সিং হোম অসি কিরিগুম্নদা থক হাঙনা লৈত্রে। রাইটিং লিষ্টতা অনাবা কয়া ফমুং কংদহনা লৈরি। লাইয়েংবা লোইরগা অনাবশিংগী মাইকৈদগী মস্তিক্লবা লৈতন্না অঙম্বা দান্ন তৌরম্নি! মহু ডাক্তরনা হরাউ হরাউ-না লৌহৌই। লাইরবশিংন্না মথুং লোম্নহুনা খুক্লম্নগা ঐথোয়দি ডাক্তর সাহেবকী লম্নলগী পোংলুম অম্না পুহনা হক্লয়বনি হায়বা মতাগুম নোম্নুক্লা হনখি। মহুদস্নু ডাক্তর হেম্রচন্দ্রনা য়াম্না হরাউনা অমস্নুং খয়াই পেম্না অহুম লৈহৌই। কৎথোক্লপা অমস্নুং সেবানা মাগী পুন্সীগী লাইনিং ওইরবা মী অমগী মফমদদি পীরস্না অমস্নুং পীরমদ্রবা থাগুংপা অমস্নুং চৈবা পুম্নমক অক্লানি। লাইরবা অনাবশিং

অসিগী পুক্লিংদা নিংহন্নখিদনকা ডাক্তরনা মোমোন মোক্লহনা হায়্গ-খ্রকই—"মরক মরক্তা হেক হেক লাক্লুনা ঐ অমস্তুং ঐগী এসিষ্টেণ্ট শিংদগী লৌকা য়াবা পাউত্তাকস্তু লৌরো।

ডাক্তর হেমচন্দ্রগী নর্সিং হোম অসিদা মাগী মখাদা ডাক্তর কম্পাউণ্ডর অমস্তুং নস খরা লৈ। মখোয় অসি অয়াম্বনা সরকারগী থবক্তগী পোংথারক্লবা পেন্সনারনা অয়াম্বনি। মখোয়দস্তু সেবাগী ভাব নিংথিনা লৈ। মরম অসিননি। নর্সিং হোম অসিগী মিংচং নোংমা নোংমগী হেনগংলক্লিবা।

★ ★ ★

ঙসি নিঙোল চাকৌবা নুমিৎনি। পীক্লবা হোসপিতাল অসি ঙসিদি য়াম্না চীকই। ডাক্তর, নর্স, কম্পাউণ্ডর পুন্সা মাগী মাগী ময়ুম-দা নিঙোল চাকৌবগী থবক্তা পুক্লিং চঙনখ্রে। কনানা মচা মগুশিং চাবা লাকনি হায়বগী থৌরাং তৌরি। কনানা চাবা চংকদবগী থৌরাং তৌরি। নুমিৎ অসিদি চাক কৌরিবা অমস্তুং চাবা চংলিবা অনিমক মহৈ মহৈ চিন্নবা ঙাকনি। ডাক্তর হেমচন্দ্রনা মাগী হোস্পিতালগী কাশিং অহু চঙহনা অনাবশিং য়েংলবা ভুংদা মাগী হোস্পিতালগী কম্পাউণ্ডদা লৈরিবা পীক্লবা লৈকোল মচা অহুদা চৌকী অমদা ভুমিন্না ফমথখ্রে। মতম অসি নুমিদাং রাইরম ওইরে। লম্বী পুম্বা অসি নিঙোল চাকৌবা চংলুবা ময়াম হল্লকপগী জীপ, কার, স্কুটর, অমস্তুং রিক্সা পুন্নমক অসিগী খোঙ্গেলনা পুম্নিন নিল্লি। লৈবাক অসিগী মৌনহ লৈশাবী পুম্বনা মাগী মাগী লৈজ লৈজবা শেংলহনা মাইথোং মকা লাম্না লাম্না ময়ুম মাইকৈ পাংনরক্লি। মৈতৈদি মহৌশানা লাইরজরবস্তু শেংতোক চংথোক্লকপদা তক্ক তনানবনি। লৈবাকী ওইবা কুম্মৈ ফিয়োং থোক্লকপদা কনানা ইনাক খুনবনো কনানা অনংবনো হায়বা খায়দোকপা ফনা লুবা লৈবাক্লি। ভারতকী মফম অতেদা মীয়াম তিল্লকপদা লাইর-অনংবসি তোঙানা হেক্তা তাই অহুবু লৈবাক

অসিদদি মহ্ নত্তে। নিঙোল চাক্কৌবা মুমিৎকী লম্বীগী দৃশ্য অসি উরবা মীনা লৈবাক অসিবু শেল-থুমগী ফিভম ফত্তে কনানা হায়বা ভমগনি।

"হেমো! মচনগা নংগতা লাক্লবদি কৈদোরে। ইমাদি লাক্ল-রোইদ্রাও?" হেমচন্দ্রগী মন্দোলশিংগী মরক্তগী অমনা হংলকই। হেমচন্দ্রগী মমা মন্দোলশিংসি মঙানি। অমনা অমুক হংলকই—ইবুঙো "নমাবু মশা ভমদবরনে?" হেমচন্দ্রনা খুম্মি—"করিম্তু তৌদে ফনেক লোম্দুনা লৈহৌই। হেমোগী মন্দোমচা অতোম্বীহুনা শাউনা হায়রকই" তৌরমগনি মাগী থবক অসি শূপ্রবনি। ভাইহাক্তং পোৎথাবা ককা লৈতবনি। ফনেক লোনগনি, ফি শাগনি, কাম্থ তুগনি। থবক হেক শুমম্জননে মশা অহ্ শোক্লবনি। হেমোগী মমাবোক, নিঙোলশিংগী মরক্তা খ্বাইগী অহলনি হায়রকই—"খঙ-দেদা ইবেম্মখোয়! মখোয়গী মপানি হায়হুনা তৌবা শাবিহুনা মফিদা নাম্দুনা পংচংতা চংতুনা লৈ। ইবেম্মখোয় নচেসি রাদৌরি। নখোয়গী নচেনি হায়হুনা তৌশারিসে নিঙোল চাক্কৌবা হায়বসি চহী অমদা অমুক্তা থোকপা, মসিদা ময়াম রা রা নোক্তুনা চামিন্নবা হায়বসি কয়াদা মুঙাইবনো হায়বা।"

মমাগী মচিন-মনাও পুম্বা তিল্লে। মখোয়গী মচা-মশুনা কোকথোং অমা, ময়াম অসিগী মরক্তা হেমচন্দ্রগা মচনগা অনিদং য়াওবসি মমা য়াওদবা অসিদা তুশোন-মানশোন্নবশুম তৌরম্মি। অঙাং ওইবগী পুক্লিংনা মমাবু রারৌরম্মি। কুম অমদি হেমচন্দ্রগী মচন মুপী মনোরমানা মরি-মঙানি রাংলিঙেদগী মমাদা তকপা হৌই "ইমা কুমসিদি মামোখোয়দা নিঙোল চাক্কৌবা চংলুসিকো।" মমানা খুম্মি "ঐ য়াওব্রবম্তু নবুঙগা নখোয় অনি অহুম চংলু করি তৌবগে"॥

"ভমদে কৈম্তু নঙ য়াওব্রবদি ঐ চংলোই। চংসিকো ইমা! কো শোয়দনা চংসি ইমা! নং চংব্রদিনে ঐদি রারোইদৌনি,

হায়বিরিসিনিরকো।" মচবগী মমাগা ঙাওনরিবসি হেমচন্দ্র লাইরিক পাল্লা পানা হায়। লিঙ্গোল চাকৌরা মুমিত্রা মশা ওমদে হায়হুনা মমা চংত্রে। মচন মুপীস্ন মমা চংতে হায়হুনা চংত্রে। মাম্ম চুং-লিংত্রবমি অহল্লু মমানা খেম্মি— "ইরুঙো। হেমো মেথঙোই নং চংলো। এখোয় কন্নামতা চংত্রবদিনে নখোয়গী মাগোনা শাড়িপানি। ময়াম্না হংলগনে ইমাদি হকচাং ওমদে হায়হুনা লৈহৌরে হায়য়ু।" কুম অহুস্নু মহাক য়াম্না তন্না তমা মমানা হায়বা ইন্নবা ওইন্না চংলে।

মতম মহু অনিশুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাওগী মম্মাঙনি। মণি-পুরদা ইহান হান্না বোম তাবা অসি ১৯৪২ গী মেগী তাং ১০দনি। ডাক্তর হেমচন্দ্র মণি ঈরা চেম্না চেন্না অস্থম নিংশিংল্লকই। ইহান হানবা ওইনা বোম তাবা, লাল কায়নবা, মরাইদা লাঞ্জেমরা, চুন্না অনি শুবা চান্না ফুংলক্তবা, চাক্তা পাল, মাইরেল. মঙ্গমনচিংবা মান্নুনা চাবা, চাবা কংদহুনা অশি-অনা য়াওনরকপা, মম্মে থংদ্রা মমা শিরা পুম্নমক অসি মরি মরি নিংশিংলকই।

লাল্ল মমাঙগী মতম। মীশ্নিংস্নু য়ামমদে, শুকম চংকমম্মু খোইনা লৈরমদে। থবক তৌবা. তলব চাবা মীগী মশিংস্নু য়ামমদে। মতম অহুদা মুপানা ফৌ চেঙগী থৌরাং, মুপ্পীনা কম্না শু-লোয়হুনা শু-থুমগী থৌরাং তৌবা অসি মফম থরদদ্রি য়াম্না কম্না চংনর.ম্ম। চংনবী অসি হেমচন্দ্রগী [illegible]দা নিংথিনা লৈরম্মি। মখোয়গী লৌ পরী অম্না অনিদং লৈরক্রে, মহুগী লৌশাল্ল ওইন্না ফৌ থরদং ক্যারকই মহুনা মপাগী দায়ী ওইরে। নোংমগী ঙা থুম ইনশাং-ন্নাপীগী দায়ীদি হেমচন্দ্রগী মমাপীনি। মসি পুনবা হোংনরদা মশা মপুম্ন থিংপমম্মে লোম্মি। ফিশা লোনশা. ফনেক লোনরকচিংন্না মৈচৈ মুপী অম্মনা শুংনা শুরা য়ানা থবক মথে হুন্না ইমুং থাকই। লিংথম থাম্মী মতুমদদ্রি ক্লাস্থ তুই। থবক মতনা শুংঙমম্ম হেক থংদ বন্না ইমুং অসি চানিঙাই লৈতরগী ফিতম্মনি। হেমচন্দ্রগী মপান্নি

কয়া গুনিং-চংনিংদবা মীত্তা ওইনা তৌই। মফি নান্দুনা পংচংতা চংতুনা লৈ। ঐগী শরুক ফৌ-চেং খরা থম্বিরে, ইনশাং নাপীদি মুপীগী দায়ৌনি হায়বা ভাব অসিদা লৈ। নুপা নহানা তলপ পুশিল্লক্লগা মহু কায় কায়হনা চারিবা হৌজিক কালগী নুপী অমমদি মপাঙ্গল থেক্লা নোমহনা যুম পুরিবা মৈ'ক নুপীশিংগী রারী তারগা নোকনিংলমগদ্রা অমসুং করি খল্লমগনি হায়বা অসি খনবদা ফনা লুনা থোকই। হেমচন্দ্রগী মমা ইবেম্মা কমলা মপুন্সী কেম্বা মথৈ নোম্লিবীশিংগী মনুংদা তমনি। মহাক্কী থবক শুবা কায়গনি হায়বগীদমক চহী অমদা অমুক্তুং থোকপা নিঙোল চাক্কৌবা ফাওবা চংত্রবী কমলানি। হেমচন্দ্রনা অঙাং ওইরিঙদা মসি থোইনা ভাব তারমদে, মহাক্লা জ্ঞান তারকপগা লোইননা মমানা য়াখিবা অসি অস্সুম অস্সুম খঙলকই। ঙসিদি মমা ইবেম্মনা হিংনবগী পুন্সী লানকমদা মপুন্সী কেমখিবা অহু নিংশিং নিংশিংলগা হেল্লা হেল্লা য়ারকই। মমা ইবেম্মগী অয়াবা থৌদোক কয়া নিংশিংবনা ডাক্তর হেমচন্দ্রদা চৈক্ত তমমম শুম হোক্লম্মি। মরম অসিননি ডাক্তর হেমচন্দ্রনা নিঙোল চাক্কৌবা লাকপা খুদিংদা হেক হেক কপ্লিবা।

ঙসি ডাক্তরনা নিংশিংলকই—মমানা পৈশা অঙাঙবী অমা পীরগা হায়খিবা—"ইবুঙো! পৈশা অ[illegible]নে পাই তমগী হুম, পাই তমগী হিদাক তশুবা লৈরকউ ন[illegible]থক্লনবা অহুগা, পাই অমনা নং ফবোক লৈহনা চাজো।" মতম অহুগী পাই হায়বসি ভেলু ফনা লৈ, ফবোক খোইহুম মরি-মঙা ফংলিবনি। মতম অহু চাকহোং ভাহোংবা মতম্নি। ফৌ শংবাইদা মথাই অনা, সিকি অহুম দমক পীরি। লৈত-লৈতবা মতমদা মমানা পৈশা মতেক অমা পীরগা হায়— "ইবুঙো! হেমো ঙসিদি পৈশা মতেক অমথকতং মঙাইরে, মসিননে নবোক্কী থক্লবা হিদাকসু লৈরকউ অহুগা ইরোম্বা থাক্লবা চায়ীসু লৈরকউ।" হেমোনা নোক্লহনা খুম্মি "পৈশা মতেক

অমনা পোং অনি লৈবা হৌনব্রা ?" মমানা খুম্মি— "য়েঙোই ইমা হায়গে মতেকতু থাদরগা হিদাক পীযু পাই অমা হঙ্গংলকউ হায়য়ু। হিদাক পারক্নি পাইস্ম হঙ্গংলকনি। পাই অহুনা ঙারী অমুক লৈয়ু। মী খাইস্ম তৌনরিবনি।"

"হংদে ঙমদে ইকাইজে মতুমবু পোং লৈবা হৌনব্রা? ঐ ঙম্মোই হায়রিসিনি।"

হেমচন্দ্রগী মমানা ইংখোল পংনবগী অঙাং অমা কৌরে। হেমোদগী মানা চহীমুক হল্লি, য়াম্না জান তাই। মহাক হরাউ হরাউ য়ারে। "ভাই হেমো! ইবানি চংলুসিনে। মতেক অমনা পোং অনি লৈববু করি তৌই হায়বগে ? ঐদি ইতং তঙনা লৈরিপোংনি।" অঙাং অসি ইবোহল কৌই। লৈত লাইর য়াম্না খঙই। মখোয়গী ইমুংদু লাইরবনা থবং তংলি। হেমচন্দ্রগা ইবোহলগা খুদে মচা অমমম্ শেংলদুনা ঙবাং অমমম্ ইল্লগা কৈথেল পাংলকই। মখোয় অনিমক হাগী কাংজে অমমম স্ম পায়রম্মি। ঙসি ডাক্তর হেমচন্দ্রনা মাগী অঙাং ওইরিঙেগী পুন্সীগী থৌদোকশিং নিংশিংবগা লোইনা লোইননা নিংশিংলকই মাগী মমাম্নবা ইবোহলখোয়গী ইমুং। মী মঙা তরুক লৈবা ইমুং অদুদা পুখম অনি তেঙ্গোং অনি-অহুমদমক মরে। নুংগী তেঙ্গোং থরগা লৈবা উই। মী অমাম্না লাদা চাক চায়। করিগুম্না তারে চাদুবা লা মরাং কায়না ফংদবা নুমিংতদি অয়ুক চাবা লা অদু নুমিদাংগী অমুক শিজিন্নবা চাথোক্লগা হনম্মি। অঙকপনি লাল মমাঙগী মতমগী মীশিংগী লাইরবদু। ঙসিস্ম লাইরবদি য়াম্না লৈ, অদুবু হায়না হায়না শুযম চংকম থরদি মরৈ।

১৯৪২ গী মেগী তাং ১০ নুমিং অসি মণিপুরদা ইহান হাম্না বোম তাবনি। চাউরাকনা নুমিৎয়ুংবা মতম অহুরাইদা জাপানগী এরোপ্লেন কুন-কুম্মা রোম পাইরকুনা ইম্ফাল সহরগী মফম থরদা বোম থাদদুনা নৈথায়রম্মে। য়ুম কয়া মৈ চাকখি, মী কয়া শিখি।

কুইনা মংহুনা লৈরম্লগা ম্বা লাউনা চুথরকপা নোংগুম কুইনা থোরাং তৌরক্লবা লালগী অহানবা মৈরানি মৈরবাক মচাশিংনা মুমিং অসিদা থেংনখিবা। মুংশিংনা হুন্নিবা লইম্নগুম পৃথিবীগী মফম কয়া চাকথেক্লবনি। লমদম অসিগী মীওইশিংদা মেগী তাং ১০ অসিদা অহানবা ওইনা লালগী খাম্বী মৈরাইনরি। জাপানগী এরোপ্লেন হেক পাইখিবগা মুকগ্রী শঙ্গু পাইথোক্লকপগুম, মরুম পুবা ককচেংশিংনা মবোম্দগী পরেং ওইনা চেম্থোক্লকপগুম ইম্ফাল শহরগী লম্বী শোরোক খুদিং পোংকী কোকথোং অমস্তুং নম্বো-থাবো পুহুনা মরী-মরী থোক্লরক্লম্মি। মী পুম্নমক্লা ইম্ফাল শহরদগী মারিবমখৈ লাপ-থোক্লগা থরাই হিংগনি খল্লম্মি।

মুমিং থরনিগী তুংদা ইম্ফাল শহর লাম্মীনা পীক থনখ্রে। থা থরদি লাঞ্জেল্লরুরগা সিফাই লৈশিনখ্রবা শহরগী ময়োল ওইবা মফম থরা থাদোক্লগা মতাই মতাইদদি মী পুম্নমক অমুক হন্জিল্লরকখি। মতম অসি মিলিটরীনা থবক শুবা মী য়াম্না লৌই। কাংবু অমনা থিকা তৌই, কাংবু অমনা লম্বী শেম্মি মতম অদুগী খুরাইগী উ শুফম কারখানা, মহুদা লালদা শিজিন্নবা হি লিশিং লিশিং চল্লি, অচৌবা থবক শুফম্মি। শঞ্জেনথোং মনাক্কী 114 C.R.E. অচৌবা থবক শুফম্মি। মতম অদুগী বৃটিশ সরকারনা নোং চুবগুম্না শেল চাই-থোকপা হৌরকই। নোম্বা কনবা মৈতৈ মচা নহা অহল পুম্বনা মখুং অনি চওহুনা রাই পেকশিনবগুম শেল খোমজিনবা লাক্লে। অঙাংশিংনা লম্বেলদা চংতুনা কবোক, চুরুটনচিংবদা সিফাইশিংদা য়োল্লবস্থ শেন্দোং মরাং কায়না ফংলৈ। মতম অসিগী শেল হোং-বসি অস্মুন্না হায়নৈ— পাখঙ অঙাওবনা ইজং তৌরিবনি হায়রুনা তরা চংপীগী মোটনা শেরৈ কোন্দুনা হিদাক থকই।

লাল চেনকমদা হেমচন্দ্রগী মমা শিংহৌরে। মাগী ইমুং পুম্বা মযুমদা অমুক হন্জিল্লক্লে। ইম্ফাল শহরগী মতাই ওইরপ তৌবা

মকমদা লৈবনা মযুমদা হোংজিনবদা থোইনা অকায়বা থোক্লমদে। লৈকাইগী অহল অমনা হেমচন্দ্রবুস্ম জোগালী ওইনা 1 ‘4 C.R.F. দা থবক শুবা পুবি। মতুদগী ফংলকপা শেল অতুনা য়াম লৈতুনা তুল হৌতুনা ইমুং পুম্বা চাই। হৌজিক্তি তলবু ওইরবস্মু চাকপু ওইরবস্মু মপুক থন্না চরা অনি শুনা চারে। মানা শুংনোমতুনা শেল খরা খরা থোকপা, ইমুংগী মীশিংনা মবুক থন্না চাবা অসি উরগা মমা ইবেম্মবু হেক হেক নিংশিংলকই। মীওইবগী লাইবক কনানা খণ্ডবা ওম্বা? নোংমদি মাগী থবক শুকমগী খ্বাইদগী চাউবা গোরা সাহেব অতু মখোয়গী মনাক্তা লাক্লম্মি। সাহেবনা ইংরেজীদা হংলিবা ৱাহংশিং অতু থবক শুবশিং অতুনা খণ্ডলমদে। মখোয়না হায়রিবতু সাহেবনা খণ্ডলংদে। তাঙ্গা অসিদা হেমচন্দ্রনা সাহেবকী ৱাহংশিংতু মৈত্তৈলোন্দা হন্দোক্তুনা থবক শুবশিংদা হায়রম্মি। মখোয়গী পাউখুমতু ইংরেজীদা হন্দোক্তুনা সাহেবতা খণ্ডলক্লম্মি। মসিদা সাহেবনা হরাউরতুনা হেমচন্দ্রবু মাগী মনাক্তা পুতুনা চংখ্রে। মতম অসিদা ইংরেজ্ঞা খরা খরা ভাণ্ডবা ওম্বা মীগী মশিংসি য়াম্না ৱাংনা লৈ। লাবগা মতম অসিদা কলেজ্দি লাইরতুনা হাইস্কুল ফাউবা মরী-মগোদমক লৈরি। বোম তাবা মতম অসিদা হেমচন্দ্র ক্লাস এইট পাস তৌতুনা নাইন বারে। মহাক ওযবা ছাত্র ওইবনা ইংরেজী ইবা অমস্তুং ভাণ্ডবা চংনবা য়ানা ওম্মি। গোরা ওফিসার অতুনা হেমচন্দ্রবু মাগী কাদা পুখ্রে অমস্তুং ন্নমিৎ অতুদগী মাগী পি,এ ওইনা হাপখ্রে। মাগা মফী-মরোল মোংপা অমস্তুং লাইরবা মতৌ অতু উবদা সাহেব অতুনা মফি মরোল লৈনবা লুপা চনী থকস্মু পীরকই। মযুম য়ৌবগা থৌদোক অসি মপাদা তম্লে। মথংগী ন্নমিৎতা কোংবা বাজারদা চতুনা মফি-মরোল লৈক্লরে। তাল মম্লুং অসি কোংবা বাজারনা মনিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা বাজারনি।

ক্লালগী মৈখু মরক অসিদা মী পুম্বা মানা ওম্বা থবক পণ্ডনোমদা

ন্নোয়ম্রি! কুরিগুম্বা খরবু নোম্লবদি শেল মলিক চানা কংঙি। য়োংগুবা. উগুবা, পোংচৈ সপ্লাই তৌবা, ঠিকা তৌবা অসি পুম্বা নংত্র বস্থু শোরোক্তা কবোক, অচা-অথক, চুরুট বিড়িদা ওইরবস্থ সিকাই-শিংদা য়োনবদা 'শেল অসি মরাং কায়না অহুম কংই। হেমচন্দ্র তলপ নিংথিনা কংই. অসিগী মথক্তা সাহেবতা রা অমতং হায়-বিয়ু, বিল অসিমতং পাস তৌহনবিয়ুনচিংবা হায়বা লাকপশিং অসিনা শেল অসি পংপীদা পীরম্মি। লাঙাও অসিদা বৃটিশনা লাল ঙম্লগা লোইরে হায়র্বা মতাগুম শেল অসি ফনা ফজনা চাইথোকখি। শেলনা রাইগুম চাইরবা অসিদা হেমচন্দ্রনা য়াম্না চেকশিন্না হোংনহুনা লুপা লিশিং কয়া মরুম খোমজিলহৌই। মহাকী মপাস্থ ললোন ইতিকী থবক তৌই। মীওইবনা অরাবা থুদোং থিবশিং অসি উবদা কিবা পোক্কই, নিংহৈ। মমৈথংদা চেনবা হিংলরোই খওলবা মতমদদি মহু খোনা ফনা মাইয়োক্লুরকই অমম্বুং হৈনবী অমস্থ মথমতা ওইজরকই। মত্তৌ অম্নুম্না অহানবদদি ইম্ফাল সহরগী মী পুম্বা মিপাইবগা লোই-ননা ময়ুম মকৈ থাদোক্লুনা লরাই-থরাইদা চেম্নরমই মমৈংদদি মিলিটরীনা লৈশিনগ্রবা ইম্ফাল সহরগী য়ুমশিং নহুনা মী পুম্নমক হজিনরম্বুনা ময়ুম ময়ুমদা লৈনখি। শাইরেল খোংলকপা, য়েক্লবগী প্লেন পাইরকপা, বোম থাদবা মতমদা কোম মঙ্গংদা লোংহুনা লৈ। য়েক্লবগী প্লেন পাইখিবগা মাগী মাগী মখৌ অহুম তৌনৈ। মতম অসি দিমাপুর লম্বী কাউথিত্রে, অরাংলোমদা পুথাউনচিংবা মফম জাপানিজ আর্মীনা পায়শিনত্রে। থারোমদা মাইথম লোকপা চীংদা জাপানিজ আর্মীগা অচৌবা কেম্প শাহনা নম্বোল খোরী ফাবদা লৈরিবা বৃটিশ আর্মীগা অহিং মুংথিল থায়দনা তোপ অমস্থং মেচিন-গন অরেপ্পা লৈতনা কাপ্নরম্মি। জাপানগী লাম্মীগী কল্লবা চৈস্থু অসিদা বৃটীশ লাম্মীশিং অসি মণিপুর থাদোক্লুনা চংনবা খোয়াং হাউবা তৌগ্ররনি। অসিগুম্বা লালগী মৈরক অম্নিদা মণিপুরগী

নহা অহল খুদিংনা হিংনবগী পুন্সী লানকমদা মাই পাক্লা মাইয়োক য়াখি।

চহী কয়া মরুম চুপ্পা শোক্লরবা পৃথিবী শিনবা থুংবা লাল্লাউ লোইশিল্লক্লে। মাইকৈ অমরোমদা পৃথিবী পুম্বা থক থক নিকহল্ল-ম্লবা জর্মন মাইথিগ্রে। মাইকৈ অমরোমদস্থু হিরোসিমা অমস্তুং নাগাশাকীদা এ.তামনা নৈখায়হুনা মী লাখ কয়াগী পুন্সী মতোম লোমহনবগা লোইননা জাপানস্থু মাইথিগ্রে। মী কোটি কয়াগী মচাক মরল অমস্তুং পুন্সীবু মাঙ তাকহল্লবা পৃথিবীগী অনিশুবা লাল্লাউ লোইশিনগ্রে। প্রলয়গী মশক ঙইরবা লাল্লাউ অসিদা শিখিবনা শিগ্রে, মাঙহিবনা মাংগ্রে। লৈহৌবা কাঙবুনা অমুক থুন্দা লৈতানা পান্নবা থৌরাং তৌনরকই। লানগী মৈরীনা চাক্লুরবা ইম্ফাল সহর অমুক নৌহৌননা শেমগৎলকই, লেপ্লুরবা স্কুলশিং অমুক হৌগৎনরকই। অহিংগী মতমদা নোংলৈ নুংশিৎনা উপাল-হাপাল কয়া ফুক্লা, যুম কৈ কয়া থুদেক্লুনা নৈখায়রম্লবা তুংদা অতি-য়াদা মপুং ফারবা থাজনা তরং তরং থোক্লকপদা মহৌশা খুৎশেয়া অমুক হয়া চীং লেয়া ফজবগুম ইম্ফাল সহর অনৌবা আশাগা লোই-ননা শেমগৎ শাগৎলকই তক্ক হক্করকই। হেমচন্দ্রস্থু লাল লোই-থিবগা লোইননা মাগী থবকস্থু লোইগ্রে। অমুক হয়া হাইস্কুলদা মিং চনশিন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌরে। মেট্রিক পাস হেক তৌবগা কলিকত্তাদা চৎতুনা আই এস, সী তমহুনা নিংথিনা পাস তৌখি। মানা লাল মনুংদা তুংশিন্দুনা থমজিনজহৌবা শেল অহুনা মপানা লম্লোল ইতিক তৌহনা শেলস্থু খরা খরা থোকপনিবা ডাক্তর তম্বা হৌখি।

ডাক্তর হেমচন্দ্রনা পুন্সীগী অরা-মুগুাই খুদিংদা মমাবু হেক হেক মিংশিংলকই। মমাগী মরীদা থ্বাইদগী ওক্লা অমসুং কিনা থোকপদি মমাগী মান্না নোম্বা কনবা অসিনি! খুদম অমস্তুং হাম্লরবদা

শিংথমথাগী মতমদা মমাগা মবেনগা কাপ্পা তুই। মুমিং খুদিংগী কাপ্পা অমমম তুংহনা য়োল্লম্মি। মতুনা ইমুং পুম্বা ইনশাং নাপীনচিংবা লৈহনা থাকই। পীব্রবা কপত্রেংদা মুমিং খুদিংগী লশিং সেম্ব অহুম লোম ওকই, মতু হুইত্রিনা মফোন তানা কাপথোক্লগা লশিংগী খরুং-দা উচাল থাহ্নুনা মুনবা শওই, অমুক মতু শিন্দোক্লুনা ফিদা থারবা তুংদা য়েতুম্না কাম্বা অতু তুশিল্লি। মুমিদাং রাইরম থোঙ্গে। আইল অহুম্লোম চংলগা খাইরমল কৈথেলদা য়োল্লি। মতুদগী কাম্ব তুনবা মচাকশিং অমম্লুং ইমুংগী চান-থক্লবা পোং লৈরক্লগা থোং-থাক্লুনা ইমুংগী মীয়াম পীজে। হেমচন্দ্রনা অথেংবা অহিং কাওবা লাইরিক পাই অতুবু মমাদি লশিং তক্লুনা লৈহোই। নোং ডাক্লমদাইদা লাই-রিক পাবা অমুক হৌগংলকপদম্তু মমা ইবেম্মদি মঙ্গল আর্তিদা হৌগক্লুনা লশিং তক্লুনা লৈরম্মি।

লৈতংলাইরগী চৈক্লুনা পোথাবা লৈতনা নোম্বদা মপাঙ্গল কেমগ্রবী মমাবু নিংশিং নিংশিংলগা ডাক্তর হেমচন্দ্র মমিংতা মপি হেক হেক শিন্থে। ওসিম্তু মানা মমা ইবেম্মবু তক্লনা নিংশিংলি। মরু ওইনা নিঙোল চাকৌবা লাকপা খুদিংদা।

## ঐখোইগী অমোংগী থৌদাং

নবকান্ত য়ুনিভর্সিটিগী গ্রেজুয়েট অমনি। ছসি ছমি তুরে মামা সিংগাপুরগী মণিপুরী হোটেল অমদা লৈরক্লিবা। হোটেল অসি মাঙা লোমাংলুইরি। আঙাংসিনা হৌখিবা লাগাউগী মতম অহুবাইদগী যাম্না বানা হোৎনজহনা হোটেলগী প্লোট অসি ফংখি অমসুং ঙিমনিং অসিসু শাবা ছমখি। নবকান্তনা প্রোপাইটর ওইরিবা মাঙাদা য়াম্না কন্না ডকুমেন্টগী মেনেজরগী থবক অসি মানা ফংলে অমসুং ছুম্রিদগী থবক হৌগ্রংলে। চাবগী মথক্তা থা অমদা লুপা চনী পীবা হায়না য়ানরে। হোটেল অসি মৈতৈ মচাগী হোটেলশিংগী মনুংদা মমিং হায়কেং লৈ। চাকী হোটেলনি। ইনশাং হাউই হায়হনা মী পুম্নমকসি হোটেল অসিদা য়াম্না চঙই।

নবকান্তনা ছসি য়ুনিংচুপ্পা শেল লৌশিনবা হন্দোকপা তৌহনা লৈকরগা সুমিদাং মাগী ফমুংদা চঙহনা তুমথনবা হোৎনরমি। কনা কুইনা হোৎনরবসু তুমথবা থক য়ারমদে। কালেনগী শারবা মতম ওইবনা শিলিং ফেন অদু তত্তনা উংলমি। নোংয়াইমতুং পুং অনিরোম ডাগ্রে। শিলিং ফেনগী খোঙেল নত্তনা খোঙেল অমতা ডাথিত্রে মতুমকপু মরক মরক্তা হুঙ খোংবগী খোঙেলদি হেক হেক তারমি। তত্তনা য়াওলি, মরক মরক্তা শোর মপী হোল্লি অমসুং নিংশিংলকই মাঙগী খৌদোক কয়া। অত্তৌবা

ফিংজংদা সিনেমাগী শক্তম কয়ানা এক্তিংগা লোইননা মরি মরি লাকপা অমসুং চংখিবগুম মাগী নিংশিংবগী ফিজংদা লাকই হৌগ্রবা থৌদোক কয়াগী মমি ঙাক্তা। থৌদোকশিং অহু নুঙাইবগী শরুক্তি ইয়াও য়াওদে অরাবগী অরাবা ঙাক্তা। ছাত্রগী পুন্সীদা স্ট্রাইক অমসুং আন্দোলন কয়া য়াওরকই। লৈবাক্কী ফগনি থমবা থবক্তা নিংহম্নবা লৈরক্তে। জেলদ' কয়া কয়ারক চঙলকই। বি, এ পাস তৌরবা ভুংদা হিংননবা পুক্কী লানফম অমা লৈবানিনা থবক অমতং তৌনবা কোইথি থি, দরখাস্ত কয়া থাই, ইন্টর্ভিউ কয়া য়াওই। লুপা লিশিং তরা, তরামঙারোমদং ওক্ফিসারদা, অচৌবশিংদা পীবা ঙমদবনিনা থবক থক ফংবা ঙমখিদে।

ইমুং মনুংগী অরাবা অমসুং লৈত-লাইরগী চৈনা হন্না হন্না ফংলবা নবকান্তদা ঠিকা মচা মচা তৌনবা মরুপ অমনা নোংমা হায়-"ভাই নবা কাম্নররোই ঠিকা মচা থরা থরা তৌ। মহুদগী শেন্দোং থর থর তুংশিল্লগা থবক লৈবা নঙনদি সনা লৈবাক অসিদা থবক ফংবা ঙম্লোই।" মাগী মরুপকী পাউতাক অসি ফনা চুম্মি থল্লি। মাসু ঠিকা মচা অমতং লৌনবা য়াম্না কল্লা হোৎনৈ। এস, ও অমগা তিন্নবা হৌই, মঙোন্দা লুপা চামঙা থিল্লু ই, এ, ই দা লিশিং অমা। মখোন্দগী শেল পুশিনবা হৌরে। উকু চনবগী লুপা লিশিং তরা-মঙারোমগী ঠিকা অমা ফংলে। মমা অমসুং মচেগী সনা থরা লৈজবা বন্ধান থমগ্রে. মহুনসু কোন্নদহুনা মরি-মতাদগী সনা রাইহুনা বন্ধান থম্লে। বিলাটিমাটী বেক নিঙ্কু মুক ফংবা হৌই। নোংঙানবগা এস, ও সাহেবনা পাউ থারকই "মুম লোইশিনবা য়াক্রে সিমেন্ট বেক তরা থক থিল্লকউ।" মথংগী নুমিৎতা রিক্সাদা হাপ্লহুনা বিলাটি মাটি ফংলুই এস, ও সাহেবতা-। লমদম অসিদা এস, ও হায়রবসি য়াম্না চাউনা খঙনৈ। থাঙ্গৈশেংবদি পংচাউ চাউদবা কম মতানি। ফংলিবা তলপসু গ্রেজুয়েট স্কেলনি। লমদম অসিদা শাবা ইরোংগী ফি

মক্ল য়াম্বনা এস, ওগী মুপীশিংতনা য়াম্না ইল্লি মরম অসিনা এস,ও ঙ্কি কৌরে। মুপী হায়বা লাকপদা এস, ও নি হাযরবদি নিঙ্গোলগী মমা মপানা হরাউ হরাউ তৌই। লাইরিক লাইশু হৈবী লৈশাবী শিংস্মু ডাক্তর ওমস্নুং ইঞ্জিনিয়ারগী হেক মথংদা এস, ও নি মগোম্ন-না আশা তৌরিবসি। লাইরিক হৈংবা অহল লমলন খনর্বস ইঞ্জি-নিয়ারিং দিপার্টমেন্টতা য়ান্না চাউবা ফম অসি এস, ওনি।

থা অনি অহুম চঙনা য়ান্না কন্না নোম্লবা তুংদা নবকান্তগী উকু চনবগী থবক লোইগ্রে। হৌজিক বিল ফংনবা অমুক হোংনবা তাবনি। ঠিকা ফংনবা শেল তিংবগুম বিল ফংনবস্ত শেল অমুক তিংই। বিল ক্লার্কতা লুপা চনী, কেশিয়ারদা চহুম অমস্নুং এ, ইদা চামঙা পিল্লরে। হন্দক্তি শেলগা লৈতবগা মহী-মনাই য়ান্না পাম্মি খল্লবদগী এস ও সাহেবতা ফোরেন লিকর লিক্লি অমা কংলুই। শেল য়াওদবা অহুদা এস,ও সাহেব কয়া হরাউনা তৌরক্তে অহুমকপু য়ু লিক্লি অহুদি অহুম লৌহৌই।

নবকান্তগী মমাঙ মক্তদা পেক অমা থকচিনখি। চংলমদাইদা হাযরকই "ইবুঙো নংগী লিক্লি সিমনদি য়াংগাইকো বিল হেক ফং-বগা স্যুট অমা তুরকউকো।" নবকান্তস্মু য়ান্না নোল্লকনা খুমই "তামো তৌজনি তৌজনি, বিল সিদং থর থুনা পাস তোইহনবিয়ু।"

নবকান্তনা হিসাবসি য়ান্না তোম্নমা হোংলি। বিলসি থা অনি অহুমসিদা কংলবদি লুপা লিশিং অহুমলোমদি শেন্দোং য়াওগ-নি। মচন মুপী মীনাকুমারীনা বিল হেক ফংবগা খুদোপ কোনবীয়ু, মেমচানা ঘড়ী লৈবিয়ু, মনাওনা ঐগীদি সাইকল হায়রিবনি। নোংমা নোংমগী হৌখিবনা চহী ফাজিনগ্রে। হিসাব অমুক তৌই— হন্দক্তি মহাজনগী শেন্দোইসি য়ান্না য়ামশিনগ্রে। শেন্দোংসি লৈগদবা মাল্লক্তে। ওফিসারগা মাম্নহুনা শুকশেম শেমদবা লম্বীগী বিল লৌ-থোকগ্রে। হানা তুজবা লোইশু লোইজরবা নবকান্তগী লুপা লিশিং

খরুতগী বিলদি পাস তৌবা লৈখিদ্রে। খনবদা কোকচাউবী কারে, মহাজনগী শেন্দোইদা শেন্দোং পুম্বা চংখিবা ভারে। এদভান্স অমম্মুং রম্নিং বিল লৌথোকপ্রগা থবক শুরমদবা শেনফমসি লুপা লাখ কয়া রোমনি। মসি পাউগী চেদা য়াম্নম্ম তোয়না ইনখ্রবনি। এক্লন্দি খোইনা লৌবা উদে। একসম লৌবগী মতাং হেক লাকপদা ঠিকাদারশিং পুনশিল্লগা শেল খায়নহুনা অচৌবদা থিল্লুই। একসন লৌগদবা মীম্ম তুমিন্না হেক্তা লৈখি। ওফিসারশিংনা সস্পেন্দ তৌবগী খোইন' কিবা লৈতে মরমদি সস্পেন্দ তৌরিঙৈ মম্মুংদা মম্মমদা ফমহুনা নুঙাইনা পোথাহুনা লৈগনি। এম্বিয়ার অহু য়ামশিল্লক্লগা মরী লৈনবা মন্ত্রীগা তখায় য়েন্নহুনা থবক অহুম হজিনগনি। অচুম্বনা কদায়নো অয়ানবনা কদায়নো হায়ফম খঙদে মীয়াম্না হায়নবা কবোক্নী দরগা মিস্ত্রিগী দরগা মান্নবা লম হায়বহু সনা লৈবাক অসি ওইরে।

চহী অমা মখায়গী মতুংদা ঠিকাগী বিল ফংখি। মমা অমম্মুং মচেগী সনাদি উচিন-নাচিন্না হন্দোক্লে। মখুক্তা শেল অমতা লেমদ্রে। মাগী ঠিকা অসি মচুং তারগা তোকলে। মাগী পাঙ্গল অমম্মুং মতম্বদি মাঙছরে। এস, ও অমম্মুং এ,ই সাহেব, কেরানী অমম্মুং কেশিয়ার বাবু পুম্নমক নবকান্তগী ঠিকা মচা অসিদা কান্নবা খরা খরা ফংখি। থাইদগী য়াম্না কান্নখিবদি সনা বন্ধান লৌবা মহাজননি। বিল ফংবা মুমিংকী অমুক অঙনবদা য়াহৌরকপগা মচন নুপী মীমানা মাঙ থারহুনা অঙাংশিং মরী মরী চঙলকই। মীনানা মোমোন নোক্লহুনা হায়রকই—"ভামো! বিল ফংলবদি ঐগী খুদোপ হায়বহু কোনথিরোদনা।" মেমচানা অমুক মখা তারকই—"ঐগীদি ঘড়ী হায়বহু শোয়বা য়াদে। রোল গোল্ড তৌরক্লদবনি ইমান্নবী পুম্বা লোইনা খরী শিন্দরে, ঐদা শিন্ত্রিবা।" মনাউ অতোনবহুনা হায়রকই—"ঐগীদি হেরো সাইকল।"

মচনশিং অমম্মুং মনাউনা হায়রিবসি তারবম্ম তাদবঙুম নবকান্ত

ভুমিগ্না অহুম লৈবা ভাখি। মাগী মতৌ অহু উবদা অঙাংশিং অহু মুক্সম মুক্সম শোন্দুনা নিঙবা কায়না হন্দোক্লখি। মীনানা হায় "কি শু, ইষ্ট্রি ত্কউ, হা অহু তৌ, অদা ভৌ — বিল কংলগা খুমকাউ খুমজ্রেনেসে ... .... .... ।"

মেমচাস্সু শাউনা হায়রকই—"নংদা নত্তে, ঐস্সু শুরিবনি ইষ্ট্রি ভক্লিবনি।"

মৌপুরা অহুস্সু মখোয় মরাম হায়নৈ হায়রুনা মাস্সু হায়হৌদবা য়াদে হায়বা মতাঙ্গুম হায়রকই— "মাগী পাখোল হেক চংপদা ঐদি লাইরিক পাবা কংসুপোংনি শাইকল হেক লৈস্ত্রিখে ঐ পাংখোল অমতা চংলোইদৌনি।"

নবকান্তনা পুন্নমক অসি মরী মরী ওইনা নিংশিংলকই ঙসি দিমাপুরগী হোটেল অসিদা, ভূস্না য়াম্রবা অহিংগী থেংলবা মতম অসিদা। মমিংতা মপি শিন্থুরকই মী অমা ওইনা হিংনবগী পুন্সী লানফমগী অহানবা খোঙজং মক্তদা মাইথিরবা নহা অসিনা। অমুকস্সু নিংশিংলকই—ছাত্রগী পুন্সীদা থবক খৌরম কয়াদা মকোক খোংনা শরুক য়াখিবা। সমাজগীদমক অঙন্বা খৌদাং কয়া শরুক য়াগে রাশকখিবা। মণিপুরদগী মপান থোক্লকপা, মপান্দগী অমুক হল্লিল্লক পা খঙনা চারবা মরুপ মপাংশিংনা হোটেল অসিদা চঙলকপদা করম্না মাঙ্গৈ অসি উংকনি। পুন্নমক অসি খল্লরগা কোকচাউবী কারকই। অমুকস্সু নিংশিংলকই বিল কংবগী মতুং ছুম্নি শুবা নুমিংতা মরুমদা তাক্লমদনা শুপ্নগী মরুপ অমদা পাউ পীরম্নগা দিমাপুর পাংলকপা।

মহাক কমুংদগী তপ্না হৌগংলগা খফি মরোল শেংচিল্লে। মাগী স্যুটকেশ অহু পায়রহুনা তপ্না তপ্না মঙ-হাঙুম্না রেলরে ষ্টেশন লোমদা চংল্লে। নোঙাল্লমদাইদা লাকপা ত্রেন অমদা কাখংল্লে।

## সেবাশ্রম

ডাক্তর ইন্দুভূষণ, মানা লিংখস্চবা সেবাশ্রমগী ওফিস কাদা কম্লহন্না হিসাব শূরি। মতম অসিদা পুন্সাদা শক থঙনখিত্রিবা ইম্ফালদগী লাকপা পাখঙ অমনা অশাঙবা ইনভেলপতা হাল্লবা চিঠি অমা পীরে। চিঠি পুরকপা নহা অসিনা —“ঐহাক ইম্ফালদগী লাকচবনি। ঙসি অসি খুল অসিগী এল, পি, স্কুলগী হেড পণ্ডিতকী য়ুমদা লৈজগনি। কবিগুরুগী ঈ-পাউগী দরকার লৈরবদি হয়েং অয়ুক অঙনবা কাওবদা থিবিরকউ। ঐহাক হয়েং অয়ুক অঙনবগী গাড়ীদা ইম্ফালদা হাইগচ্চগনি।” নহা অদু চংশ্রবা তুংদা ডাক্তরনা চিঠি খাউ অদু হাংদোক্লুনা পাবা হৌরকই—

ইম্ফাল,

তাং………………………

ডাক্তর,

খুরুমজরি। সেবাশ্রমগী মী পুম্নমক মঙ্গল ওইরমগনি। ঐ শান্তিনি। মংগী খুঙ্গংগী, নংগী নৈকাইগী, নিংথেমচা মমুমগী শান্তি। চহী কুনলোম শুংগে উমখিদবা। ঐবু কাউমিরম্বা য়ারে, উবদদু শক থঙবা ঙম্লরোই। চহী কুমলোমগী শাংলবা মতম অসিদা ঐনা ডাক্তরবু অমি অহুমলক্তি উবা ফঙজখি। অহানবা অমিমক্তি ইম্ফালদনি, অকোনবা উবনা ঐখোয়গী খুঙ্গংদনি। হৌখি-

বা চহীদা ঐখোয়গী য়াম্ন্গ্ংনা য়াম্না কম্না হায়মনবদগী নিঙোল চা-কৌবদা ঐহাক য়ুমদা লাক্লম্মি। অহিং অমম্তু লেক্তুনা লৈরম্মি। ঐখোয়গী মহৌশা অঙাং ওইরিঙৈগী শায়ক্ম লম্চাক্কী মচী অমদা নহাক্কী শেবাশ্রমগী সাইন বোর্দ থেংপা উরম্মি। ঐদি চুম্না লৈকাই-গী ক্লব নত্রগা স্কুল ওইরবোই খল্লম্মি, অদুবু নোঙাল্লমদাইদা ঐনা মিংকপ থোক্লকপদা আশ্রমগী অঙাংশিংগী লাইশোল ঈশৈ তারম্মি। তাবদা ঐ ওম্থোক্লা ঙক্লম্মি। অঙনবা অয়ুক্তা আশ্রমগী অঙাঙ-শিংনা যোগাসননচিংবা শাজেল তৌবা ঐহাক উরম্মি। আশ্রমগী থৌরাং পুম্বগী মরীদা ঐনা ইনমশিদগী তারম্মি। আশ্রমগী অঙাঙ অয়াম্বা চীংলমদমগী য়াম্না মন্নুং হুজ্জিনবা মকমদগীনি। অনৌবা খুগকী সভ্যতাগী মঙাল ফংত্রিবা হৌজিক মতমগী চাউখৎপগী হৱা ন্নুংশিংনা য়ৈত্রিবা ইচিন-ইনাওশিংগীদমক লিখংলিবা নহাক্কী আশ্রমগী থৌরাং উবদা ঐহাক পুক্লিং শুঙ্কংলম্মি। থবক অসি মতম অসিগী য়াম্নমক তঙাইফত্রবনি। অরাবদি আশ্রমগী থবক্তা খুঙ্গংগী খুন্নুং ওইরবা মীশিংনা য়াম্না অপনবা পীরি, অমস্তুং আশ্রম শারিবা মকম অসিমক খুঙ্গংগী শঙ্গাবুংনি হায়না কেশ তৌরি হায়বা তাবদা ঐহাক য়াম্না নুঙাইতে। ঐনা শোরোক্কা তাইননা লৈবা লৌ পরী অমগী লম আশ্রম শাননবগীদমক কংলবনি। উকিল অমনা নিংখিনা ইরবা দান-পত্র অমস্তুং লৌকমগী পাটাস্তু চিঠি অসিগা লোয়ননা থাজরি। ঐগী করিস্তু লৈত্রবা দান অসি শোয়দনা লৌশিনবিগনি। ঐহাক ইশাগী পুন্সীগী মরীদা খরদংগা হায়জনিংই মহুদি ঐহাক লাইবক থীরে। লাইবক্তা চন্দন অমুবা খিল্লে। ইচা নিঙোল অনিদং পোকই। মখোয়স্তু মকম চাবদা ময়ুম পানল্লে। ঐহাক হৌজিক রাধাকুণ্ডদা চংলগনি। মকম অদুদা ঐগী লৈখিত্রবা ইকুবোক্লা লিংখংলম্বা মন্দির লৈ, মহুদা শ্রীরাধা গোপীনাথকী সেবা তৌহনা পুন্সী লেল্লুরগে খল্লে। ঙসিদগী হাপ্তা অমগী মতুংদা চিঠি ইখিরকপা তারবাদি মখাদা পীজরিবা ঠিকানা অসিদা ইখিরকউ।

পাবুঙ সনখ্যানা ঐঙোন্দা লৌ পারী অহুম পীবিরম্মি। ঐগী লৈজরিবা লৌপরি অমিগী লৌশাল লৌমীদগী লৌশিনবা মহু ভাইথোক্লগা শেল অহু ঐঙোন্দা থাবিরক্লবা থবক ডাক্তরদা শিন্নজরি।

নোল্লুক্লা
শান্তি দেবী

রাধাকুণ্ডগী ঠিকানা
শ্রীরাধা গোপীনাথ মন্দির
রাধাকুণ্ড ( ইউ, পী )

চিঠি অমস্তুং দান পত্রহু মুন্না পারবা তুংদা ডাক্তর ইন্দুভূষণ ভাইহাক তুমিন্না মরু লুকথহুনা লৈরুরগা নুংশাশোর মপী শাংনা হোন্নগা মকোক হায়গংলকই। আশ্রমগী লেটর হেড য়াওবা চে অমদা চিঠি ইবা হৌরকই –

তাং ................

শান্তি,

নংগী চিঠি ফংলে। মহুগা লোইননা থারকপা দান পত্র কুপ্না পারে। নংগী নপুকচেল চাউবা অসি ওন্থোক্লা থাগংনিঙাইনি। ঐহাক হয়েংঘক দিল্লী চংলগনি। মফম অহুদা সেবাশ্রমগী মিটিং অমা য়াউরুগনি। ঐগী সেবাশ্রম অসি সেবাশ্রম দিল্লীগী পোলোশী প্রোগ্রাম মথাদা লিংখংপনি। আশ্রমগীদমক লুপা লিশিং য়াথে কাইহুনা লৈরবনি। ঐগী শাফম প্লোট লৈতবদগী পস্থহুনা লৈবনি। হোৎরিক্তি নংনা লম কংলবনিনা থুনমক শানবা থৌরাং তৌরগনি। দিল্লীগী স্বামী অমমা আশ্রমগী যাত্রা ছনবিনবা লাকপায়ু হায়না হায়রুরগনি। আশ্রমগী অঙাংশিং পুম্না মঙ্গল ওইরি। ঈশ্বরনা নহাকী মঙ্গল পীনবিসনু।

মোল্লুক্লা
ডাক্তর ইন্দুভূষণ

চঠী তরাৱোম হৌখ্রে। সেবাশ্রমগী শঙ শাৱে। স্বাশ্রমগী স্কুল অয়াম্ব লিংখৎলে। অসিগী মথক্তা ক্রি মেদিকেল সেন্টর অমসু হাংলে। আশ্রমগী মিং অসি লৈবাক শিনবা থুংনা তানরকই আশ্রম অসিদগী থোকলকপা নহারোলশিংগী লমচৎ-শাজৎ অমসুং মখোয়গী সেবাগী রাখল পুম্নমক অসি মী পুম্নমক্কী পুক্নিং চিংশিন্নিং-ঙাইনি। পরীক্ষা থুদিংদা আশ্রমগী ছাত্রশিংগী রিজল্ট য়াম্না ফজৈ। পুম্নমক অসিগী মথক্তা আশ্রম অসি লম অসিগী চীংমী অমসুং তম্ব পুম্বগী অমতা ওইনা তিন্নফম ওইরি। আশ্রমদগী থোকখিব নহাশিংনা মাগী মাগী মথুলদা চংশ্রগা থুঙ্গংগী চাঙ্খৎনবা থবক্ত য়াম্না পুক্নিং চঙখি।

শান্তি, মণিপুরগী মতাইদা লৈবা থুঙ্গং অমদগী হৌরক-পনি। মাগী পাবুঙ সনখ্যা অসি লম অদুগী মচিন তোঙবা মীনি। লৌ-শিং মরাং কায়না লৈ। থাইনা মবুধৌ পুরেলশিংগী হাক্তক্তা করিগুম্বা রাজদণ্ড অমা ফংবদগী নিংথৌনা তাম্হোক্লকপনি। থাইনা মমাংদৈঙেদা লৈবাক অসিদা নিংথৌশিংনা মরাল লৈবা মীশিংবু অরাপ্পা মফমদা তাম্হোক্লুনা লোই থাবগী থবক অসি তৌরম্মি। মপাবুঙনা শান্তি মথন্নতা পোকই। শান্তিগী মশক মতৌ চঙখো-নবা, মপাবুঙগী লৈরিবা সম্পত্তিগী তখায় অমা মাগী ওইনা ফংবা তাবা পুম্নমক অসি মিহৌবদগী ইস্কালগী লাইরিক লাইশু নিং-থিনা হৈবা মচিঙ্কসু চাবা দুপা অমনা শান্তিবু লুহোংনুনা লৌখি। মরাইবক থীবা হায়বগুনি, মহাকসু মচানিঙোল অনিদমক পোকখি। লোম্নবী মনাও অদুগীদি মচানুপা অদুম পোকই। লুপ্রা ওইরবা তুংদা মনাওগী মচাশিংগা মত ত্রিম্নদবদগী রাধা-কুণ্ডদা মকুবোক্লা লিংখৎলম্বা মন্দির অদু ঙাক শেন্দুনা ঈশ্বরগী সেবা তৌদুনা লৈখ্রি।

শান্তিনা মাগী থুঙ্গংগী এল, পি, স্কুলদা পাবা-ইবা ওম্বা ফাউবদংগী শিক্ষা ফংলকপনি। মরাইবক ফবনা মযুম পাল্লবা

তুংদস্থ মকুবোক্পা শিক্ষা য়াবমখৈ ফংহন্নবা হোৎনখি। মতম অসি ভারত পুম্বদা রাষ্ট্রভাষা হিন্দীগী অচৌবা ঈহৌ অমা লাকখি। হায়রিবা ঈহৌ অসিগী ঈথক ইপোম মণিপুর শীনবা থুংনা য়োরকখি। মতম অসিদা রাখল লৌশিং লৈরবা মকুবোক্পা মমৌ সুপীবু হিন্দী সাহিত্যগী নিংথিবা শিক্ষা ফংহনখি। মহাত্মা গান্ধীজীগী লুচিং মথাদা হৌখিবা রাষ্ট্রভাষা আন্দোলনগী ঈহৌ অসিদা রাষ্ট্র সেবাগী রাখল য়াম্না য়াওখি। রাখল পরিং অসিগী মমি নহা ওইরবী শান্তিগী থম্মোইদস্থ ময়েক শেংনা তাখি। মরম অসিননি শান্তিনা আশ্রমদা লৌ পরী অমগী লম দান তৌরিবা।

আশ্রমনা শান্তিগী লৌ পরী অনিগী লৌশাল ফৌ লৌশিল্লগা মহ্ তাইথোক্লুনা চাং নাইনা মাগী রাধা কুণ্ডগী ঠিকানাদা থাঙ্গ। ফৌগী মমল হেনগৎলকপগা লোইননা শেলগী চাং অস্থুম অস্থুম হেনগৎলকই। ডাক্তর ইন্দুভূষণনা লৌ উবগী থবক অসি আশ্রমগী ছাত্রশিংদা তৌহল্লে। মসিগী ফৌথোক্লা আশ্রমগী চানবা ওইনরে। থৌরাং অসিদগা শান্তিগীস্থ কান্নবা হেন্না ফংলে। শান্তিগী হৈ-শিংবা অমস্থং মীচং মাথোক ফবা অসিনা তীর্থ-স্থান অসিদা লাকপা যাত্রিকশিংনা মাগী মন্দিরদা য়াম্না লাকই। মন্দিরগী ইনকম হেনগৎলকপনে মসিগী মথক্তা লৌশালগী শেনফম হেনগৎলকপনে মসিনা মাগী মন্দিরদা মীথুং শং অমস্থ শারে। হৌজিক্তি মাগী মন্দির অসি আশ্রমগী মওংদা ওন্থোকখিংলম্মি। লাইরবা ভারতকী তীর্থস্থানশিং অসি মতম পুম্বদা ভিক্ষারীশিংনা থম্না লৈ। অসিগী মথক্তা লম্বোইবী কয়া মরুমস্থ লৈ। মখোয়গী লৈফম চাকমগী নিংথিবা থৌরাং লৈতে। মরম অসিনা শান্তিনা মখোয়গীদমক আশ্রম অমা দমকার ওই হায়বনি খল্লম্মি। আমা লিংখৎকে খল্লিবা আশ্রম অসিগীদমক দিল্লী সেবাশ্রমদগী কবিগুপ্তা মতেং ফংবা য়াগত্রা হায়বসি ডাক্তর ইন্দুভূষণদা হংলকই। অমিগী পাণ্ডখুমদা ডাক্তরনা

লাক্লিবা সেবাশ্রম, দিল্লীগী মীকমদা রাফম অসি হৌদোক্কে অমসুং মহুদগী হল্লকপদা রাধাকুণ্ডদা চঙলক্কনি মহুদা পীবা য়াবা পাউতাক পীগে লোইননা কুমশী চহীগী লৌশাঙগী শেনফম লুপা লিশিং মঙাসু পুরক্কনি হায়না ইখি।

ঙসি দিল্লীদা কপ্পা আশ্রমগী মীকম লোইরহুনা ডাক্তর ইন্দুভূষণ রাধাকুণ্ড পাংলকই। রেলদা কম্না কম্না মখল মখলগী রাখল তৌরকই — হৌখিবা চহী তরারোম অসি চিঠিতনা শক্তিগা ঈ-পাউ ফাউনরকই। চহী বুন্দ্রারোমগী মমাংদগী উন্নবা ফংল্লক্রবনি। খুঙ্গংগী নূরা-পাখঙ ওইনা হৌমিন-কামিন্নরকপনি। নঙ্গা ওইবগী রারী শীংবুল কয়া কযাসু শাখিদবা নত্তে। ইন্দুভূষণনা মাগী খুঙ্গং থাদোক্কুনা ইম্ফালদা লাইরিক তম্না চংখিবা মতমদগী মহাক্কা অমুক উন্নবা ফংখিদ্রে। মহাক্কা ইম্ফাল থাদোক্কুনা ডাক্তর তম্না চংখিবা, মতম অহুরাইদা শান্তিসু ইম্ফালদা ময়ুম পানগ্রে হায়বা পাও তাখি। মহাক হৌজিক শান্তিবু উবদা মশক খঙবা ঙমখি-গদ্রা? শান্তি, খুঙ্গংগী সমাপ্পবী মতাশিংগী মরক্তা থরানমিচাকশিংগী মরক্তা থাজগুম নিংথিবম্মি। মহাক হৌজিক লুখ্রা ওইরে। লাইনিংবী ওইহুনা তীর্থস্থান অসিদা পুন্সী লেল্লি। মীয়াম চল্লবা পুন্সী মতম অসিদা মীওইবগী সেবাদা পুন্সী কংনিংলি। ডাক্তরসু ব্রহ্মচারী ওইরি অমসুং সেবাদা পুন্সী কংলি। পুন্সীচুপ্পা অস্সুম্না লেল্লগে হায়নসু খল্লি।

রেলগাড়ী মনুংদা মখল্লতা কম্না কম্না নিংশিংলকই — লিক্কোল শান্নবা, থাবল চোংবা, কৃষ্ণ জন্ম নুমিংতা পাংভা হি হোন্দুনা থরো চাবা চংমিন্নবা............ মহু পুন্না মহাক ঙসিসু নিংশিংলমগদ্রা? ঐনা ইম্ফালদা লৈরুনা লাইরিক তম্না মতম অহুদা মহাক্কী লুহোংবগী পাউ তাখি। পাউ অহুবা ঐবু ঙমখৈ লৈতনা রাহল্লম্মি অহুবু মতম অহুদা ঐনা নিংশিংখি মখোয়গী পাবুঙ সনখ্যাগী ঐ অমসুং

ঐগী লাইরব! ইমুংদা য়েংখিবা অখাবা মিৎয়েং কয়া। ঐগী শোক্লবা থম্মোইনা অচেৎপা রাশক শকখি লাইরিক লাইগু নিংথিনা হৈহুনা মতিক চাবা মী অমা ওইবা ভমন্ত্রিবমখৈ ঐগী থুক্সংদা হল্লরোই। অমুকস্থু নিংশিংলকখি ঐখোয়গী ওঝা হেড মাষ্টর। ঐগী পুন্সীবু শেম্বিরকপা, তপস্যা অমস্থুং ত্যাগকী মূর্ত্তি ওইরবা ঐবু মাগী ময়ুমদা থম্বিহুনা স্কুল অমস্থুং কলেজগী শিক্ষা ফংহনবিখিবা মতুংদা দিল্লীগী সেবাশ্রমদা থম্বিহুনা সাধু সন্যাসীশিংগী মিৎয়েং মথাদা লৈহুনা ডাক্তর তম্লবা থোরাং তৌবিখি।

"ইন্দু! নং হৌজিক্তি ডাক্তর ওইরে। ঐনা শেমগদবা লোইরে। ঐনা পাম্বমক্তি সরকারগী থবক তৌগ্রবস্থু নংগী থুক্সংদা। চৎলগা চাউখৎ খোঙথাংদা শোৎথহৌরবা নচিন ননাউশিংগী সেবা ভৌরুবস্থু কৈ। নংদি মীওইবগী সেবাদা পুন্সী কংলবা সন্যাসীশিংগী মিৎয়েং মথাদা লৈহুনা ডাক্তর তম্লকপনি। নংনা ঐঙোন্দগী হেন্না খঙলবনি অমস্থুং উরবনি, নংনা ফগনি খনবা অহু তৌ ......।" রাকৈ খরাসি ওঝা হেড মাষ্টরগী পাউত্তাক্লি। মথংগী সুমিত্তা ওঝা হেড মাষ্টরবু খোঙ শোক্লা খুরুম্লগা থুক্সংদা লাকখি। কোইচৎ চত্তুনা ময়ামগী সেবা ভৌবা হৌখি খঙহৌদনা মমিত্তা পি শিন্থরকই ওঝা হেড মাষ্টরবু নিংশিংবদা।

ডাক্তর ইন্দুভূষণনা রাধাকুণ্ড য়ৌবা মতমদা শান্তি রাধাকুণ্ডদা লৈরমগ্রে অসিগী মমাংদা থাখিবা চিঠি অহু করিগুম্বা মরম অমদগী মকম অহুদা মতম চানা য়ৌরমগ্রমাল্লে। সুমিৎ নিনি ছুম্নিগী মমাঙদা বদরীনাথ দর্শনগীদমক খোঙশানখিরমলে। নোংমা নিনি মকম অসিদা লৈরগা মণিপুরগীদমক যাত্রা তৌরগে হায়না ডাক্তরনা লেপ্লে। মথংগী সুমিত্তা রেদিওদা পাউ অমা লাক্লে। পাউ অসিনা হায়রি বদরীনাথদা চৎপা যাত্রিকশিং তোংবা বস অমা এক্সিদেন্ট থোক্লুনা অশোক অপন খরা য়াওরে। পাউ অসিনা রাধাকুণ্ডদা

নৈরিবা মীশিংবু মিপাইহল্লে। শন্তিগা লোইননা রাধাকুণ্ডদগীসু মী তরামুক বদরীনাথ চংখি। মুন্না খন্নবদা চংখ্রিবা খোঙকময়গা হায়রিবা এক্সিদেন্ট অসিগা মতম য়াম্না চানৈ। ফিবম অসিদা তাংদাংবা অমা খঙদনা মমিপুর থোকপা অসি চুম্লোইদমাল্লে হায়না ডাক্তরনা খল্লে। অমুক পন্থবা তৌদনা মথুরা জংক্সন তান্না চংখিহুনা হরিদ্বার য়ৌবা ট্রেন অমদা তোংগ্রে। হরিদ্বার হেক য়ৌবগা মকম অহুগী হোস্পিতালদা পাউ লৌবা চংলি। চঙখিবা মক্তদা হোস্পিতালগী বেরেন্দাদা থেংনৈ ডাক্তর মেহতা। উবা মক্তদা তরাম্না কৌরকই "হলো মিস্টর সিংহ—আপকা য়হাঁ আনা কৈসে হুআ?

"ডাক্তর মেহতা আপ ইস হোস্পিতালমে হৈ? বহুৎ অচ্ছা হুআ। আপনে সুনা হোগা কি বদরীনাথ জানেরালোং কী এক গাডী এক্সিদেন্ট হুঈ। সম্ভব হৈ কি উসমে মেরা এক রিস্তেদার ভী হো।"

ডাক্তর মেহতা ইন্দুভূষণগা মেডিকেল কলেজ অমতদা ছাত্র ওইমিন্নরকপনি। খুম্নকই—"মৃত্যুকা তো কোঈ সমাচার নহী, হাঁ কুছ লোগ আহত হুএ জরুর এম্বুলেন্স ভেজা গয়া। শামতক পহুচঁ জায়গা।" মতৌ অসুম্না ডাক্তর মেহতানা হায়জবদগী অশোক অপন ময়াম হেক থুংলবগা মখোয়গী কার্ড এইদ পীবা অমস্তুং তৌবা য়াবা ওপরেশন তৌবদা মতেং পীবা হায়না য়ানরে। মুমিদাংরাইরম ওইরকপগা লোইনা লোইননা এম্বুলেন্স থুংলরে। অশোক অপন চাউরাক্লা নুপা নুপী তরামঙারোম্মি। মখোয়গী মনুংদা য়াম্না সিরিয়স ওইবা মরি-মঙা য়াওরি। হোস্পিতালগী ডাক্তর, নর্স অমসুং কম্পাউণ্ডর ময়াম্না অশোকপশিং অময়ম ওইনা পুথরক্তুনা হাম্না শেম-শাহুনা থম্লবা কমুংশিংদা থমগ্রে। অশোকপশিংগী অকাপ্নবা মরী-মতা ঙাইহুনা নৈরম্মি। শান্তিগীদি কনামতা

লৈরমগ্রে মসি খল্লুবদা মহাক মপুক্কিং য়াম্না নুংশিরম্মি। ডাক্তর ইন্দুভূষণনা অশোকপশিংবু কয়ারক হন্না য়েংগ্রে অহুবু শান্তিবু মশক খঙবা ঙমখিদ্রে। মহাক্না চহী কুন্থ্রামুক্কী মমাঙদা উখিবদগী অমুকহন্না উরক্রবনি। চহী কয়ামুক অসিগী চিঠিভনা ঈ পাউ ফাওনবনি। অসিগী মথক্তা শান্তিনা পোঙচং অসিদা শাড়ী শেংলম্মি। ময়াঙ্গ ময়ামগী মরক্তা ফনেক শেংপা অসি মান। মরীং-মরাংগুম উই।। মসিমক্কুসু ইন্দুভূষণনা শান্তিবু মশক খঙদনবা মরম অমা ওইরম্লি। অমরোমদা ডাক্তরসু চহী খরা অসিদা মকোই য়াম্না শাংনা থাকল্লে, মরম অসিনা শান্তিনসু হেক খঙবা ঙমখিদ্রে, অসিগীসু মথক্তা মফম অসিদা ডাক্তর ইন্দুভূষণনা হোস্পিতাল অসিদা লৈরিবা ডাক্তরশিংগী মরক্তা লৈরমগনি হায়বসিসু মঙঙুসা থবক্কি।

ওপরেশন থিয়েটরদা মফম অহুম মরীদা অশোকপা কয়া ওপরেশন তৌগ্রে। অরায়বা থয়না সুপ্নগী ফাষ্ট এইদ পীরগা হোস্পিতালদগী রিলিজ তৌখিবসু য়াওরে। মমৈথংদা চেক্ত্রচয় অমদা পুশিল্লকই শান্তি। মহাক্কী পান্দোম য়েংথংবা অহু য়াম্না থীনা তেক্লে পোম্বসু য়াম্না থীনা পোম্লে। অতৈ খেবাংপা থরাসু কোক অমসুং খোঙদা য়াওই, মহু মাইনর ইঞ্জুরীনি। শান্তিবু উবদা ইন্দুভুষণনা মৈতৈগী শকতি মাল্লি। মসি শোয়দনা নেপালী ওইরমগনি। অম্মুম হায়না খনখি। করিগুম্বা শান্তিনা মৈতৈগী ওইবা কিজেং, ফনেক শেংলম্লবদি শোয়দনা খঙলমগদবনি। খঙদ্রবা ফাওবদা মাগী পরিচয় হংলমগদবনি।

ওপরেশন লোইরকপদা নুমিদাংগী পুং অনি তাগ্রে। ডাক্তর নার্স পুম্নমক চোকথনরে। ওপরেশন লোইরগা ডাক্তর মেহতানা হংই - "মিষ্টর সিংহ আপকা রিস্তেদার তো ইন ঘায়লোংমে নহী পরন্তু ইনমে কোঈ মনিপুরী মাহিলা তো হৈ।" ডাক্তর ইন্দুভূষণনা য়াম্না ঙক্লা থুন্নমই "ইনমে কোঈ মণিপুরী মাহিলা তো হৈ য়হ মুঝে তো পতা নহী।"

ডাক্তর মেহতানা হায়রকই – "শায়দ আপনে আহতোংকী লিষ্ট নহী দেখী হোগী।" নর্সতা ওনশিল্লগা "সিস্টর উষা ঘায়লোংকী লিষ্ট জরা লাও তো।" অশোকপশিংগী লিষ্ট পুরক্কুনা ডাক্তরদা পীররে। ডাক্তর মেহতানা পারগা হায়রকই – "সিরিয়েল নম্বর টেন শ্রীমতী শান্তি দেবী রাধাকুণ্ড, নেশনেলিটি-মণিপুরী।" ডাক্তর ইন্দুভূষণনা হায়রকই – হাঁ রহী শান্তি হৈ জিসকো মৈ খোজ রহা হুঁ।" ডাক্তরনা য়াম্না ইবাই হঙ্গাইনা চহী কয়ামরুম উহরক্কবা অহংগী মথক্তা মানা মৈতৈগী ওইবা ফিজেৎ শেংলমদবা, মসিনা পাক খণ্ডবা ঙমদবনি হায়বা তাক্লে। নর্স অমনা চিংহুনা শান্তিগী মনাক ফাও পুরে। মতম অসি ওপরেশনগী ক্লোরোফোর্ম মনম কোক্লমদ্রি অমসুং জ্ঞান তারমদ্রি।

নুমিৎ অসিদা ডাক্তর ইন্দুভূষণনা পাংখিবা থবকশিং অহংগীদমক পেল্লবা ডাক্তর মেহতানা শান্তিগীদমক স্পেশিয়েল রার্দতা বেদ অমা পীরে। মথং নুমিৎকী অয়ুক্তা ডাক্তর ইন্দুভূষণ শান্তিগী মনাক্তা চৎলে। শান্তি ঙক্তা য়েংহুনা লৈরম্মি। ডাক্তরনা মশাগী মশক তাক্কুনা হায়রম্মি – "শান্তি ঐ ডাক্তর ইন্দ্রভূষণনি।"

"ও! ডাক্তর ঐনা ঙরাং কয়ারক হন্না উখি। অহুবু নংগী কোই য়াম্না শাংবা অহংগা মফম অসিগী ডাক্তরশিংগী মরক্তা লৈরম্বা অহংদা ঐহাক কৌবা ঙমখিদ্রে। করিগুম্বা শক মান্নবা ওইরবসু য়াই হায়না পুক্নিংদা চিংনখি"।

"ঐসু নহাক্তা শাড়ী শেংলম্বা অহংদা কনাগুম্বী নেপালী নুপী ওইরম্বা য়াই হায়না খনখি। তৌবগীসু ঐনা নংবু উখিদবসি চহী কুন্দ্রারোমগী মমাংদগীনি। ঐহাক দিল্লীদা সেবাশ্রমগী মিতিং অমা য়াওরুবনি। নংনা আশ্রম লিংখৎনিংই হায়বহ সেন্ট্রেল কমিটিনা য়ানিংবা কোংদোক্লে। মথংগী থাদা আশ্রমগী মী রাধা-কুণ্ডদা লাকনি। মসি পুম্বা নংনা পাম্বা মতুংইন্না নংগা তাননবা ঐহাক লাকপনি। ঐগী চিঠি কংদবনরা খঙদ্রে নহাক রাধা কুণ্ডদা

লৈরমদরে। ঐহাক মণিপুরদা থোক্নগে তৌরবনি মহুদা রেদিওদা বদরীনাথ চংপা যাত্রীশিংগী বস অমা একসিদেন্ট থোক্লুনা অশোক-অপন থরা থোকলে হায়না লাউথোক্লকপা তাবদগী ঐহাক মফম অসিদা নংগী পাউ লৌবা লাক্লম্বনি।"

শান্তিনা মপি ঈরা চেন্না হায়রকই – "রাধারানীগী কৃপাননি ঐগী ৱারবা, ঐগীনি হায়বা হন্না য়েংবদা কনা উত্রবা মফম অসিদা ডাক্তরনা ঐবু থিবিরক্লিবা। ডাক্তর ঐহাক পেল্লে! করিগুম্বা শিবা তারবস্তু ওস্তোক্লা নুঙাইনা শিগনি। নহাক্কুম্বা নবুকচেল চাউরবা সমাজ সেবক অমনা ঐগীদমক্তনি হায়না পাস্নোম তিংবির-বদবু ঐহাক হৌজিক করিগী রাজকুগদগে।" অসি হায়না হায়না মিংলূ নাপ অনিদগা পিরাং তত্তুনা শিন্থরবই গঙ্গা যমুনানা ঈহৌ-রকপগুম। মহৌশানা নুপীশিংগী থম্মোইদি য়াম্না থোংলি। পাঙ্গল শোনবাগা ওইবনে, লোন তিমদ্রবা মরক অসিদা মথম্তা ঙাইরবা, অহ্গীস্থু মথক্তা মপাস্নোম নামস্থু তেক্লহুনা অরাবদা তাহুনা লৈরবা মতম অসিদা মাগানি হায়না মরমদঙ্গী মপুকচেল চাউরবা ডাক্তর অমনা পাস্নোম তিংবিরবা ভশেংনমক শান্তিগীদি স্বর্গ খুংনা লাম্বা ফংবগুম্বনি।

ডাক্তরনা রুমালনা শান্তিগী মপি তৈথোকপীরহুনা হায়রকই। "করিগী কপ্লিবনো শান্তি। নংহাক করিস্থু রানিঙাই লৈতে। নংগী পাস্নোমগী অতেকপা অসি নিংথিনা শগ্রবনি। মুমিং নিঙ্কুনিগী চুংদা প্লষ্টর তৌরিবসি লোথোক্কনি। হাপ্তামুক্তি হোস্পিতাল অসিদা লৈথিবা তাই, মতুংদা হল্লবস্থু য়াগনি! হিদাক কাপ্পা অমস্থুং চাবদি রাধাকুণ্ডদা অহুম তৌরবস্থু য়াইদনা। ঐনা হায়নিংবা হায়বা মক্তবু চংথিবদা দিল্লীগী অকবা হোস্পিতাল অমদা অমুক্তংগা নিংথিনা য়েংহল্লিংই।"

"ডাক্তরনা অস্থুম্না তৌরগা ফগনি হায়বহ্ ঐহাক লোইনা য়াই। ঐদি করিস্থু থঙদবনি অহুদা লুরিবদি ডাক্তরদি মতম কয়া কুইনা

মফম অসিদা লৈবা য়াখিগনি। ডাক্তর লৈত্রিংঙদা আশ্রমগী করি ফিবম ওইরমগনি ?"

অকোনবগী য়াহং অসিগী পাউথুম অরাইবা নত্তে ঙাইহাক মরু লুকথনা খল্লবা তুংদা" খুল্লকই নহাকপু রাধাকুণ্ডদা থিল্লম্বা কাওবদি, অস্থুম লৈবা ভারেদনা অহুমকপু পঙকুই কুইথবদি ফত্তে। অরাপ অরাপ্পা চীংসুং-মানুংদগী লাক্লবা অঙাংশিং অহুগী দায়ীদি ঐনি ঐনা মখোয়গী আশানি, পুল্লমক্লি।"

হরিদ্বারগী পীক্লক তৌরবা হোস্পীতাল অসিদা লৈরকপা হাপ্পা অমা হৌগ্রে। মুখিং নিনি হুম্নিরোমদি চাক ইনবা, য়াওনবিবা কাওবা ডাক্তর ইন্দুভূষানা তৌরম্মি। হৌজিক্তি প্লাষ্টর তৌরিবা খুং অহু নত্তনা হকচাংগী মফম অহৈদা লৈরম্বা চৈনাখোল পূম্বা মাঙখ্রে। নোংমা শান্তিনা হায়রকই - "ডাক্তর ঐনা নহাক লাকপদা লম্নোইবী খরা মফম অসিদা উখি। মখোয় অহু লাইরিক লাইগু নিংথিনা হৈবা ওইনা উই। সন্ন্যাস মার্গদা মখোয়গা আশ্রম অমা লৈ হায়না তায়। মখোয়গা অমুক্তং উন্ননিংই। করিগুম্বা মখোয়না য়াথিরবদি মখোয়গী মরক্তগী অমতং লাক্লনা ঐনা নিংখংকে খল্লিবা আশ্রমগী চহীমুক্তং ওইরবস্থু খুজিল থোরাং তৌথিরবদি য়াম্না কা য়গনি।"

হরিদ্বারগী গঙ্গা মপান্দা মথং মথং ওইনা আশ্রম কয়া মরুম লৈ, লম্বী অসিবু সন্ন্যাস মার্গ হায়না খঙৈ। মফম অসিদা লম্নোই-বী ঙাক্তা লৈবা আশ্রম অহুদা চৎতুনা য়াবী শাক্লরে। দরকার ওই খল্লবদি সন্ন্যাসিনী অমা রাধাকুণ্ডদা মতম খরা লৈগে হায়না য়াথিরক্লে।

ঙসি শান্তি অমস্থুং ডাক্তর ঈন্দুভূষণ হরিদ্বারগী হোস্পিতাল থাদোকপা তারে। হোস্পিতাল অসিগী ডাক্তর অমস্থুং নর্সশিংনা বিদায় পীবগী সভা অমা কল্লে। সভা অসিদা প্রেসিদেন্টতা য়াও-রুরবা অশোক-অপার ময়ামগী ফাষ্ট এইদ পীবদা অমস্থুং ওপরেশন

তৌবদা ডাক্তর ইন্দুভূষণনা মতেং পাংখিবগীদমক থাগৎনখি। ডাক্তর অসিনা সরকারগী ভলপ চাবা থবক তৌদহুনা মণিপুরগী খুঙ্গংদা ১স্তুং চাংনুং-মানুংদা চঙহুনা মীয়ামগী সেবা তৌরিবা, আশ্রম লিংখত্তুনা নহারোলবু শেন্নগংলিবা অসি পুন্সা শীংথারহুনা ডাক্তর মেহতানা অরোইবদা হায়খি "ঙসি ঐখোয়গী ভারত্তা ডাক্তর ইন্দুভূষণগুম্বা সমাজ সেবক, ডাক্তরশিংগী য়াম্না দয়কার ওই।"

টেক্সী অমদা তোংহুনা শান্তি অমস্তুং ইন্দুভূষণ দিল্লী পাংলকই। হিমালয়দগী চেন্থরক্লিবা গঙ্গাগী ঈচেলনা গঙ্গোত্রী, লক্ষ্মণ ঝূলা ঋষিকেশ লাম্বোক্তুনা হরিদ্বারদগী ভারতকী তম্পাক তম্না য়াঙনা চেন্থ-রকপগুম টেক্সী অসিনা য়াম্না য়াঙনা চেল্লকই ভারতকী রাজধানী দিল্লী পা.রা।

---

# অহাঙবা অতিয়াগী মথাদা

সুমিৎ অহূ, হুম্নি চুপ্না ফম্লকপা মীফম লোইরদুনা নোংপোক লমদমগী ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদগী লাকপা মীহুং পূন্নমক মহৈ মহৈ ময়ুম মাইকৈ পাংনবা থৌরাং তৌনরম্মি। কনানা বস ষ্টেশন্দা, কনানা রেলরে ষ্টেশন্দা, মহৈ মহৈ চংনখ্রে। মণিপুরদগী মীফমদা য়াওরবা ঐখোয় কাঙবু অমম্তু রেলরে ষ্টেশন য়ৌরক্লে। ঐখোয় পূম্বা নুমিদাংগী পূং ৮ তাবদা লাক্কদবা রেলগাড়ী অদু ঙাইরি। ঐখোয়গী ঈরক্তা থরনা টিকেট ককপা হোংনরি, থরনা ষ্টেশন মাষ্টরদা ট্রেন অসি মতম থরা শাংদোক্লা খাঙ্গিমবা হায়নরি মরমদি অপীকপা ষ্টেশন ওইবনা মতম য়াম্না তেন্না খাম্মি। ঐখোয় কাখংকদবা মীগী মশিংদি য়াম্না য়াম্না অসিনা করিগুম্বা লোইনমক কাখৎপা ঙমহৌরোইদ্রা হায়বগী অকিবা লৈরম্মি।

ঙাইহাক কোইচেল চেল্লুরবা তুংদা ঐখোয় ময়ামগী পূম্না পোংচৈ থম্লিবা মফম অদুদা ঐহাক চঙশিল্লম্মি। মণিপুরগী মীহুং ময়াম ফম্লিবা অদুগী মনাক্তা চহী কুন্থ্রারোমগী মীওই ওইবী মৌ নহা অমা মচা অনিগা লোয়ননা উনানা শাবা চালুক লা অদুদা তল অমম্তুং আলু কাংঙৌ চাদুনা লৈরম্মি। তল অমম্তুং আলু কাংঙৌ অসি ঐখোয় ময়াম লম্বীদা চাক্লনবা হায়দুনা পোলাং হেচোবা অমা থম্না হাপ্লকপনি। মমা মচা মখোয় অদুম অদু য়াম্না

থরাই তানা চাই, য়েংবদা কুইনা মপুক থল্লা চাবা ফংলক্রবা গাল্লি। হাপ্লিবা মথৈ ওক্তবগুমসু তৌই, ফংলিঙৈদা থরা নিংথিনা চাহৌগে হয়েংদি করিমতা ফংদবসু য়াই থনবগুম তৌই।

ঐনা হংই—"মখোয় অসিবু কনা কনানো অমসুং কদায়দগীনো?" ঐখোয়গী ইরক্তগী অমনা খুম্লকই—"ওঝাবু মহাক অসি মৈতৈ নুপীনি। মানা হায়বা মতুং ইন্নদি ইম্ফাল শহরগী মতাই ওইরপ তৌবা মফম অমদগীনি। অহুবু মানা হায়বা রাসে ককোক মমৈ ইশম শন্নদে।" ঐনা মখা তাথনা অমুক হংই "মহাক কদায়দা চংলুরিবনো ?" "মানা হায়বা মতুং ইন্নদি গৌহাটিদা মপুরোইবা লৈ, মহুগী মনাক্তা চংলুরিবনি। অমুকসু হায় মপুরোইবহু শিগ্রে, মীনা হাংপিখিবনিসু হায়। মাগী রাফম অসি ঐখোয় ভাব তাবা ঙমদে।"

ফনা য়াম্না হংনরবদসু মফম অসিদা মতৌ করম্না লৈরম্লিবনো হায়বা কনানসু হায়বা ঙমদ্রে। তৌবগীদি ষ্টেশন অসিগী মনাক নকপা লমদা মৈতৈগী খুল কয়া মরুম লৈ। মফম অহুগী মৈতৈ নুপা-নুপী অমা অনিসু উবা ফংই। মখোয়নসু মমা মচা মখোয় অছুম অসি ইম্ফালদা পুথোকখিনবা ঐখোয়দা কন্না হায়। মফম অসিদা করম্না লৈরম্লিবনো? কয়া কুইনা লৈরক্লবনো? হায়না হংলবদি মখোয়সু পাউখুম হেক্তা পীদে। ওইরম্বা য়াই মখোয় অসি মঙানি তরানি মৈতৈগী খুল্লক অসিদা লৈরবা অমসুং মণিপুরগী মী কাঙবু অমা উবসিদা করিগুম্বা পাম্বৈ অমনা ময়ামসিগা লোইননা ইম্ফাল তান্না পুথোকখিনবা থৌরাং তৌরকপসু।

লমদম অহুরাইদা লৈবী মৈতৈ নুপী অমনা হায়রকই "ইবেম্মা নংগী নচা অসি ঐ অমা য়োকচহৌরগেদনা? ঐদি অঙাঙ অমতা লৈত্রদে।" মহুদা মানা য়াম্না ঈংনা অমসুং জ্ঞান তানা খুম্মি—"অহুদা ঈচাশিংসিনা ঐগা কায়নবা ঙম্লোইনে।" চানিঙাই শেংনিঙাই লৈত্রবা মীওোন্দগী নিহুনা চারবা, হৌজিক্তি চারে অহুবু হোরেলদি করি চাগনি অমসুং চাবা ফংগত্রা হায়বা মফম থঙত্রবা পুন্সী

অসিদস্থু মচাশিংবু থক থাদোক্লিংদে। অঙাওবীনা মচা নুংশিবা হায়বা হায়রবা অমস্থু লৈ। ঐখোয়গী ইরক্তগী অমনা হায় – “অসিগুম্বা অপীকপা অঙাঙবু পীজ-পীথক তৌহনা অমস্থুং মহৈ-মশিং তম্নবা থৌরাং তৌবা কাঙবু নপিপুরদস্থু লৈ। মহদা নচাশিং অসি থম্নবা ঐখোয় থৌরাং তৌবিগেদ্রনা?” রাহং অসিগী পাউথুম পীদে. হোয়-মাই অমত্তা হায়দে, তুমিন্না অহুম তিঙক তিঙক য়েংহ্না লৈ। অস্তুম তৌরিঙেদা রেলগাড়ী লাকপগী শিগনেল পীরক্লে। মহৈ মহৈ মাগী মাগী মপোং চৈ পায়থংনহনা শেম শানৈ। হায়না হায়না গাড়ী য়ৌশিল্লক্লে। মী য়াম্বনিনা তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ শেমহনা কাখংপা চুম্নবা মহৈ মহৈ হোংনরে। খরা অমনা অনেকপা কুলীগী মতুং ইন্দুনা চেল্লি।

অঙকপনি ভরেতকী রেলরে। গাড়ী পূম্নমক মী চিন্দুনা ঙাক লৈ। মী কুন্থ্ৰাগী ফমফমদা হুন্ফ্ৰ ফম্মি অমস্থুং লেপ্লি। শামুগী মপোং ইরোইদা থোংবা হায়বহুনি' রা ঙাঙবা ঙমদবা রেল গাড়ী অসি অহুম চেল্লি। মন্নুংদা ফম্লিবা মীনা য়ারিবমখৈ মী কারক্তনবা হোংনৈ। তশেংনা হায়রবদা ভারতকী রেল গাড়ীদা কাখংপা অমস্থুং তোংবা হায়বসি লালগী মশক্লি। পাঙদবা অমস্থুং মপাকল শোনবা মীগীদমক্তদি কুলীগী মতেং তঙাইফদনা লৌবা তাই। চীনগ্রবা রেল অসিদা কনানা হিপতুনা চংলি, কনানা ফম্মি অমস্থুং কাংবু অমনা লেপতুনা চংলি। খ্বাইদগী থম্মোয় শোক্লিঙাইদি মিলিটরী কম্পার্টমেন্টগী রাফম্নি। কম্পার্টমেন্টতা করিগুম্বা তার অমা চাদবদগী চঙলুরবদি মী অহু নমহনা কুমথহল্লি, করিগুম্বদা নুংশি হৈতনা ক্লু-চৈ। মরৈবাকপু অমদি লৈবাক অসিগী প্রজাবু অরাবা থুদোং থীবদগী কন্নবা লৈরিবা ভারতকী জরানশিং অসি মখোয়গী রিজার্ভ কম্পার্টমেন্ট অহুদতা ঙাক তোংব্রা মহুম্নি নরে। খ্বাই প্রজা মীয়ামগী ফমক্কমদস্থু মখোয় অহুম তোংই। নুঙাইরিবদি প্রজাশিং অসিনা নখোয়গী কম্পার্টমেন্ট লৈবনি মহুদা চংলু থক হায়রদে।

ভারতকী রেল গাড়ী মন্নুংগী ওইরিবা ফিভম অসি য়াম্না অঙকপগী মশক্কি। অহানবদা চঙহন্দনবা তৌরম্বা, ইন্নরম্বা, শাউনরম্বা ময়াম অদু ঙাইহাক লৈরগা কাউথোক্লে। "আপ কহাঁ জা রহে হৈ ?" "আপ কহাঁ উতরেঙ্গে" ? অসিনচিংবা মহৈ মহৈ হংনৈ অমম্তুং কম-কমম্তু খরা পীদুনা রারী রাতাই শাদুনা চংমিন্নে। ঐখোয় পুম্বা মানা মানা ঙম্বা শক্তি শিজিন্নদুনা রেলদা কাখৎনরে। রেল থারবা তুংদা উরকই ঙসাইগী মৈতৈ মৌ নহা অদু। মহাকম্তু মচা অনি অদুগা লোইননা ঐখোয়গী ইনাক অদুরাইদা লেপ্লরে। ঐখোয় অমা অনি কন্নমবদগী হৌগংলে। মদুদা মখোয়বু কমহল্লে। মহাক নুঙাইনা অদুম কম্মি. মঙোন্দা অরাবগী মমি করিম্তু ভাবা উদে। ঐনা মাগী মতৌ উরগা খল্লকই—মশক্তা, মতৌদা, শাওংদা. শাবান্দা মঙোন্দা অরাংপা অমতা কৈতে।চহীম্তু নৌরি। য়ুম অমগী মৌ ওইবদা মাঙোন্দা অরাংপা অমতা য়াওদে। রাংলিবা হায়ববু বুদ্ধি লৌশিংতনি। মদুমকম্তু মপোক্কী মান্দে, খাঙথক্তা মাঙখিবা বুদ্ধি মাল্লি। পুন্সীদা মতম অমা নুঙাই য়াইফবা ইমুং অমগী মৌ ওইরম্বম্তু কনানা খঙবা। অরাবনি ভাইবং মপুগী পাক চাউরবা লীলা কম্পাক অসিদা মহৈ মহৈ তোঙান তোঙানবা শক্তম লৌদুনা লাকুরি, কনানা নিংথৌ, কনানা মন্ত্রী, কনানা থোঙঙোকপা. কনানা ভিক্ষারী। মরাই-বক থীরবী নুপী অসিম্তু লীলা কম্পাক্তা কুমথরক্লি অরাবগী শক্তম অমা লৌরদুনা। মসিনি সংসার হায়বসি। অরোইবদা চঙখিগনি মীনুংশি খঙন্ত্রবা অশিবা হায়বদুগী খয়াত্তা। নুমিৎ অদু ফাওবনি মীওইবনা ঙাইদুনা লৈরিবা।

দিমাপুরগী বসঁথাফমদা ঐখোয়গী নাক্তা অমুক কল্লরে ঙরাংগী মৌ নহা অদু। ঐখোয় ময়াম শেল িখরা থায়নদুনা মাগী টিকেট কক্লে ইম্ফাল থোক্লবগীদমক। নিংথম থাগী ঈংলবা মতম অদুদা ফুরিং শেগায়বা, লিংপা, খোঙগ্রাও মতং অমফাও শেংত্রবা পীক্লিবা মচানুপা অদুনা মমাগী মনঙ্গন্দা চেজেৎ কোনশিল্লি নিংথম্বা খজিক্তং কোক্লনবা। লৌশিং শোয়নাইরবী মমাগী মোংলবা তেম্না কম্পোর

অতুনা কোনশিনবী নুংশিরবা মচাবু। মাও য়োৌবা মতমদা মহৈ মহৈ হোটেলদা চাক চাবা কুমথনৈ। মমা মচা অহুমস্তু ময়ামগী মরক্তা অতুম চণ্ডখি। শেলদি ঐখোয়গী কাংবুগী মরক্তগী মী অমা অনিনা পুখোক্তুনা পীখি। মখোয়দা থোইনা ইকাই-হঙ্গোইবগী ৱা লৈতে। ম সিদা মখোয়গীদি হৈনবাস্তু ওইরবনি।

নুংথিল পূং মরীগী অতুরাইদা ঐখোয় পুন্সা ইম্ফালদা য়োৌরে। মহৈ মহৈ গাড়ীদগী কুমথরে। মাগী মাগী চংননবা রিক্সা ফাবা হোংনৈ। ঐনা রিক্সা অমদা মখোয় মমা-মচা অহুমতু তোংহনখি। রিক্সা থোৌবা অতুদা মাগী ভারাস্তু পীখি। মাগী মযুম য়োৌনবা চংলু হায়না কন্না হায়খি, অতুবু মহাক শোয়দনা চংলমগদ্রা হায়বা ঐহাক খঙবা ঙমদে। করিগুম্বা মযুম য়োৌবা মতমদা "ইচা লাক্লে, ইগুশিং অসি উদবা কয়া কুইরবা, নখোয় নহান মখৈ কদায়দা লৈরুই?" হায়না মমিত্তা মপি তানা তরায়া অমস্তুং ইপা পাখংনা ওকপীনবা কনাগুম্বা লৈরমগদ্রা? মতুস্তু খঙবা ঙম্বগী ৱাংমদনি। নিংথমগী ঈংলবা মতম অসিদা অরাম খোৌরাংবনা ৱারবা অঙাঙশিং অতুগা তৌরাং ফক অমদা ওল্লমগদ্রা? ৱাহং ময়াম অসি ঐগী পূক্লিংদা মথং মথং লাক্লম্মি।

রেলগা খোঙচংতা তুম্লক্তবগা, দিমাপুরদগী ইম্ফাল ফাওবা নুমিৎ চুপ্পা অমা বসতা ফমতুনা লাকপগী চোকথবনা নুমিদাং চাক চাবা তোকপগা তুমথখিরম্মি। ঐনা মঙলানদা উরম্মি—ঐখোয়না তোংলিবা রেল অতু লৌবুক লম্মাং মপা অমদা খাগ্লম্মি। ঐনা থোঙনাউদা য়েংখিবদা উরম্মি—অরাপ্পা লম্মাংদা শাহিং চাবা কৈশাল অমনা শজী অমোম চাজেনবী অমা শরাক তম্না শাম্নবা। শজী অমোম অতুনা [illegible]না চেল্লি, মচাশিং অতু শোকনি হায়বগীস্তু [illegible]কল চঙলি। ঐনা মতু উবদা কন্না কন্না লাউরম্মি। ঐগী মঙদা লাউবা তারগা ইমুংগী মীশিংনা ঐবু হোৌদোক্লক্লম্মি। ঐনা মীকপ থোক্লকপদা নিং[illegible]কই-ঙরাংগী মচা পীশক অনি চেনবী মো নহা অতু। অহান্নবা অতিয়া অসিগী মথাদা কদায়দনো মফম অমদা নত্রগা অমদুদি শোয়দনা লৈরমগনি।



—০—

